# ইলিশা অমগী মহাও

ক্ষেত্রমোহন সিংহ



# ঈলিশা অমগী মহাও

( সাহিত্য একাদেমী মনা ফংলবা )

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সেকুমী পাব্লিশর্স
উরীপোক, ইম্ফাল

ILISHA AMAGI MAHAO : *a collection of short stories in Manipuri by* **N. Kunjamohan Singh**

অহানবা ফোঙ্বা : জুলাই, ১৯৭৩ ইং
অনীশুবা ফোঙ্বা : এপ্রিল, ১৯৭৮ ইং
অহুমশুবা ফোঙ্বা : মে, ১৯৯৩ ইং






ফংফম : আর, কে, বুক হাউস
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

মখুম : চিত্রেশ্বর শর্ম্মা অমসুং
পূর্ণেন্দু সিংহ

মমল : লুপা [illegible]

নম্ফম : জীৎরাজ ওফসেট্
কলিকাতা-৭০০০০৬

ইমা,

নঙগী চেংলৌ শক্তমদি কাউদ্রে

অদুবু নঙবুদি কাউদ্রি।

## য়াওরিবা ৱারীমচাশিং



### লেখক অসিগী লাইরিক অতে

চেনখিদ্রবা ঈচেল (ৱারীমচা)

সন্ধ্যা থাডমেগী মৈরী (উপন্যাস)

সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা (লমকোয়-ৱারী)

জি ডি আর ডাইরী (লমকোয়-ৱারী)

থব্বান্-মিচাক অমনা কেনখিবা (ৱারীমচা)

# ইনিশা অমগী মহাও

অতিয়া ঈপাক্তা থবানমিচাকশিংনা কুকেং-কাকেং তৌরি। মরক মরক্তা অম-মম অনি-নি কেনখিবসু য়াওরি। বরাক্কী ঈচেল-খোম্বাংনা নাকোংদা য়ৈররি।

মী অতে কনামতা কৃমথনরক্তি। মপা মচাতনি। মচানা নৌ পায়রি, মপানা ঈন অদো শেমলি। মচারোমদা য়েংথোকখিবদা নৌ পায়না পায়না উইরি উইরি তৌদুনা লৈরম্বদো মপানা উরুরে,— 'হায়মা মণি! মসি উইরিমাল্লে, নুমিৎ থোক্কদৌরা ফাওবদা! নমিৎ অদো মোরোক অশাবা হেক নোইশিনববু! ঈশিংদা নমায় অদো শেংনা তাথোকউনে।"

নৌ অদো হিনুঙদা থল্লে হায়রগা মণি মপাগী য়াথং মতুং ইন্না মমায় অদো তাথোকই। অদুদগী শেংলিবা খুদৈ অদুগী কুঞ্জা মচীদা মমায় অদো তৈথোক্লগা নৌ অদো অমুক পায়থংলি।

মচাগী মতৌ অদো উবদা নুংশিরক্লমাল্লে, শেগাইরবা লৌখাং ফুরিৎ অদুগী য়েৎ থংবা খাউদগী বেরী মচে অমগা মৈখেৎ অমগা লৌথোক্লনা হায়রকই,— "সে সে, বেরী মচে'সিমা য়াওরিসে! চম্মু। অমুক অনিরক চিংলগা ঐঙোন্দা অমুক পীরকউ।"

মণিনা বেরী অদো মচীনদা চুপ্লগা মৈখেৎ অদো খেৎকদগী লাক্লে। মরু অনি-হুম খেৎলবা ফাওবদা মৈ হৌদ্রবদা শাউনিংলমাল্লে, মুরুম মুরুম শোল্লকই,— "মসিদি! তুরেল ময়াইদা হেক নমশিনববু!"

মপানা— "কদায় কদায় ঐ তৌগে। হৌজিক্কালগী মৈখেৎ'সিনবু নাকল

নাম্মতদা হিদাক তৈরদুনা, পৈশা লৌগদবগী ফিকিরতা।" হায়দুনা চঙশিল্লক্লগা মৈখেৎ অদো খেৎলরে।

মণিনা বেরী অদো অমুক্তং শাংনা হেক চিংবা লোইবগা আসোম ব্রাংমগী ঘাটতা লৈবা মকোক জটা তাবা সাধু অদুগী খোল্লাও নাকোংদা য়ৈরে— "বোম ভোলানাথ! জয় শিবশম্ভু।"

সাধু অসি হৌরবদি নোং ঙাল্লনি কুইররোই। মী অতৈসু কুম্নরক্লনি।

লোঙ্গোর-বাবাগী ঈরেনলোমদা মপা-মচা হি হোঙ্গিল্লি। মফম অসি মী অয়াম্বনা চঙবদা খরা হঙ্গোইনৈ। অদুবু ঙাদি য়াম্না লৈগল্লি। ঈশিং খরবু চাউরবদি নাশুবীনা শৌ শাই। মরক মরক্তা গোরিয়ানসু ফাওগৎলি। হাকুম মফম অসিদা গোরিয়ান অমা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাৎখি।

ঈনদা কক্ লাউনা থেংবগুম তৌরি হায়দুনা মপানা ঈন অদো শোনগৎলি। অদুবু করিমতা য়াওরক্ত্রে। হিনাক অদুদা মহাকপু করেম্নবা ওইনা নাশুবী অমা ফুং লাউনা ফাওগৎলকই।

ঈরেন অদুদা অমুক অনিরক শোন্দুনা য়েংলম্নগা কাম্নদ্রবদুদা মপামচা মখারোমদা হোন্থরক্লে।

শরক অসিদা হি মরি মঙাসু তারক্লে। নোংসু ফনা নীংথিনা ঙাম্থোরক্লে।

খরা চৎথরগা নাউরেমগী হিদেন মপা অদুদা লাইবক চুম্মুরে। ঈনদা ঙৌরোক ঙৌনা ফনা নীংথিনা চাউরবা ইলিশা অমা ফ্রং ফ্রং চোংবা উরে। মপা-মচাগী মায়থোং অনিদো খংঙান ঙাম্থোরকপগুম তৌই।

অঙাং ওইরিবা মণিগী মচান্দগী খঙহৌদনা থোরকই— "ইস ফজরেদা! হাউরনিকো পাবো।"

"তুমিন লৈয়ু, তৌহৈদে হায়হৈদে।" মপানা চৈহৎলি। হিদেনদা মী কুম্মকপগুম তৌরি হায়দুনা য়েংথোকখিবদা নাউরেমগী মরেং থোল্লবা অহল অদো মখোয়বু মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী। কৌরকই— "মণি মপা, ও মণি মপা!"

তানা তানা তাশিন্নদে মণি মপানা। মহাক্কা রাশি থোইনা তিন্নদে। ঙা

অসি লৈহৌরগে হায়গদগী কৌরিবনি হায়বসি মহাক খঙগি। অবু ময়াম্না পীনবা মমলদি খক পীরোই। ইনাক খুল্লি হায়দুনা থক থক হল্লোই। আনা-সিকি তৌদুনা চহী চামনি চঙগদৌবা।

অদুবু তন্তনা কৌশিল্লক্লবদুদা খুমদবা য়াম্রদুনা খুম্মকই— "করি ওইরবনো খুড়াবু?"

নাউরেমগী অহন্না হায়রকই,— "কয়াম্না ফারবগে? ঐ অমত্তা লৈহৌগে। পাকিস্তানদগী ঙা লাক্তবদগী লোইরেহে। ইরৈ অসি উদা য়েংশিনদুনা খাঙ্গে। হকচাং অসি কংশিল্লক্রে।"

মণি মপানা মতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লি,— "সোরোক্তগী ক্লাকথী ফাওবা খুনবা নগুনবুদি করিগী নরৈ অদো উদা য়েংশিল্লোই।" অদুদগীদি তানবা খুম্মকই, "ফাদে, অসিতনিদা।"

"অদুবু ঐ লৈহৌরগে।"

"ঙসিদি তোক্লসি খুড়াবু। অসিমতং-ফাবসিদা মওং চাররোই।"

য়াররোইদৌবা অদু উবদা নাউরেমগী অহন অদো মখা তারক্রে।

"মসিগী অহন অসি থেংনরবদি দায় য়াররোই।" মপানা মুরুম মুরুম শোল্লিবদো তাবদা মচা অদুসু হায়রকই, "ঐসু ওন্থোক্লা নুংশিখিদ্রে। নহান মখোয়গী তোয়ালনা ঐঙোন্দা ফূরক্লিবনিনে। ঐসু .......।"

অঙাং অদুগী ঝা অদো লোইশিনহৌদ্রে। রহিমুদ্দিন মপা-মচাগী ঈনদা ঙা অমা লকপদো উবদা মপানা মুরুম মুরুম অমুক্কা তৌরকই, "মীগীদি য়েংঙুদো, লাকপগা হেক্তা ফাবনি।"

রহিমুদ্দিন্না ঙা অদো হাপচিল্লগা কৌরকই, "ও তা-চাউবা! কয়াম্না ফারবগে?"

"ফাদেদা, অমখক্তনি।"

"অদু ওইরবসু মহক্তি হঞ্জিল্লেদনা। ঙরাংদি ঐ অহমখক ফায়। মরি মরিদা য়োনখি।"

"য়োল্লবুদি হোয় পৈশা খরা মফংগনি। অদুবু য়োল্লরোই। ইচানুপী সনারৈ

অদো থা য়্যামশিল্লক্লে। চাক চয়া অমতং পীজগে! হায়দোক্লগদি ইকায়বা জাৎনি, য়োম্লবা লাক্লবদা ইলিশাগী মহাও কাউবু কাউশিল্লক্লে। ঙসিদি চারুরগে।”

* * * *

মপা-মচানা ময়ূমদা কাখৎলকপা মতমদা নুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়ৌরম্মে।

মচানুপী খরা চাউবী তম্ফানা লোনবা শঙ্গোম য়াওদবা চিনি অঙাংবগী চা অদো মাঙ্গোন্দা ফমদুনা থক্লিঙৈদা কোনশমগী কাহাইনা কোম্বোংদগী কৌরকই, “চাউবা, ও চাউবা! ইলিশা অমা ফারকই হায়ববু চুমব্রা?”

কাহাইগী মখোল হেক তাবদা চাউবা মশা পূম্বা খাই লাউখিবা খঙহৌদে। মঙোন্দা কাহাইগী লুপা অনি-সিকি তোল্লিবদো নীংশিংলকই।

মপানা খুমদ্রিঙৈদা মচীন য়াম্না থীগৎলকপদা ঙায়রিবা মচানুপা মুক্তানা খুম্মকই, “অং! অচৌবা অমখক ফারকই।”

অঙাং অদুনা হায়রিবদো কাহাইনা তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা খঙদে। চাউবনা মচাদু চৈহৎলি, “হৈৎ মচীন থীরেদা অঙাংসিদি! নঙগী নথৌ করি লৈ?” অদুদগী থোঙ্গাল্লোমদা খুম্মি, “অমত্তবু ফারক্কেন্দা তাদা। কনানা হায়রিবনো?”

“হোয় হোয় ফারক্রবদি কমদৌনি।” হায়রম্লগা কাহাই হনখি।

মুক্তানা মহাক্কা শান্নমিন্নরিবা মমাম্নবা তোমচৌদা খ্রারী শাই, “ঐখোয়গীদি হোরেন ইলিশা থোংবা চাগনি হায়বা। ’সুক চাউইদো তুরেলদগী ফারক্লিবা। নখোয়গীদি চাজব্রা?” মখুৎনা তমদুনা মমিৎনে মনানে তম্মি।

মচে তম্ফানা থোরক্তুনা মপাদা হিদাকফু পীদুনা হায়রে, “পাবো হৌজিক থোংনবা চেঙ লৈতে। কমদৌনি?”

পাউ তাবদা চাউবা মচানুপীরোমদা খুন্না য়েংঙি। হিদাক থক্লিংলম্বকা খাই

চাইখিবা খণ্ডহৌদে। তাঙ্গা অদুমক্তদা মশাপূম্বা মতু কেনখ্রবা শয় শয়াং ঙাক্তা ঙায়রবা অহন ওইরবা হুই লাবা অদো কদোমদগীনো থোরক্তুনা শুমাং ময়ায়দা তুরোই-ঙাম্রোই হেক চৎলে। চেঙ লৈতবগী মরম পূম্নমক মাঙোন্দা লোইনা তাইনখিরে। হুই অদুবু হেক উবদা শাউমনখ্রদুনা চাউবা ফম্লিবা ফান অদু তাপ হেক পায়দুনা হুই অদু তম্না লংখিবা খণ্ডহৌদে। মরাল লৈজদবনরা হুই অদু পানবদি পালহৌদ্রে। খেং খেং তৌদুনা থোঙ্গালরোমদা অদুম চেনখ্রে।

চাউবসু হিদাকফু অদু পায়রগা শাউনা শাউনা ইমুংদা চঙলক্রে। কুম লায়নানা ফমদা তাদুনা লৈরিবী তম্ফা-মমানা য়াওম্লকপা তাঙ্গা হেক থোক্লুরে। হৌজিক্তা লাঙ্গাও অমা থোকখিবদো তম্ফা-মমাদি ভাব তাহৌদ্রমাম্লে, হায়রকই, "অঙাং অসিনা চেঙ লৈতে হায়রিবসিবু তারবরা ? কমদৌদোরি ?"

মুৎলগে তৌরম্বা মৈ অদু অমুক খংচাক হেক চাকখৎলকই, "উম ঙমজদ্রে ইতোমতা লাক্লবা। শিগে হায়রগা শিজখরো মী ওৎতুনা লৈগদগী শরুকপুদি।"

খরগা চোনথরমগদবনি, অদুবু মপান্দগী কনানো অমনা কৌরকপা অদুদা য়াখিদ্রে।

কৌরিবদু কনানো হায়দুনা চাউবা মপান থোরকই। থানিনজাউ ওইরম্বদা চাউবা শকফম হেক হোংজিল্লি। হংগি, "করি থবক্লীনো ?"

"ঐখোয়গী থাবল্লে অদো লাকইয়ে। ঙা অমত্তা থিবা ফংখিদ্রে। তা-চাউবনা ইলিশা খরা ফারকই হায়বা তাদুনা লাকইবসিনি।" থানিনজাউনা খুম্মকই।

"অমখক্তনিদা, ইমুংদা চঙলকউ, য়েংঙো লাউসে।" হায়রদুনা চাউবনা থানিনজাউবু ইমুংদা পুশিন্দুনা ঙা অদো য়েংহল্লি।

"কয়া লৌগদৌরি ?" থানিনজাউনা হংগি।

"মরি অদো লৌগেদনা। বোরাক্কী ইলিশাসু মহাওবনিদা।"

"এ য়া অহুম-মখায় পীরক্নি।" হায়রগা থানিনজাউনা ঙা অদো পায়খৎলি।

"পৈশাদি হৌজিক পীদবা য়াদেকো। চেঙ বানগদৌরিবনি।"

"হোয়দা হোয়দা। পৈশা ওইনা লৌগে হায়রবসু লৌরো! চেঙ ওইনা লৌগে হায়রবসু লৌরো।" হায়রম্লগা ঙা অদু পুদুনা থানিনজাউ মপান্দা থোরকই।

মহাক্না শুমাং হেক য়ৌবগা মূক্তানা উই, মপাদা কৌদুনা হায়রকই, "পাবো পাবো! ঐখোয়গী ঙা পুখরে। ঙা পুখরে।"

"লেম্না পুরিবা নত্তে হাই! পৈশা পীরক্কদৌরিবনি।" থানিনজাউনা ফাগী-ফারাং ওইনা হায়রম্মী।

অঙাং অদু বা মখা তারক্তে। পুখিবা ঙা অদু মুম্না য়েংদুনা লৈহৌই।

(১৯৬৬ ইং)

## ওয়াচাঙ্কবা

থোঙ্নাউ হেক হাংদোকপগা মেরাগী থাবলনা পৃংলং লংনা মাইকৈ মরি ঈপোম হৌদুনা লৈরম্বদো উরে থাবল্লে। গুসি তরানিথোইনি পানবনি। অতিয়া ঈপাক্তা অমকপা হায়বদো মচেৎ অমা ফাওবা পকখিদ্রে। মকে শেম্বা লোইবতা ঙায়রিবী মশক মতৌ ফজরবী মপূং ফারবী শানৌগুম য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মায়থোংনি গুসি মালেম-লৈমগী। নোংজুথাগী লাইজ ঈচুমদা চামথোকপতা ঙায়রিবী মহৌশাগী খিং-খিং লাউবা মওং মতৌ অদো উবদা থাবল্লেগী হকচাংসু তেকখৎলকপগুম তৌই। কনানসু থোল্লল্লিবা মিংনো—‘থাবল্লে’। ওম্বোক্লসু চূননা থোল্লমদ্রে। থাবলগী ঈথক-ঈপোমদা শাৎপী লৈরাংমক নত্রবসু থাবল উরগা ৱাখলদা খঙহৌদনা ঈহৌ অমা হৌরকই। মশা পূম্বা তু চুংখিবা খঙ্হৌদে ; হরাও তৃজুংগী ঈথক ঈপোমদা মশাবু কাউথোকখি মিৎকুপ খরতং। কয়া কুইরবা মহাক্লা থাবলদা থোক্কবা ; থোক্কবতা নত্তে, থাবল উদবা গুসি থা তরুকলোম হেল্লে। ডাক্তরনা লায়না অসি ফাবা ঙম্বা নুমিত্তগী গুসি ফাওবা কা অসিদগী সুকথোক থোক্লকত্রিবনি। নীংশিংলকই, মহাক্লা য়ূম অসিদা লাকপা নুমিত্তা কয়া ফজরম্বা কা অসি, ফজ-ফজবা অরু-অনানগী পোৎ-চৈ কয়ানা লৈতেংলম্বা, মহাক্কী থম্মোয় হূরম্বা। ইখং খঙ্হৌদনা কা অসিগা মহাক্কা মথোয় অনিগী মরক্তা মরী অমা লৈবা হৌখি। মরী অদুনা মহাকপু নোংম-নোংমগী কা অসিগী য়াওদবা য়াদ্রবা লৈতেং অমা ওইহল্লকখি। অদুগা লোয়নানা মহাক্কী পুন্সিদা কা অসিসু চঙদবা য়াদ্রবা পোৎচং অমা ওইখৎলকখি। মহাক্কী পুন্সিগী কাউবা য়ায়রোইদবা ইতিহাস কয়া কা অসিনা

সাক্ষী ওইদুনা লৈরি। নীংশিংলকই, নোংমা নুমিদাংবাইরম মহাক্না মকে শেমদুনা লৈরিঙৈদা মপূরোইবনা তূমিন্না তুংলোমদগী চংঙক্লুনা মিংশেনদা মমি তাহনদুনা মহাকপু খংহন্নবা তৌবদা মহাক্না মমায় লৈশিল্লগা মোমোন নোক্লুনা মপূরোইবা ওকপদো, মপূরোইবনা নোকমি নোকমি তৌদুনা মখুৎ অনিনা মহাকপু চিংশিন্দুনা চেজেংৎ কোনশিনবদো— মিৎকৃপ অদুদা কা অসিসু বসন্তগী ঈরাং-ঈপোম ঈহৌরকখিবনি।

অদুবু হৌজিক্তি কদায়, কা অসি মঙোন্দা কৈশুমশঙ অমদগী হেন্না অতে করিমতা নৎখিদ্রে। মহাক্না থোক্লোই হায়না থোক্তবা নত্তে, মহাকপু লায়েংলিবা ডাক্তরনা অমদি মহাক্কী মপূরোইবনা থিংবদগীনি। মানি, মহাকপু লায়েংলিবা ডাক্তর অমদি মহাক্কী মপূরোইবনা থিংবদগীনি। মহাকসু খঙ্ঙি লায়না অসি য়াম্না শাথীব্রবা লায়নানি। ডাক্তারনা মঙোন্দা তাহনব্রবসু, মপূরোইবনা মঙোন্দা হায়দোক্লবসু শাথীরবা লায়না অসিগী তমথীরবা মখুত্তগী নাক্লোকপা ঙন্নোই হায়বা মহাক খঙ্ঙি। কুইররোই নোংমদি ঈখঙ্ খঙ্হৌদনা মহাক্কী পুন্সি ঈচেল অসি ঈথম্লব্রনি। অদুবু কয়াতা বানা মহাক্কীদমক্তা লাক্লরিবা মহাক্কী মপূরোইবনা কান্নররোই হায়বা খঙ্না খঙ্না। হন্না হন্না কয়ারক মহাক্না হায়রবনি, অরেম্বদা শেল তিংননবনি, অরেম্বদা বাননবনি। অদুবু সুকতা তাবা তৌদে মপূরোইবনা। “করিগী ফৎলোইদগে, হৌজিক্কী যুগ অসিদবু ?” হায়রগা মকোক্তা নানবিদুনা মনাক্তা ফমথৈ। অদুদগী মহাক ফররক্লগা মখোয় অনি কদায় কদায়দা কোয়মিল্লগদবা, করি করি তৌগদবা, নুংঙাইবা বারী কয়াগী মঙলান্দা মহাকপু পুননবা হোৎনবি। অদুবু তমথীরবা তাইবংগী কল্লবা চৈফূনা মঙ্লানগী লৈবাক অদো শ্বাই শ্বাই হেক্তা মাঙ্হনথি।

থাবল্লে উই, মহাক্কী লায়েংনবা লাক্লবদা মহাক্কীদমক বাবদা মপূরোইবগী হকচাং অসি নোংম-নোংমগী কংশিল্লক্লে। নত্ত-নত্তবা বাখলসু ‘পূক্লিংদা খল্লকই— মপূরোইবসু লায়না অসিনা পায়রবরা ; মপূরোইবসু মহাক্লুম্না লায়না অসিগী খায়াত্তা তারবদি ! য়াম্না লৌনগনবা লায়নানি মহাক্না নারিবসি। কৈ কৈদৌগে! মহাক্না হয়েং লৈখিদ্রবা মতুম্দা মপূরোইবনা অঙাওবগুম

মথোং-মরম খঙ্দনা মকোক ইকা-কাদুনা কায়নথাম্বী মৈচাক্তা তৌদুনা লৌহৌগদগী শরুকপুদি মদুনদুম থোইনা হেয়া কৈ।

মিংকৃপ্তা অমুক জ্ঞান খংতা তারকই— নত্তে নত্তে, বিষ্ণু বিষ্ণু, খল্হৈদবা য়াবু খল্লিদা। খু-খুরাই নাম্থোকই থাবল্লে। মহাকসু লৈতা মপূরোইবসু লৈতা বিমলবু কনানা য়েংবিহৌগনি? খল্হেদে খল্হেদে অদুগুম্বা বা খল্হেদে। হে ঈশ্বর, হে দয়ানিধি, বিমল-মপাগী পুন্সি তোলোইবা পীনবিয়ু! অদুগা মহাকসু করিগী করোইদগে! থাবল্লেগী মপূরিংদা অমুক থৌনা লাকই। ফগৎলকপা য়াইনা। নত্রবদি ডাক্তরনা করিগী লায়েংলি অসুক থরাই য়াওনা, অসুক কজনা! মপূরোইবনা অসুক য়ান্না রারিবা, অসুক য়ান্না শেল তিংলিবা অসিগী অর্থ লৈত্রবরা? ডাক্তরনা হায়বা মতুং ইন্না চংলবদি মহাক শোয়দনা ফগৎলকপা য়াইনা!

অদু ওইরবদি করিগী মহাক্না থোঙ্নাউ অসি হাংদোক্কুরি? ডাক্তরনা হকচাংদা নুংশিং অয়িংবা য়েংহনগনু হায়না থিংলিবনি। অদুবু কয়া কুইরবা মহাক্না থোঙ্নাউ অসি হাংদোক্কুনা নুংশিং অয়িংবা য়েংহল্লিবা। থিরুম খজিক্তং চনথিবা থোক্লবদি লায়নাগী মপান্জন হাপকংথিগনি। থাবল্লে মপূরিং চপ মুংনা লেপ্পবা লাক্লে,— থিরুম চনহন্‌বা য়াদে, হিংদবা য়াদে।

তপ্না তপ্না থোঙ্নাউ অদো লোনশিল্লি থাবল্লে। মপান্দা মেয়াগী থাবলনা অয়িংবা নুংশিং মরক্তা রা অমত্তা ওাঙ্বা ওমদনা লিক্লাগী পিরাং শিঙ্গুনা তগুক তগুক য়েংদুনা লৈহৌই। কনানসু থোল্লম্লিবা মিংনো— থাবল্লে।

মৌ-য়াইমনা চাক পুদুনা চংগুকই, "ইচে, চাক অসি শারিঙ্গেদা চাথোকহৌরোসে।"

"থল্লম্মু।" হায়রগা অপাবীনা চংখিবা মাইকৈ অদোমদা চাথোক্কদগুম মুয়া য়েংদুনা লৈহৌই। কয়াতা কজগ্রবা নোয়-পেনগ্রবা হকচাংনো! মমিংগা মপাগা কয়া য়ান্না খোয়ম্রবা! লাইরিক ময়েক অমত্তা খঙ্দে। অদুবু কয়া নুংঙাইনা লৈগ্রবনো! মুম অসিদা লাকপা নুমিত্তগী ওসি কাওবা নোংমত্তা মকোক কাওবা চিকপা খঙ্গ্রি। অসিনিদনা নুংঙাইবা হায়বদো! পুন্সি হায়বদো

অসিনিদনা ! নীংশিংকলই, লাইরিক তন্নিঙেদা ইবেচাউবীনা হায়খিবা বা অদো, "লাইরিক্তা লান্নদুনা নশা অদু কেমহল্লগা করি কান্নবগে ? লাইরিকসু লাইরিক্লি হকচাংসু য়েংদবা য়াবরা ?"

মহাক্না হায়রিবা বা অদো অপংবীগী বানি হায়দুনা থাবল্লেনা থোইনা খন্থরুদে। পরীক্ষাগী তমথীরবা পন লাম্ত্রোক্লবা অহিংও য়াইরেক্তুনা লাইরিক পাখি। হরাও-কুম্মে থাপ্না থমখি। ইবেচাউবীনা মহাকপু জ্ঞান তাহন্নবা ফনা য়াম্না পাউতাক পীখি। "তেল্লবা পুন্সি অসিদা করিগা অদুক বানা খাঙ্লিবনো ? নুংঙাইথোক্লগা লোইরে। পুন্সিগী পন্দোনদি নুংঙাইবনি, নুংঙাইথোকপনি।"

মহাক্কী বা অদো তারগা থাবল্লেনা মপূক্লিংদা নোক্লিংখি। অদুবু হৌজিক্তি ভাব তারে। কয়াতা চুমথ্রবা বানো ইবেচাউবীনা হায়খিবদো। হন্দক্তি করিগুম্বা মহাক্না ফংংলকপা থোক্লবদি মহাকসু শোয়দনা পুন্সি অসি পেন্না চুপকনি। চুম্মি, ইবেচাউবীনা হায়খিবা, পুন্সি অসি নুংঙাইথোক্কদবনি।

মমান্নবীশিংনা হরাও-কুম্মে অকে-অমৌ, অপাম-নুংশিগী ঈপাক্তা তাউদুনা বসন্তগী লৈকোন্দা মনীং তম্না শান্নখি। মথোং কারকপা পুন্সিগী ঈরাং-ঈথক-ঈপোম অদুদা মহাকসু য়াওনিংখিদবা নত্তে। অদুবু হেন্না শিংবী শাদুনা মহাক্না পুম্নমক অদু কান্নদবনি হায়না লৌখি। অদুবু ওসিদি মঙ্ফাওনরে। মহাক্না অচুম্বনি, অফবনি হায়না লৌরুবা অদুগী অর্থ য়াওরমত্রে। তেনত্রবা পুন্সিনি নোংদম নাইত্রবা। করিগী মাওহনগনি অরেম্বদা। থাবল্লে য়াদবা ওমদে পুন্সিগী মিংকুপ খুদিংমক পেন্না পেন্না চুপকদবনি !

মপূরোইবরোমদা অমুক তাথরকই। অদুদি মহাকসু পুন্সি অসি নুংঙাইথোক্লবা লম্বী থেংনরবরা ? নুমিৎ খুদিংগী হিদাক কাপ্না লাক্লিবা নর্স অসিগা মপূরোইবগা মনুং মনুংদা মরী লৈনরম্রবদি ! নহানি, মশকসু ফজদবা নত্তে ! য়াম্না শাথীরিবদি মহাক্কী মিংয়েং অদুনি ! মিংয়েং অদুনা মপূরোইবদা য়েংবা থেংনথ্রবনি মহাক। মঙোন্দদি তুম্নবা তাশোন ওইখি। চিংনদনিংঙাই মরম লৈতে, মপূরোইবগী শাজং-লোনচংসু হন্দক মরকসি হোংলকপগুম্ব তৌরি। নুমিদাং থেঙ্না থেঙ্না হঞ্জিল্লকপা তোয়শিল্লক্লে। ওসিসু কদায় হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি। হোরেন

হংলুরগা মহাক্লা থোকপা অমা হেক্তা খুন্নক্কনি। অদু ওইরবদি মপূরোইবনা অসুক য়াম্না মহাক্কীদমক লাক্লরিবসি অরেম্বরা ? অরেম্বা, ওইরম্বা য়াই। কনানা খঙ্গনি মতৌ মাম্লনবা হায়দুনা অদুক তৌশিন্নরম্বসু। ইবেচাউবীনা নোংমা হায়খি— নুপা হায়বসিদি থাজরনু থাজবা য়াদবনি। ঙাইহাক্তদা কা অদু মৈ হৌরকপগুম খংশা শাগংলকই, থাবল্লেগী নুংশাসোর ফুনগংলকই।

খঙ্গহৌদনা ফুক হৌগত্তুনা থোঙনাউ অদো অমুক হাংদোকই।

ঙাইহাক লৈরগা তুম্লমদাই য়ৌরমাল্লে বিমল মমাগী কা অদুদা চংঙকই। নুমিৎ খুদিংগী অসুম হায়না মতম অসিদা অমুক্তং মমাগী মনাক্তা চংঙক্লম্মী। অদুবু মমাগী মনাক্তা য়াম্লদি নকশিল্লমদে। মমানসু কিদুনা কৌশিল্লুদে। করিগুম্বা মচাদসু লায়না অসিনা লামখিবা থোক্লবদি।

মমানা চাক চাদনা লৈরিবদো উবদা হায়রকই,— "ইমা, করি তৌরে হৌজিক ফাওবা চাক চাদ্রিবসিদি ?"

"চারগে চারগে। নঙ তুম্লুরো।"

"নঙ ফরোকো, ইমা।" হায়রম্লগা বিমল তপ্না থোকখি।

খঙ্গহৌদনা থাবল্লেগী মিংলু অনিদা লাইজ পিরাং ঈহৌরকই। অঙাং অসিদি খঙলিরোই, মমাগী পুক্নি লোইশিল্লক্লে হায়বা। নত্তে নত্তে,য়াদে মহাক শিবা য়াদে ! মহাক শিগ্রবদি অঙাং অসি কনানা কোনবিহৌগনি !

তপ্না তপ্না থোঙনাউ অদো অমুক লোনশিল্লি থাবল্লে।

(১৯৬৬ ইং)

## নুপাগী মীনোক

নিংথমথা অয়ুক্কী খোয়থুম্নরবা নুংশা অদু য়াইনা য়াইনা মাঙোন্দা ফমদুনা অঙাংশিংগী চে য়েংদুনা লৈরম্মী। টেষ্ট পরীক্ষাগী চেনি। থোইনা কুপথনা য়েংলমদে। চাউরাক্লা য়েংলগা ঐনা পীনিংবা মার্ক খরা পীদুনা য়াম্না থুনা লোইশিন্নবা লাক্লরম্মী। মরমদি হয়েংগী মনুংদা চে য়েংবা লোইদবা য়াদে হায়বা প্রিন্সিপালগী অকনবা নোটিশকী চৈরাক লৈরি। অদুনা ৱাখল অসি চোইথোকহনবা তৌদনা চে-শিং অদুদা য়ারিবমখৈ পূক্লিং চঙনবা লাক্লরম্মী।

তোইগুম্বসুং অদুক কন্না পূক্লিং খুদুম চন্নবা লাক্লরিঙৈ অঙ্গা অদুমক্তদা ওম্থোকপনি অকায়বা অমা পীররে। চে অহুম-মরিতং য়েংবতা ঙায়রি। তুংলোমদগী অহন ওইরপ তৌবা খোঞ্জেল অমনা ঐগী পূক্লিং ফাজিনবগী শাজেল অদু থুগাইররে—

"ইবুঙো করিগুম্বা অমতং হংজগে।"

ঐ হাইফেৎ. শাউনিংই। অদুবু খুমদবদি য়াদবনিনা খুমই "করি ওইবিরবনো?"

"ওবা কৃষ্ণমোহনবু শঙ্গাইদা লৈবিবরা?"

"ঐনি, করিগী ওইবিরবনো?" ঐনা হংই।

"এ্যা, এ্যা, ৱারৌবিবা য়াদে। খঙজদদুনা তৌজবনি। নমস্তে নমস্তে। খুরমজরি খুরমজরি।" ব্যবহারদা অহন অদো ইলেক লেকথম্ব্রে।

"লেঙশিল্লকউ, লেঙশিল্লকউ।" হায়দুনা অহন অদুবু কৌশিল্লগা চে-শিং অদো নাকন অমদা থুপচিন্দুনা থল্লগা মহাকপু মোড়া অমদা ফমহল্লগা ঐনা হংঙি, "করি থবক্কী ওইবিরবনো?"

অহন অদু ব্যবহারদা হাকমনথিদুনা রা ওাঙ্বকা ওয়মদে। লকক লকক তৌদুনা মখোল য়াম্না নৌথনা হায়রকই, "বারৌবিবা য়াদে। ননাই ঐ—হায়গদববু ওহ্নোক্লা হঙ্গোইজগ্রে।"

ফিভম অদো খরা লাইথোক্লবা ঐনা হায়; "করিমতা হঙ্গোইবিগনু হায়বিনিংলিবদো হেক্তা হায়দোকপিয়ু।"

ঐনা বা অদু হায়দুনা ফিভম অদো খরা চমথোকপদগীদি অহন অদো থৌনা খরা ফরকপগুম তৌরক্লে, হায়রকই, "ননাই ঐ শুগ্নুদা চথোকচৎপিন তৌদুনা কারবার মচা মশু খরা তৌজে। ওহ্নোক্লা লাইরব্রবা য়াম্না নংগ্রবা ননাই ঐনি।"

মহাক্লা লাক্লিবা অদুগী মরমদি ইহায়-হায়দদুনা বাকোই শৃদুনা লৈগদৌরে হায়বদু উরদুনা ঐনা হংঙি, "অদুবু ঐ করি তৌজৌ হায়বগে? ইশম-শন্না হেক্তা হায়দোকপিয়ু।"

অহন অদুনা মোং হাবা তৌদনা মখা তাথরকই, "ননাইগী হাওনুবী অদু চহীমুক ফারে মশা ইপাঙ-পাঙদদুনা ফমদা তাদুনা লৈরিবা।"

মহাক্লা হায়দোকপা লোইব্রবসু ঐ ভাব তারে। মহাক্লা হায়নিংলিবসি মহাক্কী নুপীগী লাইয়েংবগী শেল খরা মতেং পাংবিয়ু অসিনি। হায়দোকপা হেক ওমদদুনা বাকোই শৃদুনা লৈরে। মহাকপু অমুক বাহনবা তৌদনা ঐনা মখা তাথবিরে, "ও! ভাব তাজরে, ভাব তাজরে। হোয় লাইয়েংদবা য়াবরদো। ফননবা লাইয়েংবিয়ু। ঐসু ঐনা ওমজবা খরা ইন্দোন অদুগী লাইয়েংনবা মতেং পাংজগনি।"

চে-চাং ময়াম অদো নাকল অমদা থৈজিল্লগা ইমুংদগী শেল লৌথোকলুনবা ফুক হৌগৎকে তৌই। অহন অসিবু কুইনা পস্থহনদুনা থল্লগা কান্নদে। অরেম্বদা মতম মাঙননবনি। অরেম্বদা মাঙহন্নবা মতম ঐগী লৈতে।

ঐগী ইতৌ অদো উবদা অহন অদো তিংওক-মায়ওক্লদুনা ঙাইহাক লৈরুবগুম তৌই, তৌইগুবসুং মিৎকৃপ অমত্তংনি। ঐনা হৌগৎপগা হায়রকই, "ননাই ঐগীসে, ওঝাবু, অদু হায়গে লাকচবা নত্তে। ঐনা হায়জগে লাকচবদি অতোপ্পা বা অমনি ওঝাবু, ওঝানা চানবিগনি হায়দুনা লাকচবনি ওঝানা চানবিগ্রবদি।"

"করিনো হায়দোকপিয়ু।" মহাক্কী মতৌ অদু ঐ হৈনরক্লে। খোন খরা কনখৎনিংলক্লে।

অহন অদুদি মহাক্কী ব্যবহারগী মপোপ অদো ইকায়-কায়দে। তগ্না তগ্না মখা অমুক শমথরকই, "ননাই ঐগী ইচানুপা অমা লৈজে অদুমতনি পোকচবা।"

হায়গদবা ব্রা অদো শৎ শৎ তৌদুনা হায়দোরক্কবা অদুদা ঐ খোয়দৌ ফাবা ঙমশিল্লক্লে। অঙাওবরা, পেং চোইরবা জাৎলা! হন্দক্তি খোন কনখৎতবা ঙমদ্রে, "খুড়াগী নুপী লৈ হায়বা খঙলে, নচানুপা অমসু লৈ হায়বা তারে। অদুবু ঐ করি তৌ হায়বগে।"

'এ্যা এ্যা ওঝাবু ব্রারৌবিরমাল্লে! ননাই ঐনা হায়বা হৈজদবসিদা। ওঝাবু হায়দোকচরগে। ইচানুপা অদো মেট্রিকতি উচিন নাচিন্না লাম্লোকচরে। অদুসু অহমলক থাবদনি। অহানবদা মখোয়গী আর্-ডি-এস্ স্কুল হায়বরা অদুদগী, মথৎদনা খা-ইস্ফাল স্কুলদগী, অকোনবদদি লৌব্রাইগী স্কুল অমদা শেল খরা পীদুনা থাবনি। অদুবু উচিন নাচিন্নদি পাস ওইজরে। হাকুম অদো ডি, এম কোলেজদা তম্বনি! অদুবু টেস্ পরিখাদা নম্বর খরা ব্রাৎলি হায়বরা করিনো হাকুম অদো লৈহৌরে। কুমসিদি ওঝাখোয়গী কোলেজদা তমহনজবনি। ননাই অদো হন্দক টেস পরিখাসু য়াওজখিবনি।"

লোইবা নাইয়রোইদৌবা মতৌ উবদা ঐ মহাক্কী ব্রা অদো থত্তবা ঙমদ্রে, "খঙজরে খুড়া। লাইরিক কল্লা পাহনবিয়ু, ফাইনেলদা পাশ তৌননবা। ঐসু য়েংশিনজগে।"

"য়াম্লা নুংঙাইজরে ওঝাগী ব্রাসি তাজবদা।" অহন অদো মশা থীং থীং লাউরকপগুম তোরকই। "অদুননি ওঝাগী নাক্তা লাকচরিবসি। অঙাংদুনসু ওঝাগী ব্রাতা হায়দুনা লৈদ্রে। ওঝাগীদা অমুক্তা চৎলুচো হায়বসিনা খাঙবা ঙমদদুনা লাকচরিবসিনি। নচা অদো মমিং বিদ্যারত্ন কৌবনি। মহাক্কী রোল নম্বরসু চেজেং অসিদা ইদুনা পীজরক্লিবসিনি।"

থবাক্কী খাউদগী চেজেং অমা লৌথোকুনা ঐঙোন্দা পীশিল্লকই। চেজেং অদুদা ইরি— নোংমাইথেম বিদ্যারত্ন সিংহ রোল নং ৭৪ পি, ইউ, আর্টস।

অহন অদো খর থুনা চৎখিনবা হায়দুনা ঐসু রা মখা শমথয়ত্তনবা তৌরে। “করে খুড়াবু চেজেৎ অসি থম্বিরম্লো। ঐ য়েংজগে।”

অদুবু অহন অদুদি রা লোইশিনবা হৈবা জাৎ নৎলমদ্রে। অমুক্তা আথরকই, “ওঝাবু ননাই ঐদি লাইরিক ময়েক অমা কাওবা খঙজবা গোৎ নত্তে। ইচাসিমতং খরতং হৈজরবদি হায়দুনা তৌজবনি। ওঝানা টেস্ পরীখা অসিমতং শোয়দনবা চানবিয়ু। ওঝানা লোইনা ঙমই হায়বা পাউ লৌজদুনা লাকচরিবনি। ওঝাগী হৈ-রা চাননবা তৌজগনি।” হায়রগা ফুরিৎ খাউদগী লুপা তরা চৎপী অহমখক পুথোরক্লে, “রারৌবিবা য়াদে। লুপা কুন্থা অসিতং ওঝাগী হৈ-রা চানবা তৌজরমগে। মসিনা ওঝাগী হৈরা চানবা মতিক চাবদি নত্তে। অদুবু লাইরবনি হায়না চানবিয়ু।”

ঐ খাই লাউই। পুন্সিদা অসুম হায়না খক থেংনখিদ্রি। বিশ্ববিদ্যালয়দগী হেক থোরকপগা ওঝা ওইবা মরম্না অসিগুম্বা অসি থেংনবগী তাঞ্জা অদো ফংখিদে। সরকারগী থবক অতে তৌরম্নগদি থেংনরগদ্রা! অদুবু ওঝা হায়বসিদি ত্লোবত্তগী অহেনবা শেল ফংবগী খুদোংচাবা ফংদবা কাওবুনি।

ঐ য়াম্না হৈনদ্রে। শাউরপ তৌনা অহন অদুদা হায়রে, “খুড়া শেল অসি পুবিখো। ঐঙোন্দা তৌবিরমগনু। ঐ য়েংজগে হায়জরিদনা।”

অহন অদুসু হনবা লৈতে, “ওঝাবু ননাইনা লাইরদুনা তৌজবনি। কুন্থ অসিনা ননাইবু কৃপা তৌবিয়ু।”

হন্দক্তি চাননা শাউরে, “খুড়া লেঙবিদ্রো। ঐ থবক অচিনবা খরা লৈজে। খুড়াগী অঙাং অদো ঐ য়েংজগে হায়জরেদনা।”

খোন অদো খরা কল্লপ তৌরক্লবা অদুদদি অহন অদো হৌগৎল্রে, “হোয় চৎচরগে! অদুবু কাউদি কাউবিগনু, কৃপা তৌবিয়ু।”

ঐ রা অমমুক ঙাওদনা তুমিন্না লৈহৌরে।

চে চাং ময়াম অদো অমুক হাংদোক্লে। অদুবু পুক্লিংদি চঙবা লৈখিদ্রে। রাথল অসি অহন অদুনা পুংশৌ শৌগাইরক্লে। অদুবু কাজিন্নবদি কম্না লাক্লরম্মী। লাক্লবা কনবদগী পুংখাইমুক মতুংদদি পুক্লিং অসি তংদারকপগুম তৌরক্লে।

তৌইগুরসুং তাঙ্গা অদুমক্তন্দা অহন অদো অমুক হল্লক্লে। ইনাক্তা তপ্না তপ্না চংওক্লে, "ওঝাবু য়ারৌবিবা য়াদে। হন্না হন্না ওঝাগী থবক কায়হল্লে, মতম মাওহল্লে। লাইরবনিনা ননাই ঐনা লানবা ওাক্তনি। ওঝাখোয়গী লৈরক্কী থোং ৱাংমদা দুকান ফন্নিবসি ননাই ঐগী মামনি। মামনা ঐবু চৈথিবনা লোইশ্রে। ওঝাগী হৈ-রা চানববু য়াংখৈদগী তানা তৌররিবা করিগীনো হায়দুনা অমুক্তোইনা লোইশ্রে, মঙোন্দগী লুপা কুন অমগা পুদুনা লাকচরিবসিনি। লুপা য়াংখৈ'সিতং থমজরমগে। অসিদগী য়ান্না হেন্না তৌফমদি থোকপনি, অদুবু ননাইনা লৈতবনিনা।" হায়রগা ফুরিং খাউদগী তরা-চংগী মঙাখক পুথোরক্লে।

ঐ তৌফম খণ্ডদ্রে। চীনদগী য়াক্লপ তৌনা থোকখি, "খুড়া শেল অসি পুবিখো। শেল অসি থম্নলম্নবদি ঐ করিমতা তৌবা ওমজরোই।"

অদু ফাওবদা অহন অদু ব্যবহার কায়দে। মখোল অদো অদুমতা ইনৌ নৌদুনা লৈরে, "ওঝাবু লাইরবনি কৈদৌগে কৃপা তৌবিয়ু। নচানি ননাইনি।"

ঐ হন্দক্তি চান্নদা শাউরে, "খুড়া, ঐবু করি ওইনা খনবিবগে? ঐ ইঞ্জিনিয়ার নত্তে, ডাক্তর নত্তে, ঐ ওঝানিনে ওঝা। খুড়া লৈঙবিরো ঐ থবক য়ান্না চিনবা জাৎনি।"

"হোয়, ফনি চংচরগে! অদুবু নচানি ননাইনি চানবিয়ু।" হায়রল্লগা অহন অদো হন্দক্তি থোকশ্রে।

চাক-ঈশিং চারগা কোলেজ চংননবা হায়দুনা ফিরোল শেংলিঙৈদা মেম্মগী মমানা চংওক্তুনা হায়রকই, "লৈগী অশামন অদো লুপা ১২০ থোকই হায়। লুপা ৫০ দি পীরম্লে লুপা ৭০ ৱাংলহৌরি। খরা থুনা পীরকউ হায়রকই।"

ৱা অদো তাবদা লৱাইদা বন্ধ তাবগুম তৌশ্রে। তোলোব খরা ফংলকপা অদুদগী লৈগী অশামন লুপা ১২০ খাইদোকপ্রবদি করিনো তৌগদবা? লৈকাইগী ক্লবকী শেনখাই, চেরিটি শোগী টিকেট, কনচরেল ইন্টিগ্রেসনগী ডোনেসন, মরূপ অমগী মচানুপী লুহোংবগী পোৎপাং, ডাক্তরগী ভিজিট, হিদাক লৈবগী পৈশা— কদায়দনো তোলোবনা লেমগদৌরিবসে। খোন অসি খণ্ডহৌদনা কনথোকখি, "খণ্ডদে খণ্ডদে। ঐঙোন্দা হায়রগনু। নঙনা থোকপা কদায়দগীনো থিদুনরা হূমদুনরা পীখো।"

বা অদো তাবদা মেম্মগী মমা বা মখা তারমদ্রে। মায়থোং অদো শূকতোক্লুনা খোঙথাং দং দং থাংদুনা থুনা চংখি। নঙগা লৈমিন্নবসি পেঞ্জরে হায়বগী মতানি।

খন্নুরবদি নুংশিবা জাংনি। অতোপ্পা নুপা অমদা লৈজরন্নবদি নহান্না সনা-লিক-কোন্না মশা পৃম্না পূংলং লংলম্মগদবনি। তোলোবতগী হেন্না ফংদবা কোলেজগী ওখা ঐগ্লোন্দা লৈদুনা মাঙজরবা জাংনি। করিগীসু শাউনিংলোই! মমান্নবী তোমচৌগী নুপী অসি উরুরগা করিগী খোয়দৌ শাউগংলোইদগে? তোমচৌনা ফংলিবা তোলোব অসি কয়ানোদি খঙদে, অদুবু মতৃ-মচাদি কোনুংগী লৈম-সিজদগী হেন্না নুংঙাইনা থল্লি। চহী অমত্তদা মেট্রিক পাস তৌমিন্নবনি। ঐনা ফাষ্ট ডিভিজনদা তোমচৌনা থার্ড ডিভিজন্দা। লাইরিক তম্বসি বায় হায়দুনা মেট্রিক পাশ তৌবা চহী অদুমত্তদা তোমচৌদি পি-ডব্লিউ-ডিদা কেরাণী ওইনা চঙখিবনি। হৌজিকসু পি-ডব্লিও-ডি গী কেরাণী ওইরি। অদুবু চহী খর অসিদা ময়ুম মকৈ ফজনা শাগ্রে, মতৃ মচা সনানা য়োমগ্রে। অদুগা ঐদি! ঐদি এম-এগী সাটিফিকেট তান্নরিঙেদা ইপানা শাবিরম্বা য়ুম-কৈ ফাওবা তেকখিবা খঙহৌদ্রে, মেম্মগী মমাগী লৈ-অশামন তাবদা লবাইদা বক্স তাবগুম তৌরি।

খংনীং নীংশিংলকই ঙসাইগী অহন অদো। মহাক্কী অদুবু রোল নম্বর ৭৪ হায়বগুম তৌখি। ঐ অসি ওম্মোক্ক পঙগ্রে। ফনা ফংলমদ্রবসু ঐনা পাস তৌহনবদি ঙম্মিনা। এক্জামিনেশন বোর্ডতা ঐ য়াওরিবা পোংপু। ঐনা হায়রুবসু নত্তনা মীনা পীজররবা ফাওবদা ঐনা লৌহৌদে। শেন অদো লৌহৌরগা কৈদৌগে? ফনাসু খঙবা নত্তবা, ফনান ব্রায়ামগদবা লৈতবা? অদুতবু ঐনা অকবা শাদুনা লৌহৌদে। অসিনা ওইরম্বা তাই ময়ান্না ওখাশিংবু অপঙবা মশীংদা চল্লিবসি, করিমত্তা ওইদনা উরিবসি। শেন অদো লৌরন্নবদি মেম্মগী মমাগী লৈ অশামনগী মতেং খরতংসু ওইনরমগনি।

য়ুমদগী থোক্লুনা করম্বা কালদা কোলেজ য়ৌখিবনো খঙহৌদে। লম্বীদা মী অমত্তা থেংনখিদবগুম তৌখি। কোলেজদসু পৃক্লিং অসি খোয়রাং

খোয়শাওনদুনা মথোং মরম অমত্তা খণ্ডহৌদে। ঙসাইগী অহন অদুতা নীংশিংলম্মী। ও! ঐ অসি ওদ্বোক্লা পঙ্হৌরিদা! ঐ অসি মী ওইরোই।

কোলেজ লোইরগা মরূপ মপাং অমনিগীদা চত্তবা য়াদদুনা চংলুরে। মৃমদা হৃণ্ডিল্লকপদা নুমিদাং পূং মাপল্লোম তারে। ঐগী কাদা ফিরোল হোংদোক্লিঙেদা মেম্মগী মমা প্রপ প্রপ চংঙকই। ইশা পৃম্বা হমাং শ্বাই কাংঙকই। ঙসাইগী লৈ-অশামন অদো অমুক্কা শোয়দনা নাকোংসিদা য়ৈশিল্লবা তারে। ইনাত্তা য়াম্না নক্লা চঙশিল্লক্তুনা. হায়রকই, "সে সে নীংশিংলিঙে অসিদা! ঙসাই অয়ুক লাক্লম্বা অহন অদুনা নঙোন্দগী লুপা ৭০ পূই হায়দুনা পীরম্মী।" তাসকী চে পায়বদৌনা প্রেক প্রেক লাউরবা তরা চম্নী তরেৎ অদো মেম্মগী মমানা পায়দুনা লৈবদো উরে। ঐ অ্যান মাঙবগুম তৌই। ঐনা চপ লেপ্তুনা ব্বা অমত্তা ঙাঙদনা লৈবদো উবদা মেম্মগী মমানা তরা চম্নীশিং অদো টেবল মথক্তা থমই। তরা-চম্নীশিং অদুদা ঐ মুম্না য়েংদুনা লৈরে। মখোয়সু ঐবু চাগদৌগুম য়েংদুনা লৈবগুম তৌরি। খল্লকই ঐবু ওঝানিকো! পৃক্লিং 'সিদা অমুকসু নোক্লিংবগুম তৌরকই। ঐগী ইতৌ অদো উবদা তরা চম্নীশিং অদুসু নোকমি নোকমি তৌবগুম তৌখৎলকই। ঐবু করেম্নরিব্রা? মেম্মগী মমাসু ঐবু মুম্না য়েংদুনা লৈরম্মী। ঐনা য়েংথোকখিবদা হাইফেৎ নোক্লকই। মহাক্না অসুম হায়না হাইফেৎ নোকপসি উখিদবা ফনা কুইরবনি।

(১৯৬৯ ইং)

## নীচিং

করম্বা মতমদা নুমিৎ তাখিবনো খঙহৌদ্রে। মাইকৈ পূম্নমক পৃংমম মমশিল্লম্মে। ইংখোলগী অকোয়বদা পরেং শানা হৌরিবা ক্লা পাম্বী ময়াম অদু মশেন মরানতা গুায়রম্মে। খরা লাপ্তক তৌনা হৌরিবা উপাল ব্রাপালশিং অদুদি মমি ফাওবা উখিদ্রে। নোংসু মংলি মংলি তৌরি। নোংপোক থংবা মাইকৈতংদি খরা গুাত্তক তৌরি।

থৌদামগী চহী হস্থুরোম শুরবী হনুবী অদুনা মাঙ্গোনগী ফমেনদা ফক অমা থারদুনা হিপ্তুনা লৈরক্লিবসি ফনা কুইরক্লে। যুম অসি অহনবনি শাবা লৌইবা কুইদ্রি, অদুবু যুমশাদি থাইনগী মৈতে যুমশানি।

নোং মংখদুনা গুসিদি শাথীনা ওমচাক্লখরে। মখুৎতা পায়রিবা হমাই অদো মরক মরক্তা হল্লবসু অয়াম্বা মতমদি খুদাং চোকখরভুনা তৌবনরা নত্রগা ব্রাখলনা থুক্কাংখিদুনা তৌবনরা হমাই অদু কাউথোক্লম্মী।

চুম্নি, গুসাই তোম্পোক্লা হায়রম্বদো। তশেংনমক লৈবাক অসি মতা অমদি তৌরে। মহৌশাগা ইমান মান্নদরে। অহল. লমন্না হায়রম্বা অদুমক চুম্বা তারিমান্নে। নযুম নকৈ অফবা শারনু, লৌ-শীং য়াম্না লৈশিল্লনু, নোংমা নত্রগা নোংমদি লৈবাক অসিদগী ঐখোয়বু চংলো হায়দুনা তাল্লদৌরিবনি। ইপা ইপূগী হৌরকফম মৈতে লৈবাক্তা মৈতে ঐখোয়না অমুক হনবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। মখোয়না তৌরক্লিবা ঈরাং মতা অসিগা চুমতা চুমগদৌরি। ফনা ঈংনা মরা তপ্না'পাল্লবা লৈবাক্লি। সাহেবনা থাদোক্তুনা চংখিবদগী কাং খোং হেক চাইদা। মোসল্মানশিংনা নিংথৌ ওইরে হায়দুনা ঐখোয়বু উশিং

থৌওইদ্রবা! নিংথৌ হায়বসিদি মীচং মীখাই নাইদবনি অচুম্বা রায়েল তৌবনি। মোস্লমান ওইরবসু নিংথৌনি। করিগী অচুম অরান খায়রোই——। মোস্লমান্না নিংথৌ ওইরবসু লৈবাক অসিদি প্রজাগীনি। মোস্লমান, হিন্দু, মৈতৈ পুন্নমক্কীনি। প্রজা য়াওদনবু নিংথৌনা করম্না পানগনি। নিংথৌনা প্রজাবু তানবা হৌনদে। নিংথৌগী লম ওইরসু ইপা ইপূনা জঙ্গল কোক্তুনা তূ-খোং কয়া যুনদুনা লৈবাক অসিদা খুন্দাদুনা শূরোন কয়াদগী লৈরক্লিবনি। অসিবু হেক থাদোক্তুনা চংপা য়াবরা? চংলোই ঐদি চংলোই। করিগী চংচরনি। শিরবসু ফরে, নোংমদি শোয়দনা শিগদবা মরৈরবনি! খঙন-চান্নবা কনাসু লৈত্রবা মথোং মরম খঙদবা মীরৈবাক অমদা শিরুগদগী শরুকপুদি, ঐগী পোককম চাফম অসিদা অদুম শিজগে।

মশূনুগী চন্দ্রানা থাউমৈ মুখু অমা থান্দুনা মপান্দা পুথোরকপা অদুদা মবোক্কী রাখল লংলা তংখি। নুংশাসোর মপী অমা শাংনা হোন্দোকখিবা খঙহৌদে। হমাই অদো অমুক্ পায়থংতুনা হুন্মি। অদুদগী মশূনুগীরোমদা ওনশিল্লকই, "ইবেম্মা, হিদাক ঙাহুক অমতং হান্দোরকউবা।"

"হোয় হান্নক্কে" হায়রগ্লগা চন্দ্রা ইমুংদা চঙ্খি। মবোক্না নুমিৎ খুদিংগী উদুনা লৈরিবা মশূনুগী অদুবু পেনবা লৈত্রবা মিথয়েংনা য়েংদুনা লৈহৌই। ইখঙ খঙহৌদনা কয়া চাউরক্লবা। পিশক পিক্লা মমানা লংশেক্লম্বনি। শঙং-শাদা কুচু-কুমেন মায়থোং-লাকথোং পূন্নমক মমা হেক চপ চানা হঞ্জিলহৌরি। কুইনা কাউরম্বা মমৌ নুপী অদুবু নীংশিংলুবদা খঙহৌদনা অহন অদুগী মিংলু অনিদগী পিগী ঈরা শিম্বুরকই। মনেমনা লুনা তৌজগ্রবা মমৌনি। মমৌ অদুনা ঙসি লৈরম্লবদি মশূশিংগীদমক খনবদা মহাক্কী থৌরি কংজিবসি করিগী কংলুগনি? চাউরক শাংলক্লে হায়দুনা খরা অমুক নুংঙাইজরম্লবনি। অদুবু বিধি-বিধাতা মহাক্কী খুজিলবু কনানা খঙবা ঙমলুগনি। মপানা লৈজরম্লবদি কুমসি অসি শোয়দনা থাজ-য়োনজরম্লগদবনি। পীন-খোংনদুনসু লোইরবনি। অদুবু——! খমু-খম্বুরুম্লদা মবোক্কী থম্মোয় চিংখাইবা নঙনা অতৈ করিমতা ওইজদে। হয়েংদি থাশিনি। মচানুপানা লৈখিদবসি ঙসি হায়না হায়না থা

[illegible] নমিং মনিনি [illegible]।

মশুনুগীনা হিদাক হান্দোয়রকুনা মবোক্তা পীয়রে। হিদাক অদো নৌরগা মবোক্তা হায়রকই, "ইবেম্মা, নখোয়গী তাচৌ অদুবু হল্লকখিরে। দিন-কালনা কত্তবনে, শং হল্লক্রবদি কগদবা।"

"খঙদেনে তা-তোম্পোক্লদি য়াম্না থুনা হল্লকনি হায়রম্বনি। করি তৌগ্রবনো খঙদে।" থোঙাল্লোমদা চৌর্চকী মঙাল অমা উরদুনা চন্দ্রানা অমুক্তা হায়রকই, "ইবোক, তাচৌ লাক্লমাল্লে। থোঙাল্দা মৈঙাল অমা উই।"

মী অদো শুমাং মতোন য়ৌরক্লে। মবোক্তা কৌরকই, "ইবুংঙো, ভাস্কর! করিগী অসুক খেঙলক্লিবনো?"

মাঙোন্দা থাউমে থাল্লিদি হায়ববু থাউমে-মুখু ওইবনা মাঙোন মতেক খরা অদু খরা ঙানবা নত্তনা মৈঙান অদো শুমাং মতোল য়ৌবা ঙমদে। শুমাং মতোন্দা লাক্লিবদো কনানো হায়বা মীশক লাকপা ব্রায়। "ইবেন ঐনি, তোম্বীনৌনি।" চংঙক্লিবা অদুনা খুল্লকই।

"ইহে তোম্বীনৌ ওইরে। মিং অসি য়াদ্রেনে মীশক লাকপা ব্রারেনে। ফম্মু, কক থারিবদুদা।" তোম্বীনৌনা ককতা ফল্লবা মতুংদা হনুবী অদুনা হায়রকই, "ভাস্করনা কদায়দা লৈহৌরি?"

"ভাস্কর অদুবু ঐখোয়গা য়ুম্নামদা ফমদুনা ব্রারী শামিম্লরম্বদগী য়ুমদা হল্লগে হায়দুনা চংগ্রবনিনে হল্লক্লিবোইরে।"

"খঙদেনে। দিন কালনা কত্তবসিদা ঐদি নখোয়গীদমক্তা ব্রাখরে।"

"ব্রারুদা ইবেন, লাকচরনি, য়াম্না থুনা হল্লকবা য়ারোই। ঐখোয়গীদি পোং-চৈ পুবা য়াগদবমখে য়োমশিনদুনা লোইরম্লবনি। ইবেনখোয়গীদি করম তৌরি?"

পোং-চৈ য়োমশিনবগী ব্রা অদো তাবদা পাঙ্গল য়াওদ্রবী অহল ওইরবী অদুগী লবাই-লুতোন ফুং শাগংলকপা খঙহৌদে। ঙাইহাক জান মাঙবগুম তৌই। "করিনোনে হায়রিবসিবু ঙসিমক চংপা অরিবরনে?"

"হোয়, ঙসি অহিঙমক চত্তবা য়াদ্রবনি। ইবেনসু তাররিনি পাউ পুম্নমক। পরম্বারোমদা হন্দক তৌখিবসে য়াম্না থীনা তৌগ্রে হায়রি। চুম্না য়ুমকৈতা

মৈ থাবদগী হেন্দোক্লুনা নুপী অভাং ফাওবা ওৎ-নৈদুনা য়ায়া থীনা তৌগে হায়। বাংগালী নুপী অহমথক মখোয়না মুন্দুনা পুগ্রেসু হায়নৈ। কয়ামুক চুম্বা চুমদবদি খঙদে, মৈতে নৈশাবী অমসু থিবা কংগ্রে হায়না ভাওনরি।"

তোম্বীনৌনা অদুক থবায় য়াওনা অদুক মরীক চুম্ন তম্লিবা পাউ অসে হনুবী অদুগী নাকোংদদি থোইনা চঙদে। ভাইহাক লম্বাই-লুতোন শারম্নবসু ঈংথগ্রে।

হনুবী অদুনা য়ায়া ঈংনা তপ্না করিমতা ফিংগৎপা তৌদনা হায়রকই, "তারিবা পূন্নমক অদো হেঞ্জিনবা পাউসু ওইরম্বা য়াই। হনা কথা দুনা যায়, হায়বদাইদো ময়াংশিংনা। থরবুদি তৌরমগনি। অদুবু অদুক হাক্লদি তৌরগ্লোইদা। পংওৎ হেক ওৎপা পংনৈ হেক নৈবা য়াবা পোৎ নত্তেদা। ঐখোয়বু নৈবাক অসিদা পোকপা নত্রবরনে? মখোয়না চৎলো হায়দুনা হেক হায়বা য়াবরনে। চৎলো হায়রগসু হেক্তা চৎকদ্রা? য়ারিমখৈ য়াপংনা চিক্লুনা ওইরবসু খাঙ্খিগদবনি। মীরৈবাক অদুদা চৎলগা কনাসু খঙন-চান্নবা নৈতবা মফম অদুদা চাবা ফংদদুনা শিগদ্রা হায়বসু খঙবা পোৎ নত্তে। শিগদবগী শিগদবা, অদুগী শরুকপুদি ইরৈবাক অসিদা ঐগী ইয়ুমদা ঐগী ইখুন অসিদা শিজবনা কত্রা?"

অহন ওইরবী অসিনা হায়রিবা যুক্তি অসিসু থোইনা লানবদি নত্তে হায়বসি তোম্বীনৌসু খঙম্বি। মহাক্না শিখাং খাঙ্দুনা নৈবদগী ভাস্করখোয়গী ইমুং অসি হৌজিক ফাওবা পাকিস্তানদা নৈরিবনি। ভাস্করদি মপা নৈরিঙৈদনা চৎলসি হায়রক্লবনি। মখোয়না নৈবদগী তোম্বীনৌখোয়সু হৌজিক ফাওবা নৈরিবনি। করিগুম্বা মরী-মতা অমত্তা থোক্লদ্রবসু ইমুং অনিসি থাইনদগী য়ায়া লুনা তিম্নরকই। অমবু অমনা কৈদৌনুংদা থাদোক্লরক্তে।

অদুনা তোম্বীনৌনা মপূক্লিং হনবা নৈতনা হায়রকই, "কক্লিগী শিজরুনি ইবেন, আদা চৎলগা সরকার নৈরি। ঐখোয়গী কিত্তম মওং চাম্রিবা ফাওবা হিন্দুস্থানগী সরকারনা মতম থরদি শোয়দনা থাকনি। অদুদগী মৌরি ইংখোজনা চিংবা পীদুনা খুন্দাহনগনি। লম তু পীবত্তা নত্তনা নৌ উনলবা বন-ইগ্লোই শেল-থুম ফাওবা ওক্লবা পীনি।"

তৌবগীদি ব্রা অসি হায়দোকপদা নমথাক খরদি য়াওরে হায়বসি মপূন্নিংদা খন্দবা নত্তে: খত্থরুগা নোক্লিংবা অমা পোক্লকই। করিনা মহাক্লা অরিবা পাউগা মহাক্লা হায়রিবসিগা ওত্থোক্লা খেন্নরে। খুন অসিদগী অহানবা খোঙহৌদা চৎখিবদা য়াওখিবা তোমালনা হন্দক লোয়া লাক্তুনা তন্নবদো মহাক তারবনি। হিন্দুস্থানগী সরকারনা অসোমদগী চৎখিবা কাঙবুগী পীজ-পীথক তৌরি হায়বসিবুদি অচুম্বনি। অদুবু মমিংতনি, মদুনা পূক থনবা পোৎ নত্তে। পূক থন্নবা লাক্লবদা চাহৈদবা চিঙ্গাক কয়া চাদুনা শিবা নাবনা কোক্লাইনি। লম পীদুনা খুন্দাহল্লি হায়রিবসিসু চীংনুং মানুংদনি, জঙ্গল কোকহল্লিবনি, তীন কাও মরক্তা অনা-অয়েকসু মহানি। মসি পূম্নমক অসি মহাক তারবনি। অদুবু অকবা ওাক্তা ওাংদবা য়াদে। করিনা, মী থৌগত্তবা য়াদে চত্তবা য়াদে। মান-ইজ্জৎ লন-থুম ওাকপা ওমম্রবা লৈবাক অসিদা করম হায়না লৈগনি? পোককম-চাকম হায়বসি কনানসু থাদোক্তুনা চৎনিংবা পোৎ নত্তে। অদুবু উপায় লৈতে।

"অদুগীসু মথক্তা," তৌম্বীনৌনা অমুকসু হায়রকই, "অহন লমম্না হায়বা অমসু লৈরিবদুনি, নোংমা নত্রে নোংমদি ঐখোয়বু ইপা-ইপূগী হৌরকফম মৈতৈ-লৈবাক্তা চৎলো হায়না অহমলক তাল্লগনি। অহানবগী অদুদা, চৎপসু ফত্তে, অকোনবগী অদুদসু ফত্তে, ময়াইগী অদুদা চৎলসু হায়নবদাই। অদুনা হন্দক্কী অসি ময়াইগী খোঙ্হৌ অদুনি।"

"খওদেদা ইবুংঙো, নখোয়না থোকপা তৌরো।" হায়কম খওম্রবী হনুবী অদুগী মচীনদগী থোরকই।

তাঙ্গা অদুদা তাক্করসু থুংলরে। "কদায়দা চৎলুই।" মবোক্লা হাংওকই, "কাল সময়না কত্তবসিদা। ঐখোয়দি অসোমদা নুংশা থীনবনা লোইরে।"

"খুড়া-ইবোচৌখোয়দা চৎলুবা।"

"করম তৌরে মখোয়গী মশ অদো?" তৌম্বীনৌনা হংওকই।

"করম তৌনি হায়বগে? মাঙ্তজরেদনা। থানানা জরিমানা লুপা য়াংখৈসু লৌহৌরে। অদুগীসু মথক্তা মশ পাবোৎ অদুসু অয়েবাগীনা পুখরে। সাক্ষী প্রমাণ তৌদুনা মহাক্কীনি হায়খরে।"

"করিনোনে হায়রিবসিবু!" মবোক্লা ইগুক গুক্লা হংগুকই, "ইবোচৌ-খোয়গী যঙ্গোনষণ হুম্বি হায়বদুরনে? চপ চাবী পাউমক তাত্রবসু ইবোচৌখোয়গী ষণ লাবা পাবোং অমা মাগুম্রে হায়বগী ম্বারীসি মবোকসু হাইকেং তারবনি।

"অসিতসু নত্তে", তৌম্বীনৌনা অমুক শমথরকই। "তা-নোংয়াইখোয়গী গুসি ফৌ তাইবগী ম্বাসু তাদ্রিমাক্লে ইবেনদি। ময়াংশিংনা ফৌ ম্বাক্লে হায়রগা শেল অমত্তা পীরমদনা, কোম্না গুম্বা মতমদা পীগনি হায়দুনা চংখরে।"

"অগুইবরনে।"

"অদুননিনে ঐখোয়না অসুক য়াম্না পূক্লিং লাংতক্লরিবসে।"

হন্দক্তি ভাস্করসু ম্বা গাওলক্লে, হায়রকই, "অদুগা নহানমখৈ নিংফুং নিংফুং তাবদো থোং ম্বাংমগী বাংগালী হিন্দু খুল অসি মৈ থাগনি হায়দুনা, হয়েং অহিংগদি শোয়ররোই হায়রিয়ে। ঐগোন্দা তূমিন্না হবিবুন্নানা তক্লকই।"

"খগুদ্রে। তৌরিবসি। ঘুর কলি হায়বদো য়ৌরমাক্লে।" শাংলবা নুংশাসোর মপী অমনা অহন গুইরবী অদুগী গুমচাক্লরবা ম্বাখল অদো গাইহাক্তং ঈংথহন্নবা অরেম্বদা লাক্লে।

গাইহাক লৈরগা তৌম্বীনৌ ময়ূমদা হনস্রে।

মশূ-মবেন অহম অদুসু চাক চারে। অদুদগী মচিন-মনাও চগুদুনা পুগদবা পোংচৈশিং অদো লোইশিন্নবা কন্না লাক্লথক্লক্লে। মবোক্তি মপান্দা করি খক্লিবা খগুদে ফমদুনা মতোমতা লৈরি। মশূ অনিদুনা লাক্লরিবদো মতেং পাংশিনবিবগী ম্বাখলসু তৌদে।

তূমিন্না ফক্লম্বদগী করি খক্লকপনো খগুদে, ফুক হৌগংতুনা যঙ্গোক্লোমদা চগুখিদুনা পুক্লিবা ষণ মপী মচা অদু নানবিবা হৌরকই। চক্লাগী উক্লনবা হায়দুনা মপানা তক্লম্বা ষণ মপী-মচানি। খম্নুক্লবদা মবোক্কী মিৎলু অনিদা ঈহৌরকই। শিম্নুরকপা পিরাং মতুম্না খগুহৌদনা ষণবী অদুগী মশাদা তাখি। কায়নরমদাই য়ৌরক্লে খগুদুনবু তৌবরা, ষণ মপী-মচা অদুসু মনা চপ যুংনা লেগু-লাকপা তৌদনা চপ লেপ্তুনা লৈখরে।

যঙ্গোন্দগী চংগতুনা অমুক মাঙ্গোন্দা কক্লরে। মহাক্লা হেক কম্থবগা হুই

লাবা অদুনা মমে ফর ফর হাইরদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈররে। "ঐখোয় চৎখিগদৌরে, পুলিসিদা অতে অমুক উন্নররোই হায়দুনা য়াম্না মুন্না পেন্না য়েংহৌরিবোইরে।" অহন ওইরবী অদুগী মচীন্দগী থোকখিবা খঙহৌদে।

কুইররোই পূংমুক মতুংদদি মখোয় পূন্নমক য়ূম অসি থাদোক্তুনা চৎলরনি। খম্বুরুবদা অহন ওইরবী অদুগী চিংখাইরবা থম্মোয় অদু মশীং লাকঙমদনা মচেৎ মচেৎ কায়থরকই। চহী ফাদ্রিবনি য়ূম অসি শাবা মচানুপানা পামজনা। মশামক্কী মখুৎনা দোর ফূদুনা থোঙ থোঙনাউ নীংথিনা মরাং কায়না হাপ্তুনা শাজরম্বনি। য়ূম অসিগী মফম খুদিংমক্তা মচানুপাগী খুৎফম কায়দ্রিবনি।

হায়না হায়না নোংয়াই মতুং পূং অমরোম তাদ্রে। ময়াম্না হায়নখিবা পূংজা অদু য়ৌরক্রে।

মশূ-মবেন অহম অদো সনামহী লৈমরেন খুরম্নে। হৌগৎলে। অদুবু মখোঙ থাংবদি থোক্রে। অদুবু চত্তবদি য়াদে। চৎসি চৎঙমদা চত্তসি লৈঙমদা, তপ্না তপ্না মখোয় অহম থোরক্রে। পোৎয়োম মচা অমমম পায়দুনা দারীদগী কূমথরে। বৃন্দাদেবী মখোঙ্ অদুদা চঙ্দুনা মখোয় অহম অমুক খুরম্নে। মখোয় অহম্নক্কী মিৎলুদা পিরাংনা ঈমায় পাথরক্রে। মবোক অদু হন্দক্তি হৌগৎপা লৈখিদ্রে। অদুবু খীন্থবদি য়াদ্রে। নোংঙাম্বিঙৈদা মাইক্ল মঙা চৎলগা তুরেল অমা লৈরিবদো লালহৌদবা য়াদে। মদু লাল্লগা হিন্দুস্থানগী সীমানানি। ময়াম চৎনবা হৌখরে। ফনা লাপ্না চৎনবসু য়াওরম্মনি।

মশূ-মবেন অহম কোম্থোংদগী লাম্থোরক্তুনা খরমুক চৎলে। খোং মচা অমা লৈরিবদুগী মনাক্তা হৌরিবা ইশং কারবা খোংনাং-পাম্বী অদুগী মপা য়ৌরক্রে। খুল অসিগী অবা-নুংঙাই কয়াগী সাক্ষী ওইদুনা মৈহৌরোলদগী লৈরক্লবা উপালনি। মতূ-মচা কায়নবগী, মরূপ-মপিজা শেৎনবগী তোংথাখোলনা মশীং লাকঙমদনা নিনশ্রবা মাগী মখোঙ্নি।

"নপূবোক্লা নপাগা নমাগা খুরুম্মু", মবোক্লা হায়কই। মবোক্লা হায়বা মতুং ইম্না মশূ অনিদুসু খুরুম্মী।

খোংনাং অসিগী মনাক্তনি মপা-মচা অমদি মমৌ নুপীনা অরোইবা য়াহিপ

তান্দুনা লৈরিবসি। মবোক্তি খূরু খুদক কৃষ্ণখিবদগী হৌগৎখিত্রে। চিন্নবা অহিঙ-নোংয়াই অদুদা লৈখিদ্রবা মপূরোইবা অমদি মচাগা মমৌগা তেংথা-নাওইনা কৌদুনা কপ্তুনা লৈত্রে।

অসুম তৌদুনা তেংথা-নাওইদুনা কপ্তুনা কুইনা লৈথোকপা য়াবা মতাং নত্তে হায়বসি মশূ অনিদা কন্না ফাওরকই, হায়রকই, "ইবোক হৌগৎলো চৎলসি। মী পূন্নমক চৎনত্রে। থেঙ্ত্রনি।"

"ঐ চৎলরোই। মকম অসিদা ঐ অসুম—। নথোয় অনি চৎ—।" ফীজিদা মিৎলুগী পিরাং তৈথোক-তৈথোক্লা হায়দোকপা ওম্‌দ-ওম্‌দ হায়দোরকপা মবোক্কী য়াহৈ খরা অদো অদুম মপাৎ ফাবা ওমখিত্রে।

(১৯৬৭ ইং)

## নোংচানবদাইদা

মচানুপীগী হন্দক ওল্লক্লিবা মওং মতৌ অসিদা ওক্লবা ওমদে মমাসু মপাসু। নুমিৎ খুদিংগী ৱারী-ৱাতাইতা শাদুনা লৈবা পাম্বা সনাতোম্বীনা হন্দক তৌরিবা মতৌ অসি পুংওন্নি। মপুক্লিংদা মওল মওল খনদবা ওমদে মমাগা মপাগা অনিমক। কোলেজতগী হায়দি অয়াম্বা মতমদা থেঙনা হল্লকপনা মহাক্কী মহৌশানি, মরূপ-মপাং অম-অমগীদা চংলুদুনা। অদুতা নত্তনা নুমিদাং চাক-ঈশিং তোক্লগা মমাগা মপাগা মখোয় অহম ঙাইহাক ৱারী শামিন্নবা হায়বসি তোকপা য়াদ্রবনি। মবুং লৈরগদি মহাকসু য়াওরি। নোং-ফাদোক-কাদি ৱারীদা মুনখিদুনা অহিঙ নোংয়াই য়ৌখিবা খঙহৌদে। অদুবু হপ্তামুক শুরে কোলেজতগী ওয়া ওয়া হল্লক্লিবা, হল্লকপগা হেক্তা মাগী কাদা চঙ্খি, পঙ্না থোক্লক্তে। নুমিদাংসু চাক হেক চাবগা হেক্তা মাগী কাদা চঙ্খি।

কাদা চঙ্খিবগা হেক তুমখিবসু তৌদে। মমাগা-মপাগা তুমগ্রবা ফাওবদা সনাতোম্বীগী কাগী মৈ মুৎতে।

মচা-নুপীগী মতৌ অসিদা ৱাবসে মামনা মহেল্লি। নুংথিল কোলেজতগী হল্লকপগা মমানা মচানুপীগী মনাক্তা চংঙক্লনা হংঙি, "করি তৌরবগেনে ইবেম্মা নঙবু? ইমাদা হায়ঘুনে।"

সনাতোম্বীগী মায়থোংদা নুংঙাইতবগী মমি অমত্তা তাদে, নোকমি নোকমি তৌদুনা মমাদা খুমই, "করিসু তৌদেনে!"

মমাগী চিংনবা মপুক্লিংনা কুপথদবা ওমদে, "ইবেম্মা লোৎকনুনে। অতৈদা লোৎলবসু ঐঙোন্দদি লোৎকনু। অতৈদা হায়দোকপা ইকাইরগসু ইমাদদি ইকায়গনুনে। হৌজিক ইকায়দুনা লোৎলগা হয়েং তুংদা ফৎলোইকো।"

সনাতোম্বী খুমদে, নোকমি নোকমিতা মতৌই। মহাক্কী নোকমি নোকমিগী অর্থ মমানা লৌবা ওমদে। মথরাই রানা রানা মচানুপীগী কাদশী থোক্লকই।

সনাতোম্বীগী ওল্লক্লিবা মওং-মতৌ অসিদা মওল-মওল খল্লিবসি মমাগা মপাগতা নত্তে, শরৎসুনি। সনাতোম্বীনা কোলেজতগী হল্লকপা মতমদা লমথাংদা শরৎকা উন্নে। শরৎনা সিনেমা য়েংঙুসি হায়না হৌরি হান্নগী মতৌগুন্না। অদুবু সনাতোম্বীনা থবক য়াম্লা চিল্লি হায়দুনা য়াদে।

“করিগী থবক্লো অদুক য়াম্লা চিল্লিবদুবু। পাবুংগী কারবারকা য়াওরবা জাৎলা?” শরৎনা করেমনৈ।

সনাতোম্বীনা থৌ-রা ইশা-শাদে, অদুবু য়ূমদা থুনা হনদবা য়াদে হায়দুনা সিনেমাগী বার্তোন লৌদনা চৎখি। সনাতোম্বীগী মতৌ অসিদা ওক্তবা ওমদে শরৎ। শরৎনা হায়বদা নোংমতা য়াদবা তৌদবা সনাতোম্বীনি। শরৎ উদবদা পোত্থাবা ওমদবী মহাক্লি। নুমিৎ নিনিতং শুনা উন্নদবদা চিঠি থারকপনে ফোনবু তৌকপনে মহাপ্রলয়নি। অদুবু হন্দক্তি তরেৎ-নিপান্নি শুরে উন্নদবা, ফোন মরী তৎখিবসু নত্তে, চিঠি ইনবা চে ফংদবসু নত্তে। করিবু করি তৌরবা? নত্ত-নত্তবা রাখল খল্লক্তবা ওবদে। ওসি মহাক্লা কোইথি থিদুনা উন্নবসিদসু মহাক্লা থৌশারমদ্রিবা মতৌ উবদা মপূক্লিংদা চিংনদবা ওন্নক্তে। নুপী ওইবীগী হৌনশা, অহেনবা অমা হেক উবদগী মিৎয়েং হোংগ্রবা জাৎলা! করিমতা ভাব তাবা ওমদে শরৎ।

নুমিদাং অদো মপানা দুকান্দগী হল্লকপদা ফনা থেংলে। সনাতোম্বীগা মমাগা চাক তোক্লম্মে। মমাদি মপা ওাইবা ওইনা ওাইহাক তূমথরন্দরে। সনাতোম্বীদি তূমশ্রবরা তূমদ্রিবরা খঙদে। মহাক্কী কাগী থাউমৈদি মুৎত্রি। তূন্নমদবা য়ারি। তূন্নবদি মহাক থাউমৈ থানবা হৈনদে। লাইরিক পারিমান্নে খন্দুনা মপাসু মথোঙ মখুৎ হামদোক্লগা চাক চাবা অদুম চঙ্লে। মহাক্লা চাক তোক্লকপা মতমদা নুমিদাং বারো য়ৌরে। তূন্না চঙলগে তৌবদা মচাগী কাগী থাউমৈ ওাল্লিবদো উবদা কৌরকই, “ইবেম্মা, সনাতোম্বী থেঙ্লে তূন্নো, বারো য়ৌগ্রে।” কা মনুংদগী সনাতোম্বীনা খুন্নকই, “হোয় তূন্নগে লাইরিক অসি লোইশিনগদবা খজিক্তং ওায়রে। বাজীখোয় তূন্নো।”

মখাবুদি তাথরমদ্রে, অদুবু কমুংদা কাখৎলগা তূম্বা ঙমদ্রে মপাদো। মহাক্কী কমুংদগী মচানুপীগী কাগী থাউমৈ মৈঙাল অদো উবা ফংঙি। খনদবা ঙমদে করিগীনো মচানুপীগী কাগী থাউমৈ অসি মুৎত্রিবা! ঙসিতা নত্তে, হৎপ্তামুক কাজিন্নক্নে। অদুবু নহানমখৈদি অসুক য়াম্না থেঙদে। করি লাইরিকপু পারিবা! পরীক্ষা নকশিল্লকুনা তৌবসু নত্তে। খন্না খন্না ঙাইহাক উইরুম উইরুম তৌরুরমান্নে ফক্লাং ঘড়ীগী পৃং অনি য়ৈরকপগা মতা চানরুরে। মমিৎ পাংলি পাংলি তৌবগা মচাগী কাগী মৈঙাল অদু য়ৈররে। হুন্দমুক্তি তূমিন্না লৈবা ঙমদ্রে। ফুক হৌগৎতুনা মচাগী কাগী থোঙ্দা য়ৈরুরে, "ইবেম্মা সনাতোম্বী!" "করি হায়গে বাজী?" মরোল করিমতা ফাইদনা সনাতোম্বীনা খুম্মকই।

"থোঙ হাংদোকউসে ইবেম্মা।"

মপাগী অফিং-অকাই ওইবা মতৌ অদুদা সনাতোম্বীসু থীনবা তৌদনা থোঙ গে হেক হাংদোকই। থোঙ হেক হাংদোকপগা সনাতোম্বীগী টেবল মথক্তা উলগী মোজা সুয়েটারনচিংবা ময়াম অমা তাদুনা লৈবদো উবদা খংপ্রেক খংলে।

"করিনোসিদি?"

"জবানশিংগীদমক হয়েং থাবা নংনবা তৌরিবা। ঐখোয়গী কোলেজ ইউনিয়ননা থাগদৌরিবনি।"

"করিগী অসুক ব্রানা হোৎনরিবা ঐঙোন্দা হায়বা কৈদৌরি? নঙগী শরুক অদো কৈথেলদগী কোক লৈরুরগা লোইরেদনা।"

"লৈবাক্কীদমক মথব্রাই থাবা কিদনা লাম্ভেংনরিবা জবানশিংনা মেশিন্না শাবা ফিরোল শেৎপবুদি মচন-মচাশিংগী মখুৎমক্লা শারকপা ফিরোল শেৎপনা থোইনা ইচং খৌবা হেনগনি।" খুম্ফম খঙদনুনা সনাতোম্বী মচীনদা লাকপা অমা হেক খুমই, "অদুগা বাজীদা হায়রগা লৈবাক্কীদমক বাজীনা শেন পীগদ্রা?"

মচানুপীগী ব্রাদো তাবদা মপানা খুম্নকই। "করিগী পীরোই? ঙরাংতসু লুপা ১১১১ দান তৌখিবদুদি।"

মচানুপীনা খুম্মকই, "মদুদি দান নত্তে। লানগী ঈরাংদা পোৎ-চৈ পৈশিন্দুনা

মমল য়াম্না তাঙ্না য়োনদুনা তালহৌবা শেন্দোং অদুগী শরুক মচা অমনা সরকারগী মমিত্তা উং চাইবনি।"

খুম্বা ওমদে, মরমদি মচানা হায়রিবদো তশেংনা অচুম্বনি।

"বাজীনা দান তৌগে হায়রবদি লানদা শোক্লক-পল্লকপা জবানশিংগী-দমক ঈ দান তৌ। বাজীগী হকচাং অদো অথুম-অহাও চামন্দুনা য়াম্না নোয়থোক্লে।"

"ইচানবু ফনি হায়রবদি ঐ হয়েংমক হেক্তা ঈ দান তৌগে।"

মপাগী ৱা অদো তাবদা সনাতোম্বী হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওজে। মায়থোং অদো নোকমি নোকমি তৌদুনা হেন্না ঙানথোরকপগুম তৌই।

মপান্দা নোংঙাল্লমদাই চরোইগী থোঞ্জেলনা নিনবা হৌরকই।

(১৯৬৬ ইং)

## নুংশিবা

কাইনথংদা বীরেনবু মমায় ফাত্তোক্লবা টিন অনিদুগী মনুংদা হাপচিল্লে। থম্মোয়দা দং লাউনা কনানো অমনা নুংথংনা থারকই। তগং তগং তেকলি মশা অদো। মায়থোং অদো করিমতা কায়দ্রি। অঙাং অদুবু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবনিকো খল্লুবদা খঙহৌদনা মিৎলুগী পিরাং মরীক অনিতং ফোং-ফোং শানা খুদাংদা তারকই। হয়েংদগী মাম মাম হায়দুনা কনানা ঐঙোন্দা ওইনরগনি, ঐনা চা থক্লিঙৈদা কনানা তম্পাক্তা চোংশিল্লক্কনি। নোং-নিনিতং মশক উংলমলগা হনখিগদবা ওইরল্লগদি কৈদৌনসু লাক্লল্লিবা তাইবংপান অসিদা! চুম্মি, মীওইবা খুদিংমক নোংমা নত্তগা নোংমদি শোয়দনা সংসার অসি থাদোক্তুনা চৎখিগদবনি। নুংশিরবা মরীমতা চান্নরবা মরূপ মপিজা নোংমদি শোয়দনা কায়নগদৌরিবনি। অদুবু সংসারসিদা লাক্লবনিনা মতম খরদি সংসারগী অবা নুংঙাইগী কুপ্পে অসিদা য়াওখিকম থোকপনি, মতম খরা য়াওরল্লবদি কায়ন-মৈশা লাংলবা থম্মোয়বু থেমজিন্নবা মরম খরতং ওইরবসু কংগদবনি। বীরেনগীদি অদু নত্তে। লাকপা কুইদ্রি। চহী অমা মথায় খরতমক হেল্লি। অসুক থুনা হনখিগদৌবা অসিনা ওইরমাল্লে মশা অদো পুপ পুপ লাউরদুনা, কুচুনগা ঙৌরোক ঙৌরে, উবদা মী অমত্তনা পমদবা ঙমল্লিবা। মহাকসু মী অমত্তা কোইদে, মঙোন্দা য়েংঙুবগা নোকমি নোকমি হেক্তা তৌরকই। মসিগীসু মথক্তা মপা লৈতবনে, মমানগা মীথোং অমা হত্তবনে মায়া অসি অমুক হেল্লম্মী।

মী শিবা ঐ ফনা য়ান্না থেংনম্রে। অঙাং কয়া শিবদা যজ্ঞ তৌবসু কয়া

য়াওগ্রে। অঙাং শিবদা লৈনুংদা কুম্বসু কয়া উগ্রে। অদুবু নোংমতা মিংলুদগী ঈরা শিছ্খিদ্রি। মরীমতাশিংনা তেংথা নাওইদুনা কপ্প-লাউবা তারগা পূরিংদা থুক লাউবা অমকাদি ক্বাওখিবরা! অদুবু ঙসিগী অসুম হায়না থম্মোয় কায়বদি তৌখিদ্রি।

"প্রপ প্রপ তৌরো। থেঙ্গ্রে, নুমিৎ তাগ্রনি।" হায়দুনা মাইবসু হাইফেৎ ওইবা খুনগী অহন অদুনা খংলাউ লাউরকপদা ঐ অ্যান তারকই।

"ইচেদো অমুক্তং কৌথোকপিরকউ। মচা অসিবু অরোইবা ওইনা ............" ঐ মখা তাবা ঙমদ্রে। ঐগী লৈতোন অসি মরোল থোক্তরে মিংকী পিরাংতনদি ঐনা হায়নিংলিবদো ফোঙ্দোক্লি। অদুবু কনামতনা মদুগী অর্থ লৌবা ঙমখিদে।

অহন অদুনা অমুক্কা লাউরকই, "কান্নদ্রবদা মতম মাঙনবা তৌদুনা লৈরেদো। অঙাউবীনবু মচা নুংশিবা খঙব্রনে। কান্নরোই থেঙ্লে পুরো চৎলসি।"

অহন অদুবু অসুক কুইবসি য়াম্না ইকায় খুম্নবা ব্যবহার তৌরম্মী। অদুবু ঙসিদি যমগী দূত ওইনা থোক্লরে। সাবিত্রীগা যমগা সত্যবানগী অশিবা হকচাং অদো মুম্নবদা অসুম হায়না তৌরমগদ্রা? খঙ্ই হৌজিক দ্বাপর নত্তে কলিনি, বীরেনগী থবায় অসি হিঙ্গৎহনবা ঙম্বগী পাম্বৈ কনাগীসু লৈতে। অদুবু ঐগী থম্মোয়সিনা মহাকপু থাদোকপদি ইঙম্মক ঙমদ্রে।

থম্মোয় শোক্লা লাউজে অমুক্কা "ইচেদো অমুক্তংদি.............। য়েংজহৌসনু মচাসে..........।"

মাঙ্গোন্দগী অহন হাইরপ ওইরবী মৌ অমনা খুম্মকই, "হাই, য়াদেনহাই। য়েন্নখাদা ফমদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরি।"

যমগী দূতু অহন অদুনা অমুক্কা লাউরকই, "তোমাল, পুনশিনবা লোইরবদি থাংলো চৎলসি, থেঙগ্রে।"

মীনুংশি খঙদবশিং অদুনা টিন অদু থাঙ্গৎগ্রে। অদুদগী থোঙ্গাল্লোমদা তুং হম্না য়েংলম্বা তৌদনা থোকগ্রে। তুংলোমদা নুপা অমনা শূক অমা লংঙ-লংঙদুনা

তান্নরি। খঙদে মসিগী করি অর্থ লৈরিবা। ঐঙোন্দদি পুন্নমক অসি শিংনবা অমা ওইনা থোকখ্রে।

খোং ঝাংমদা লৈবা লম্পাক অদুগী চিদাই অমদা বীরেনবু ফুম্লনবা কোম অদো তৌদুনা লোইরম্রে। অসিদনিকো বীরেনবু ফুমগদৌরিবা! য়োং অদো ইশামক্কা অমুক পায়রে। অমুক্কা লুনা তৌথরে। হোরেন অহিঙ করিগুম্বা হূই লমহূইনা হোগাইদুনা চিংথোক্লবদি! পেনবা ঙমদে তৌরম্লিবা কোমগী মরেপ অদুদা।

অহন অদুনা মহাক্কী হৌনবী তৌরকই, "ফরে। ফরে। অদুদগী হেন্না অমুক তৌথগদৌরিবা করিগীনো? অঙাং ফুমদুনতা অহন ওইরক্লবনি। অসিদগী হেন্না কোম অমত্তা লুনা তৌখিদে।"

ঐগী ইতৌ অদো উবদা তোম্বা চঙ্শিল্লকই। "কদায় কদায় ঐ তৌগে।" হায়দুনা য়োং অদো ঐঙোন্দগী লৌখ্রে।

খরা তৌথরবা মতুংদা অহন অদুনা অমুক্কা লাউরকই "ঐখোয় চৎপ্রগে অদুদি। ফরে য়ারনি হায়রমক্কদা।"

হন্দক্তি ঐসু মখা তাদ্রে। তোমালনা টিন অদো কোম মনুংদা হাপচিনখ্রে। অহন অদুনা তাক্লকই, "মকোক অঝাং ওলহল্লু।"

ঐদি ভূতনা ফংলবা মীগুম পঙথদুনা লৈরে। অহন অদুনা য়োং অদু পায়দুনা লৈপাক খোৎচিল্লি। পৃথ্বীগী মচা পৃথ্বীনা' অমুক লৌশিনখ্রে। বীরেন লৈরোল চনগ্রবা! অমুক হন্না উবা ফংলরোইদবা! ঙসাইমখে ফাজিন্দুনা থল্লম্বা ঈহৌ অদো হন্দক্তি চাংজৌ পাথরক্লে। ঐ খঙহৌদনা ও-খোংনা কপ্লে।

ঐনা ও-খোংনা কপচরবসু ময়াম অদুদি থবক লেপ্তে, মখোয়না তৌগদবা অদো অদুম তৌথে। ঐদি থোইনা জ্ঞান তারমদে। কয়া কুইরবা মতুংদনো খঙদে তোম্বনা, "তাদা, লোইরে চৎলসি।" হায়রকপা অদুদতা ঐগী জ্ঞান লাকই। মমশিল্লক্লে মী ময়াম অদুসু লৈরমদ্রে। তোম্বগা ঐগতা ঙায়রম্রে। য়োংকম অদুগী মথক্তা চৈ কারন লাক্লুনা য়ুংদুনা লৈরম্বদো উরে। হূই লমহূইনা হোগাইবা ঙমদনবনি। অদুবু মখোয়না তৌরম্লিবা অসিনা পেনবা ইঙম ঙমদে।

থাংজৌ অদু পায়দুনা চীংথক্তা কাখৎলে। তিংখং মা চাউর-চাউরবা খরা খন্দুনা য়াল্লুরে। উশা ময়াম অদো মোংফম অদুদা কন্না য়ুংশিল্লে।

তোম্বনা অমুক্কা হায়রকই, "তাদা মমশিনস্ত্রে। থাউমৈসু য়াওদে। ঐখোয় অনিতা অমম্বা অসিদা.........।"

চুম্মি মহাক্কা হায়রিবসি, অমম্বসিদা ঐখোয় অনিতা লৈবা ফত্তে। থাউমৈসু য়াওদে। লাই-তিন য়াম্না তোয়না থোক্কনবা মফম্নি হায়নৈ। অয়ুক নুংথিলদা ফাওবা মী অমত্তা চৎপা হঙ্গোইনরিবা মফম্নি। অদুবু বীরেনদি মতোমতা লৈহৌগদৌরিবা! নত্তে, ঐখোয়না মহাকপু মতোমতা লংশেক্লমগদৌরিবা। তু খ্যাউ খ্যাউ চুংবা মফম অসিদা। মহাক্কা শিরমদবা ওইরম্লবদি অসুম হায়না লংশেক্লমগদ্রা, লংশেক্লম্বা ওল্লমগদ্রা! অসিরা অশিবগা অহিংবগা খেন্নরিবা!

মমশিল্লকপা অসুম অসুম হেঞ্জল্লক্লে, তোম্বনা ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংওকই। ঐসু লাইচন্না চেনবগুম মহাক্কী মতুং ইল্লে।

থোঙ্গাল য়ৌরে। মাঙ্গোন্দা লালটেন অমা মুশি মুশি থাল্লি। মীদি অমত্তা উদে। য়ুম অদু থবায় পানদ্রে।

ইমুংদা চঙ্লে। ইচেনা মহাক্কী ফমুংদা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈরম্মী, "ঐনা ডাক্তর কৌগনু কৌগনু হায়জবনি। মোয়না সুক্তা তাবিদবা। হৌজিক্তি কমদৌরগেসে, পেল্লরিনি।"

কনাদা ব্রাকৎলিবনো, কনাগী মথক্তা শাউরিবনো ঐ খঙদে। ঐগী ইথক্তা শাউরিবা ওইরম্বসু য়াই। ঐননি ডাক্তর কৌরুবা। ইচেদি কৌরুনু ফনা হায়জবনি। মপাসু ডাক্তরনা হিদাক কাপ্পদগী শিখিবনি হায়বসি ইচেনা য়ান্না কন্না থাজে। মহাক্তা নত্তে, লৈকায়গী অহনলমন অয়াম্বসু। ইবাইনা শিখিবগী মরম ঐ চপ চানা খঙদে। মতম অদুদা ঐ য়ুমদা লৈতে। অদুবু বীরেন্না শিবসিদি ঐ উহৌই। ডাক্তরনা য়েংবগা হায়রবদি হায়, থাজবা য়াৎলে। অদুবু লাইবক য়েংবা ওইনা হিদাক কাপহনবনি। থাজদবদুনা চুল্লম্মে। কুইরমদে হিদাক কাপ্পগী পুংমুক মতুংদা অদুম লোইখ্রে। করি লাইনাল্লো খঙদে। মাইবনদি লাইয়েনি হায়।

ঐগী ইখোন তাব্দা ইচে মুরুম-মুরুম শোনবা তোকখি। ঙাইহাক তৃমিন লৈরুরগা হংঙকই "ফুন্নম্মবরা ? কদায়দা ফুন্নম্মী ?"

"হোয় ফুন্নম্মে, খোং ব্রাংমগী লম্পাক্তা চীংগা তাইনবা নাকল অদুদা।"

"খরা লুনা ফুন্নম্মিদনা ? অঙাং অদো হুই-লমহূইনা হোগাইদুনা চারোইকো ?"

"য়াম্না লুনা তৌদুনা ফুন্নম্মী। উশা-ব্রাশাসু য়াম্না কন্না য়ুংঙম্মী।"

"থাজদে ! ঐ সুকথা থাজদে।"

ঐ খুমদে। করিমতা খুম্বা ঙম্বগী ব্রাসু নত্তে। ইচেসু মখা তানা হংলক্লে। ঙাইহাক তৃমিন্না লৈরুরগা মহাক্কী মুরুম মুরুম শোনবা অদু অমুক হৌঙ্খ্রে।

অহিঙ নোংয়াইগী অদুবাইদা মঙ-ওই হা-ওই থোঙ হাংদোকপগী মখোল অমা তাখি। তৃম্বনা নঙ্কাৎতুনা ঐ করিগুম্বা অমত্তা খনবা ঙমহৌদে। কয়া কুইনা লৈরগা মিকপ থোরুকপনো খঙদে ঙসাইগী মঙ-ওই হা-ওই থোঙ হাংদোকপগী মখোল অদু খঙনিং নীংশিংলকই। হৌগত্তুনা য়েংবদা হকচাং অসি খাই লাউখ্রে। কমানসু হাংদোক্লল্লিবা থোঙনো, হূরানবা চঙলবা জাৎলা। ইচেবু হৌদোকই অনিরক অহমলক। কনাসু খুন্নক্তে। মহাক্কী ফমুংদা চঙশিন্দুনা য়েংঙুই। ইচেমুক লৈরমদবদা পাখৎখ্রে। লালটেন ঙাম্না থাক্সৎতুনা কোইথি-থিরে, ফংদ্রে। য়ূম্লোম্নরিবা তোম্বা হৌদোক্লে। য়েনখা-লুখা কোইথি-থিমিন্নরে, ফংদ্রে।

ব্রাখল অমা খংফাউ ফাওরকই।

"তোম্বা, থাঙ অমা পায়জম্মু, ঐ চৈ অসি পায়জমগে। খোং ব্রাংমদা অমুক্তা য়েংঙুসি।"

তোম্বা নীংজিং মাংজিংনৈ। অদুবু ঐনা মাঙা থানা চংখৎখিবদো উবদা ব্রা মখা তাবা তৌদনা ঐগী ইতুং ইন্নরক্লে।

পূর্ণিমা মতুং তরেৎনি কোনবগী থাবলসু মুশি-মুশি ঙাল্লি, লালটেনগী মৈঙালদগী থোইনা হেনদে।

খোং লান্দুনা লম্পাক অদু হেক য়ৌবদা ঙাল্লি-ঙাল্লি মল্লি-মল্লি অদুদা

লাপ্তুক তৌনা নুপী অমা কম্দুনা লৈরিবদো উরে। মানি, ইচেনি। মখুত্তা চৈশাং অমা পায়রি। মচীনদা মুরুম মুরুম শোল্লি। মচাগী মোংফম শঙলিরা ওইরম্লে।

(১৯৭০ ইং)

# তা-তোম্বা

তা-তোম্বগা ঐগা করম হায়না নুংশিনবা হৌখিবনো ঐ নীংশিংবা থোক্লে। অদুবু মসিমদি হৌজিকসু শংশংনা নীংশিংলি, মতম পুম্নমক্তা ঐ অসি মহাক্কী মনাক্তা লৈনিংলম্মী, মহাক উদ্রগা খাঙবা ঙন্নমদে।

তা-তোম্বা অসি মশা মঊ য়াম্না ফৈ। চাক চাবদা হাপ্লিবমখৈ হনবা লৈতে। মশা অদো ময়ুংদগী মরাক্লা খরা হেন্না ঙম্মি। মপাঙ্গল ফৈ হায়না ময়াম্না থাগৎপি, থাগৎলগা থবক শীজিন্নে। অদুবু ঐখোয়গী ইমাগা বাজীগনদি পঙমল্লি হায়দুনা নুমিৎ খুদিংগী চৈবি। ইংখোলগী শম্বল খাবদা বাজীনা হায়বদো তৌরমদে হায়দুনা নোংমা বাজীনা য়াম্না থীনা ফূবিখি। তা-তোম্বনা করিমত্তা খুম্বা তৌদনা মমিত্তা মপি তরং তরং শিঙ্লনা খাঙখি। নোংমসু ষণ তানবদা ইমানা ফি শূরগা ফৌদোক্লম্বা অদোমদা তানশিল্লত্তুনা ফি নেৎখাইহল্লি হায়দুনা য়াম্না থীনা তৌবিখি। ব্রাচেৎ অমনা ফৎ-ফৎ পৎকন্তা কনবতা নত্তনা মচীনদসু কবোক পোকখি— "হৈ অপঙ! নঙসিতা শিবা লৈখিদ্রেনে। চাগনিতা মখঙবা, নকোক অসি করিমতা য়াওখিদ্রবনিনে। ফি ফৌরি হায়বা খঙনা খঙনা ষণ তানশিল্লক্লিবসিবু করি কৌরি হায়বগেনে। অসুক মমঙ্গ য়ামগ্রবা ফিশিং অসি লোইরবনি। নঙগী নমা নপা অদুনা অসিগুম্বা ফি অসি শেৎপদি লায়রদুনা মশক ফাওবা উখিবা পোৎ নত্তেনে। নমা নপা অদুনা করি চাদুনা নঙবু পোকলম্মিবনোনে। কৌনেহে নঙগী শিগ্রবা নমা নপা অদো নঙবু লৌশিল্লরো হায়দুনা।"

তা-তোম্বা মমিত্তা মপি তরং-তরং শিঙ্লনা "অয়ো-ইমা অয়ো-ইমা।" হায়দুনা ফ্রং-ফ্রং চোংদুনা নুমিৎ অদুসু খাঙখি।

নোংঙাল্লগা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা ফম্লে। মশা অপূব্বা মথা মথা পোল্লিবা অদুদা নানবিদুনা হংই, "তা-তোম্বা য়াম্না নাবরা ?"

"নাই য়াম্না নাইবো। অদুবু ইনেনা ফূবনিদা! ফূজসনু ইনেনা ফূব্বু কৈদৌরি হায়গে ?"

অদুদগী মহাক্কী হৌনবী ঐগী শিলেট অদো লৌদুনা উচেক-ব্রায়া শা-কৈ ময়াম য়েক্তুনা ঐবু য়েংহল্লি। মহাক্না য়েক্লিবা উচেক-ব্রায়া শা-কৈশিং অদো ঐ অমুক্তসু উখিদ্রি, হৌজিকসু উদ্রি। ঙানুগী মশাদা তেনব্রাগী মকোক পানশিন্দুনা মখল অমগী উচেক য়েকই, হূইগী মখোঙ পানবা ষণগী মশাদা শামুগী মনাতোন পানবা শা-কাসু য়েকই, অদুগা ঐঙোন্দা হেক-হেক হংঙি, "ইনাওমচা, ঐবু তশেংনমক পঙব্রনে ?"

"পঙদেদা, ইমাগা বাজীগনা নঙবু নুংশিদদুনা পঙঙি হায়শিল্লিবনি," ঐনা খুমখি। তশেংনমক ঐগী পিক্রবা বুদ্ধিনা খনবদা তা-তোম্বনা পঙলিবসি কদায়দনো হায়বা থিবা ফংখিদে। অঙক-অঙকপা উচেক-ব্রায়া শা-কৈ অসুক ফজনা য়েকপা ঙল্লিবা তা-তোম্ববু পঙঙি হায়বসি ঐতুদি য়ানিংখিদে। অসিতসু নত্তে; তা-তোম্বনা শাবিবা তেলঙ্গাসু ঐখোয়গী খুল অসিদা লাম্বা য়াওপোৎ নত্তে। অদুনা ঐখোয় অঙাং ময়ামগী তেলঙ্গা শাবিনবা মহাকপু ময়াম্না প্রপ-প্রপ তাম্নরিবনি। অসিগুম্বা মী অসিবু অপঙবনি হায়বসি ঐ সুকয়া য়ানিংলমদে। তৌবগীদি লৈকাইগী অহন-লমন ময়াম্নসু তা-তোম্ববু অপঙবনি হায়বসিদি অদুম হায়। অদুবু মখোয় পূম্নমকসু তা-তোম্বা হেক উবগা হেক্তা খৌদানিংই। ইনে পশোংনা দোকানদা থানবসি মহাক নত্তনা অত্তে লৈতমাল্লে, "তোম্বা থাউ পব্রা অমগা থুম সের মখায় অমতংগা লৌবিরম্মুবা।"

তা-তোম্বসু হেক্তা য়াই। অদুবু অয়াম্বা মতমদা লৈরকউ হায়বা পোৎনা লৈরক্তদুনা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈরকপনা কোঙ্গাইনি। থুম লৈরুচো হায়না থাব্রগা চুরূপ লৈরক্তুনা লাকপা, থাউ লৈরু হায়না থাব্রগা মোরোক লৈরক্তুনা লাকপা অসিনচিংবা অসি থোক্তবা নত্তে। পোৎ অমা লৈবদা

অনিরক অহুমলক হুনবনা অয়াম্বনি। অদুবু তা-তোম্বদি মদুদা ব্বাবা, তনবা নত্তুগা শাউনিংবা তৌদে। ইনে পশোংকুম্বী লৈকাইগী ইমা ইবেনশিংসু মহাকপু দোকান্দা থাবা তেক্তে।

য়ুম্লামগী ইপু ফৈজাও অসি মশা শোন্দুনা লৈরকপা ফনা কুইরক্লে। ইপু অসি ব্বারী শীবদি য়াম্না হৈ। অদুনা নুমিৎ তাবগা তা-তোম্বা ইপু ফৈজাওগী মনাক্তা হেক্তা চংখি। মশা-মউ থুম-থাউ নোইবিদুনা পেবেংকী ব্বারীদগী হৌরদুনা মহাভারত রামায়ণগী ব্বারী ফাওবা শীহল্লি।

নাউরেমগী খুড়ামচানবু উরবদি লেম্না থাদ্রে।

"তোম্বা, ফম্মো লাকখোনে। নঙবু হন্দক লাই হরাওবসিদা মুক্লা থোক্লোইদৌরিব্রা? নঙগী লাম্বাবু লৈগনি হায়বা থাজদেদা। থাইনগী ভীমকা হায়বদো নঙদৌনা কল্লমগ্রদা? থৈবোং অমুনবা অমা লৈ। চাখিসি। হাই কনা কনা লৈ, হাই? থৈবোং অমুনবা অদো পুথোরকউ হাই। তোম্বা লাকই। উক্রোং অমত্তং লৈরিবসি খায়দোকহল্লমগে।" অদুদগী তা-তোম্বারোমদা অমুক তাথরকই, "উক্রোং অসি ঐখোয়গী পাঙ্গল মতা অসিনা খায়বা ঙমদ্রে। নঙ ঙাইদুনা লৈরিবনি।"

থাগৎলগা চাউবা শীজরগা হরাওবা তা-তোম্বদা ব্বাহৈশিং অসি হিদাক থাবগুম্বনি। নোকমি নোকমি শীংজং কোইথি থিদুনা চঙশিনখি, "এরা অসিবু কৈসু লৈতবা থবক্লি। ঙাইহাক্তদা খায়দোকপিগে।" হায়গুম্মদুনা হমাং জিরি শিছুরবসু শিছুনা লোইনা খায়দোকপিরম্মী।

অদুবু অসিগুম্বা থবক তৌবিবগীদমক নোংমতা কনাগুম্বা অমত্তদগী পৈশা লৌবা তৌদে, মীনা শীরগসু লৌদে। মহাক্কী হায়ববু মহাকপু তরাম তরাম্না মবুক থল্লা অচাপোৎ খরা শীজবিবা অদুগা থাগৎপিবা অসিনা লোইরে।

ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি, নোংমা মাইবমগী মাম-তোমালনা হায়রুই, "তোম্বা, ঐখোয়গী মমাংদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বীশিং অসি মশা খরা থাদোকউ। নঙগী ফুরিৎ লৈননবা লুপা মঙাল্লা তরুকল্লা শীগে।"

ঝাওাং অদু তাবদা তা তোম্বা শাউবনা মৈ ঝক্ হৌরকই, "করি মামা, ঐবু করি ওইনা খল্লি। ঐবু হাজিরা শূবা মীরা? অণ্ডাংনি হায়দুনা উশিংত্তবকাদি তৌনু। মতুং মনাও অদুম হায়নকা তৌরবদি কৎচরোই হায়রিগে।"

নোংমসু অসিগুম্বা থৌদোক অমগা থোকখি। সহরগী ডাক্তর অচৌবা অমা কনাগীদনো লাইয়েংবা লাকই। ঐখোয়গী লৌরাইগী মমানা পোকওঁদগী নূং থাদ্রিবা লম্বী অদুনা ফত্তদুনা তৌবনরা ডাক্তরগী ড্রাইভর অদুনা য়ু-ঙাওদুনা তৌবনরা মহাক্কী কার অদু খোংবান্দা ওহ্ৰখি। লৈকাইগী পাখংমচা ময়াম্না ইনখৎনবা ফনা কন্না লাক্লবদা ঈগুম্মক গুল্লমদে। তাপ্পা অদুদা তা-তোম্বা ফুৎ ফাওরকই। মফি তাখত্তুনা মহাকসু হোৎচিনখি। মহাক য়াওবদগীদি মতা চারুদুনরা করিননো খঙদে, গাড়ী অদো ইনখৎপা গুল্লে। ডাক্তর অদুনা বক্শিস্ ওইনা লুপা মণ্ডাখক তা-তোম্বদা পী। মদু হেক পীবদা তা-তোম্বা মহাক্কী হৌনবা ফ্রুৎ লাউনা শাউগৎলক্রে। ডাক্তর অদো জ্ঞান তাদদুনা পূমণ্ডক গুকখ্রে। মীনা লুপা পীরগা লৌ হায়বা য়াদবা নুপা'সিবু করম্বা জাৎনো। তা-তোম্বগী মরীন খণ্ডবা মমান্নবশিং অদুনা ডাক্তর অদু কৌথোক্লগা লফোই লফাং অনিহুম মনাক্কী দুকানদগী লৈহল্লে। "অণ্ডকপনি" হায়রন্নগা ডাক্তর অদো নোক্লা নোক্লা চৎখি।

কালেনগী মতম অদুরাইদনি। ঐখোয়গী থংনবা খুল অদুদা গৌরলীলা শায়ে। কুম্মৈগী নুমিৎ ফনা য়াম্না ব্রাৎলিওঁদগী তা-তোম্বা মফি-মরোল শূদোক্তুনা তৈয়ারদা লৈম্রবনি। বাজীনা ফনা কুইনা তোংনরক্লবা মুচিনা ফোংপা হৌনখে ফোংলবা মতুং মনাওদি অমুক হয়া পুবিরক্লনু হায়রবা মশক মওং নাইদ্রবা ফুল-সু অদু হপ্তা অমা ব্রাৎলিওঁদগী শিকপা নানবা হৌগ্রবনি। কুম্মৈগী নুমিৎ অদুদদি নোং ঙানবগা চাক খোংঙো হায়দুনা কোয়লাং লাওবনা লোইখি। মী অতৈনা ফিরোল শেৎনদ্রিওঁদগী মহাক্না লোইদুনা খোরকখি। ইচেখোয়না শূবিগে হায়বা য়াদবা মহাক্কী ফৈজোমগা ফরিৎকা অদুদি মহাক্না ওহোক্লা চান্নজে। ঙৌ হায়বা য়াদ্রবা ফুরিৎ-ফৈজোম

অনিমক নিমনা মপাক মপাক ইহ্না হাজিল্লে। কমেজগী কোলার অদুসু থেক্তদে, চপ তিংখত্তুনা মহাক্কী লুখম ঙাক্তুনা লৈরি। বাজীগী মপুঙ্গি লোইরবা খোংউপ অদো মঙোন্দা উম্না য়াননবা হোৎনবদা ফদি ফনা য়াম্লসু খোংউপ মনুং অদুদা হাপ্পা তাখি। মঙকশমদা থোমজিল্লবা পাউডর অদো কেপ তংখাই অমদি শোয়দনা ওইরমগনি। নহানমখে থাউ তৌদবা মশম অদো ঙসিদি পূংলং লংগ্রে। অদুদগী লীচে অমা পায়রদুনা ইচেখোয় ইমাখোয়বু থৌবা হৌরকই, "থোরক্লো, চৎলসি। মীগী মমাংদা কমহৌদনা মীগী মনীংদা ফম্বা হৌনদে। থেঙ্গ্রে মীনা পীক থল্লম্মনি।"

মহাকপু হরাওহন্নবা ইচেনা হায়রকই— "তা-তোম্বনা পুবিগদৌরিবনি হায়দুনা ঐখোয়দি তপ্পা হোৎনরি। তা-তোম্বা নঙ য়াওনা-য়াওনা মীগী মনীংদা করিগী ফমজরুন্দগে।"

ইচেগী ৱা অদো তাবদা তা-তোম্বা হরাওজে, "হোয়দা অদুগীবুদি। হোরেন থেঙ্না চৎলবসু ঐ য়াওরিদনা, মীগী মনীংদা করিগী ফমজরুন্দগে, ইচনসিদি।"

হায়গুম্মদুনা তা-তোম্বা য়াওরমদ্রবদি নুমিৎ অদো ইচেখোয় কুম্মৈ য়েংবা ফংবগী ৱা লৈতে। করিনো নুমিৎ অদুদা তিনখিবা মী মীতিন অদুদি। খুল মরি মঙাগী মী ময়াম অদো অমত্তা চিখরম্মোই।

অদুবু কুম্মৈ লোইবা মতমদদি তা-তোম্ববু কোইথি থিবদা ফংদ্রে। মহাকপু ইফংমক ফংদ্রবদুদা ঐখোয়তা অদুম হল্লক্লে। লম্বীদা ইমাদি শাউবনা লোইদ্রে, "ভ্রান য়াওদবা মীগা লৈমিন্নবসি লুপ্রেদা। লাগাও মফমদা য়ুম হনগনিকা হায়বা কাউথোক্তুনা লৈররিনিনে। ঙসিদি য়ুমদা হন্তু-হল্লকখিসনু, খঙগনি।"

নুমিৎ পূংতা তারগা য়ুমদা য়ৌবা মতমদদি তা-তোম্বা মহাক্কী ফমুংদা নাহেদুনা লৈরম্লে। ইমানা মহাক্কী য়াক্লবা খোঞ্জেল অদুনা লাউখৎলকই— "হাই, ভূত! করি তৌরবগেনে হাই? নাহেশম্লরিবদুবু?"

"পূক অসি য়াম্না কম্না থিনবোই-লাকপোই তৌই। খোঙসু অনিরক

অহুমলক শুরে হাল্লিবা।" নাহে-নাহেন্দুনা খুম্নকই তা-তোম্বনা।

"কুন্মে য়েংবা চৎলগা নথিবোংদি তপ তাখে চাশিল্লক্ররিনি। চাকচাদি হুনি-নারোদগী চাকচা হেক চারদুনা।" ইমাগী মীনুংশি য়াওদ্রবা ৱাহৈগী তুম্রবা তেনজিন ময়াম্নি।

বাজীসু ইমাগী মতেং অমুক পাংশিল্লকই, "ওরাংসু ৱাহেংবমগী শোরাৎতা ফোলা অদো নমিৎননা অমত্তা খাত্তনা পংনমতা নমশিল্লক্ররিনিদো। নান-য়েক্লবা পূকচৎ-লাইচৎ তৌবা মতমনি-কা খনবা পোৎ নত্তে। পূকচত্তুনা কয়া শুরে শিরিবা হন্দক অসিদা.............।"

তেনগী নোং অদো অতৈসু হৈথরমখিগদবনি অদুদা তাঞ্জা অদুমত্তদা তা-তোম্বা নংদবমখে মহাক্কী ফমুংদগী থ্রোক থ্রোক হেক হন্দোরকই। থাউমৈ পুশিন্দুনা য়েংবদা ইমানা ঃয়বদুমক চুম্নম্মে। ফনা য়ামই ওথোরক্লিবদো— তলখা বোরাগুম্বা ভাক্তনি। ওথোরকপতা নত্তনা মখোঙ-সু অমুক্কা হাম্রে। হন্দক্তি মপানকা থোকপা নংদ্রে। ইমাগা বাজীগা তিঙক তিঙক যেংনরম্বদগী মাইবা কৌরুনবা বাজী চৎশ্রে।

মাইবনা লাকপগা খুজেং তাপ পায়দুনা য়েংই। অদুদগী হংঙকই "মখোঙ্ কয়ারক হামশ্রে?"

"অহুম মরিরক হামশ্রে। ওবসু অনিরকমুক ওথোকশ্রে।" ইমানা খুম্নকই।

"ওথোকশ্রবদি ফরনি। করিমতা চিংনরুনু। হিদাক অমা তৌসি। গঞ্জা তুলামুক লৈগদ্রা?" মাইবনা হংঙকই।

তা-তোম্বনা মহাক্কী যোন মখাদা মখুৎ লোনশিনখিদুনা চেনা য়োম্বা পোৎয়োম মচা অমা পুথোরকই, "সে ইপন! নহান ত্রিনাথ খুরুম্বগী লেমহৌবা খরসিনা য়াগদ্রা যেংবিয়ু।"

চে অদু হাংদোক্তুনা য়েংলগা মাইবনা হায়রকই, "ফরে ফরে য়াম্বনি।" অদুদগী বাজীদা অমুক হায়রকই, "সে ইনাও ইবুংঙো, কৃপ্পা তকখাইরগা ঈশিংদা নৈখাইদুনা পিশ্বকসি।"

বাজীনা গঞ্জা অদু কৃপ্পা তাকখাইর্রে। তেজোৎ অমদা ঈশিং খরগা

নৈখাইদুনা তা-তোম্বদা পীথক্লে।

তৌইগুম্বসুং মাইবনা পীবা আশা অমদি গঞ্জাগী মতীক মগুণ পূম্নমক অদো অরেম্বা তাহন্দুনা তা-তোম্বগী ফিভম অসি অসুম অসুম ফংচিল্লক্রে। নুমিদাং পুং তরাগী অদুবাইদদি মখুজেং ঈংশিল্লক্লে, উচিরাই কাবা হায়বদো তৌরক্লে। মীসু ফনা য়াম্না তিনশিল্লক্লে। করি উপায়নো তৌগদবসি খল্লরকপদা সহরদগী ডাক্তর অচৌবা কৌরুনবা হায়নরক্লে।

ডাক্তর কৌরুবগী বা অদো তাবদা তা-তোম্বসু মখোন মি-মি লাউনা ময়ামগী বা অদুগী মতেং পাংশিল্লকই— "ঐগীনি হায়রবদি ডাক্তর অদো শোয়দনা থুনা লাক্কনি। মহাক্কী গাড়ী খোংবান্দা ওন্থবদগী ইনখৎ পিত্রিবনি।"

নুমিদাং অদুদা পাখং অনি একাগাড়ী তোংদুনা ডাক্তর কৌবা চংখ্রে। সহর থোইনা লাপ্তে। মাইল ৮/৯ তনি।

পুং অনিরোম মতুংদা পাখং অনি অদো হল্লকখি। মতম অদুদা তা-তোম্বগী ফিভম য়াম্না ফত্রে। মশা মউ পূম্নমক পুংঈং-ঈংখ্রে।

ডাক্তরগীদমক য়াম্না থৌরাংনা লৈনরম্লিবা ময়াম অদুদা পাখং অনিদুনা তল্লখি, "অহিঙ নোংয়াই অসিদা লুপা চামা ভিজিট পীদ্রবদি ডাক্তর চংপা ওল্লোই হায়রকই। ঐখোয়না লুপা চামা অদো পীগে চংসি হায়বদা মহাক্না হান্না পুরকউ থাজদে হায়দুনা সুকয়া য়ারক্লে।"

ময়াম্না ওাংনরিবদো তাদুনরা নত্রগা মমঙ্দরা তোম্বগী মচীনদগী মি-মি লাউনা থোরকখি, "ডাক্তরগী গাড়ী অদো.........ঐনা......... ইনখৎপিখিবনিকো।"

অদুদগী মচীন অদু তুমিন লৈখ্রে, মশা অদুসু লেঙ-লাকখিদ্রে।

(১৯৭১ ইং)

## নুপীগী থবোয়

চহী য়াংখৈরোম মমাংদা থোকখিবা থৌদোকনি।

নোংমা নুমিদাংবাইরম বরাক ঈমায়দা মখা পাংনা হি অমা কন্না হোম্বুরকই। ঈচেলগী মতুং ইন্না হোম্বুরকপনা হি অদু য়ান্না য়াঙ্না চংলম্মী। অদুবু তোংলিবা মীশিং অদুদি মদুদগী অমুক হেন্না য়াঙনা চংহনলনীংঙম্মী। মরমদি হি অদুদা নুপী য়াওরম্মী। হি অসিদা তোংলিবা কাঙ্বু অসি মঙানি চাক্লৌবগী চাক চাবা চংলুবনি। নুপী মরিগা নুপা অহুমগতনি। অসোমদদি মমশিল্লক্লে। অদুগী মথক্তা চংলিবা মফম অদুবাই অদুসু মী তামই। তুরেলগী তোর্বান অনিমক্তা মী তাদে। মীনা খরা ঙাঙ্নগনবা খরা হন্জোইনবা মফম্নি।

হি হোল্লিবা মাঝি ডুম নুপা অদুদি অহন ওইরে। অদুবু চহীদা অহন ওইজরবসু মশাদদি রস চেল্লি। ঙসাইমখৈ মতোমতা য়ারক্তা ঙংলম্মা অদো হন্দক্তি নৌগী তাম্নাগা লোয়ননা ভাটিয়ালী হৌনা শকপা হৌরক্লে। হিদা তোংলিবা নুপা অমনা বেশ বেশ হায়না লাউরকই।

তাঙ্গা অদুদা হি অনিখক ইখঙ-খঙহৌদনা তুংলোমদগী খাব্রাংননা হোঙ্গিল্লকই। কনাসু খঙ্হৌদে। মল্লি মল্লি'দুদা হোঙ্গিল্লক্লিবা হি অমনা দং লাউনা থেংঙরে। হান্নগা শেম শাহৌদবা মরম্না হি অদু খংচেপ চেপ্তুনা ঈরাক্লরে। ইখং-খঙহৌদনা নুপিশিং অদুগী মশা-মউদা চৈ মরোল-মরোল থুদরক্লে। মমায়দা হায়ুক-হনাই তৈবা ময়ামদুনা নুপীশিংনা শিরি-চারিবা লীক-কোনশিং অদো পং-পং থদক্তুনা লৌত্রে। মখোয়গী মনুংদা হায়ুক-হনাই

তৈদবা নুপা অমত্তংদি য়াওই। চাকৌবা চংলুরিবা নুপা-নুপী পুম্নমক্না মহাকপু হাইফেং উহৌই। কুইহৌদে মল্লি মল্লিদা লুট তৌররিবা হি অনি অদু শাই লাউনা মাওগ্রে। তুরেন তোর্বানদগী লাউরকই, "তম্ফাজাউ তাজহৌ। সনাতোম্বীসে ঐনা পুরে, ঐনা লৌরবনি। লমন খুম্বা ওল্লোইদবোই খনবদো ওসিদি লমন খুম্নবনি। লাইররবসু ঐখোয় অসি তৌবা ওম্বা কাওবুনি হায়বসি খওজহৌ।"

হায়রল্লিবদো তম্ফাজাউ তাহৌই। তু খ্যাউ চুংখিবা খওহৌদে। অতে ময়াম অদুসু তাহৌই। অদুবু উপায় লৈতে। লুটকী কাওবু অদুদি শোঙ্লবা নারক্তা চঙ্গ্রে। অদুগা মখোয়দি ঈয়ায়দা অমগা অমগা উম্নদনা তাউথরি। ওাইহাক লৈরগা ময়াম অদো তোর্বান্দা কাখৎনরক্লে। কোইকৌ কৌনদুনা ময়াম অদো পুম্লে। অদুবু সনাতোম্বীদি ৱাংলে। তম্ফাজাউদি হায়নিংওাই লৈতনা মথৱায় শোকগ্রে, "লাকচৈদা ইবোতোম্বী নঙ্না ওসি তৌবসি। আহ্ নাশোন খজিত্তং ফংওম্নবদিকো, খওনরোইদ্রদো।"

নুপীশিং অদুদি পংকপ্তা কপ্তুনা লৈখরে। "করিনো তৌরিবসিবু! করিগী মতৌনো!" মরুপ-মপাংশিং অদুনা হায়রকই, "হল্লসি য়ুমদা থুনা, অসিদা পংথদুনা লৈবা কান্নদে। য়ুম য়ৌরগা ময়াম তান্নদুনা থোক থোকপা তৌবা হায়দুনি।" অদুবু তম্ফাজাউদি ফি ফি কামলি, "নখোয় ময়াম হল্লো, ঐদি ইবোতোম্বী থিবা ফংদ্রিবা ফাওবা য়ুমদা হল্লরোই। মহাক্না ওমদ্রগা ঐবু হাংখিসনু। ঐনা ওম্লগা লমন খুম্নমগনি।"

অদুবু ময়াম অদুনা য়াম্না কন্না হায়বদগীদি তম্ফাজাউ অদো থরদি তপথরে।

নুমিদাং অদুমত্তদা খুম্বক্তগী খুন্দোন ফাওবা ৱা-ৱা লাউনগ্রে। ময়াম পুম্নমক পাউ অসি তাবগা "ইমাইপেম্মা করি ৱানো?" হায়বা নত্তনা অতে হায়নখিদ্রে। লাইশ্রম কাওবুদি চরাং মশা পাইগ্রে। লৈরেঙ্গাউ মীনা লাকচবা য়াদবা মীনি। থনদা-জনদা মাইকৈ অসোমদা ফাওরিবা ইম্নুংনি। মমৌ নুপীবু কাদুনা পুখরে তাবদা খাওবা য়াখিদ্রে। লাউরকই, "হাইস

উশিত্তেদা! লাইশ্রমগী লৈরেঙ্গাউ ঐবু উশিত্তেদা। চৎলু কনা কনা লৈ। ইবোতোম্বীগী মথবায় অদো অফংবা মফমদা লৌরুচো, শেন চঙ্বা ঐগীনি। লৌ হাল তয়া অসি লোইশিনগ্রবসু ফরে।”

অহিঙ চুপ্পদো কনামতা তূম্লদ্রে। তক্ষাজানা মখোয়গী নোংমৈ অদু পায়দুনা থোক্কে অনিরক অহুমলক তৌই। অদুবু ময়াম্না কন্নমক কাদুনা খাল্লে, “হৌজিক অহিঙ অসিদা করি তৌরুনি? হয়েং নোং ঙাল্লগা থোক থোকপা তৌসি।”

নোং ঙানবগা মাইকৈ মাইকৈদা মী থাখরে। তক্ষাজাউসু নোংমৈ পায়দুনা থোকল্লে। নুপী ময়ুমদসু পাউ অসি য়ৌল্লে। নুপী ময়ুম অদুসু নুংঙাইরিবা ইমুংনি। খীনদে মখোয়সু মাইকৈ মরিদা শীনল্লে। শেল-থুম চৎপগী করিমতা থৌশানখিদ্রে ইমুং অনিমক। ইজ্জৎকী বাফম্নি। ইজ্জৎপু লৈত্রবদি শেলথুম্না করি তৌরুনি?

অদুবু গুণ্ডাশিং অদুগী মনা মনিন অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। উপ্পা লৈরম্বা উনা লোংনা হাইদোক্তুনা লোংনা লৈরম্বা উপ্পা হাইদোক্তুনা থিবা হায়বদো য়ৌরে। অদুবু খোঙ্গুল অমত্তা শীবা ফংখিদ্রে। তক্ষাজাউসু ময়ুমদা হল্লিনবা তৌশিদ্রে। অফংবা মফমদা ইবোতোম্বীবু হাৎকনি হায়না বাশকল্লে।

অদুবু ফনা শাথীরবা থৌদোকসু ওইরসনু, মতমনা কুইশিল্লক্রবদি অসুম অসুম নোংম-নোংমগী ময়াই অদো চমথরকই। থা তরুকমুক মতুংদদি লাইশ্রমগী ইমুংসু নুপীগী ইমুংসু শাথীনা নোং-নুংশিং শিংলম্বদগী খরা খরা ফরক্লে। খরা খরা ফরক্লবা তাঙ্গা অসিদা নোংমদি পাউ অমা তারে, ঝাবিরবোন মাইকেদা য়াম্না মনুং হুপ্পিম্না লৈবা ফোরেষ্ট রিজাভকী মৈতে খুল মচা অমদা ইবোতোম্বীগা সনাতোম্বীগা লৈরে। পাউ অসি হেক তাবগা তক্ষাজাউ মরূপ অনিগা তৌদুনা হায়রিবা খুল অদু থিবা চৎলে। নুমিৎ তরানিমুক চঙনা কোয়থি থিবদা নোংমা নুমিদাং বাইরমদা খুল অদুদা থুংলুরে। অদুবু ইবোতোম্বীগা সনাতোম্বীগদি লৈরমদ্রে। খুল অসি থাদোক্তুনা মখোয়না চৎখিবা হপ্তামুক ফারে হায়না খুল অদুগী মীনা

তম্রে। মখোয়গী হায়বদু খঙনবা হংবদা খুন অমুগী মীনা তম্লকই; নুপা অদুদি মমিং অতোপ্পা অমা হায়রম্মী, নুপী অদুদি সনাতোম্বী কৌই অদুম হায়রম্মী। নুপী অদুদি মপানসু থোক্তে বা-লাং থোইনা ওঙ্ছদে, নুমিৎ চুপ্পা ইমুং মনুংদা লৈদুনা কপ্পুনতা লৈরম্মী।

অসোমদদি কমদৌরি? ইবোতোম্বীসু সনাতোম্বী শেন্নবদা হাশিল্লক্রে। সনাতোম্বীগী মপূক্লিং অসি ফাননবা ফনা হোৎনৈ। অদুবু কান্নবা লৈখিদ্রে। সনা-লিক্কোন শাদুনা পুরকই, মফি মরোন অনৌবা লৈদুনা পুরকই। অদুবু সনাতোম্বীনা অমত্তা হন্না য়েংঙু য়াদে, সনাতোম্বীগী মিৎলু অনিদা নোংমতা পিরাং কংবা লৈখিদ্রে। ইবোতোম্বীনা নুমিৎ খুদিংগী ফনা হায়জে, "য়েংঙু সনাতোম্বী! নঙগী নমিৎতা শিষ্টুরিবা পি অদো উরগা ঐসু নুংঙাইতে। অদুবু ঐনা নঙবু থাদোকপদি পুন্সি অসিমগী ওগ্লোই। ঐনা হিংলিবমখৈদি নঙ অসি ঐগীনি। ঐঙোন্দগী নঙবু কনামত্তনা মুনখিবা ওগ্লোই।"

অদুবু সনাতোম্বীনা নোংমতা হরাওনা মঙোন্দা য়েংখৎলকপা লৈতে। ইবোতোম্বীসু হোৎনবা তোক্তে, "য়েংঙু সনাতোম্বী! নিংথৌগী মহারাণীদৌনা নঙবু থমগে। তক্ষাজাউবু পৃংকাউ কাউগ্লো।" হোৎনবমখৈ হোৎনরে, হায়বা য়াবমখৈ হায়জরে। অদুবু সনাতোম্বীগী মিৎলুদা পিরাংদি নোংমতা কংহনবা ওমখিদ্রে। খরা লাপ্পা চখোক্তুনা থবক শূবা ফাওবা ওমদ্রে। সনাতোম্বীবু শেন্নদুনা অদুম লৈরে।

থা তরুকলোম ফাওবা অসুম তৌদুনা খুল অমদগী খুল অমদা চীং অমদগী চীং অমদা চৎতুনা লৈরকপসিনা কাইনথংদদি খাঙবা ওমলক্রে। অরোইবা উপায় ওইনা সনাতোম্বী পুদুনা কাছাড় থাদোক্তুনা আসামদা চৎলে। অহানবদা আপার আসামগী সদিয়ারোমদা চহী মরি লৈরে। অদুবু থবক ইনখাং যুগোৎ চাদবদগী মখোয়গী ফীভম ফৎচিল্লকত্রে। লুপা পৈশা খরা লৈরম্বা অদুসু লোইশিনখ্রে, লিক-কোনসু কায়দুনা চাথোকখ্রে। ফীভম অমা শেমহৌদ্রবদি মওং চাদবা তারে খন্দুনা মখোয় অমুক হোজাইরোমদা লাক্লে। মতম অদুদা মাইকৈ অসোমদা লম কোক্তুনা মৈতৈ খরা খুন্দাবা

হৌরম্মী। ইবোতোম্বীসু খুন অমদা চঙদুনা লম কোকপা য়াওজগে হায়রম্লে। বেবাগতা লৈবা লমনি মহাকসু খুল অদুদা য়ূম মচা অমা শাজরে। মফম অসিদা লাকপগী থা অনিহুম মতুংদা সনাতোম্বী মপূক্লিং খরা হোংলক্লে। মৈতে ময়াম মরক্তা অমুক লৈবসিদা মপূক্লিং হোংলক্লিমাল্লে খন্দুনা ইবোতোম্বীসু নুংঙাইজরে। অমুক চুপ্না ময়ূম থাদোক্তুনা ইবোতোম্বীসু লম কোকপা চংপদা করিমত্তা চিংনদ্রে।

অদুবু সনাতোম্বীদি তৃমিন তৃমিন্না থৌরম অমা পাঙথোক্লবা তৌরম্মী। কাছাড়দা চংপা নুপা অমদা মখোয় অসিদা লৈরে হায়বসিগী পাউ তৃমিন্না চেনখ্রে। মপামগী মী নত্ত্রগা তম্ফাজাউ লাকপা ঙাইবা ওইনা মপান্দা মপূক্লিং তপাথরবা শাশিন্নদুনা লৈরিবনি। ফনা কুইপ্রে পাউ চেনখিবা। থা অনি'হুমলোম ফাজিল্লক্লে। অদুবু কনামতা লাকপা লৈখিদ্রে। তৌবগীদি সনাতোম্বীদি আশা থাদোকপা তৌরমদে। কনামত্তা লাক্ত্রবসু তাঞ্জা চাবা অমদা মহাক মফম অসিদগী চেনখিগে হায়বসি চপ য়ুংনা খল্লম্মী।

নোংমদি সনাতোম্বী নুমিদাংবাইরম পুম্রীদা ঈশিং শোকপা থোক্লকই। পুম্রী মপান হেক য়ৌবদা থাপ্লপ্না মী খরা লাকপা উই। মখুত্তগী স্নাবুল তাখিবা খঙহৌদে। মিংকুপ অমত্তং তিংঙক মায়ঙক্লরল্লগা য়ূমলোমদা চেনশিল্লকই। ইবোতোম্বী শূমাংদা পৈয়া শিদুনা লৈরম্মী। মহাক্কী মতৌ অদো উবদা ফুক হৌগৎলকই। "করি তৌরে, করি তৌরে," হংঙকই।

"মখোয় লাক্লে, মখোয় লাক্লে।" সনাতোম্বীনা ফিংনা খুম্মকই, "চেল্লসি লাক্‌ও, থীল্লনু। মখোয় য়ৌরক্লনি।"

"ইম্নুংদগী নুপা পৈশাদুগা ফিরোল খরতংগদি লৌথোকখিসি।" ইবোতোম্বীনা হায়রকই।

"নংঙরোই মখোয় য়ৌরকপনা হাল্লনি, থবায়তা হিংহৌরগা লোইরে। লাকও, চেল্লসি।"

নুপা অনিহুম অদু প্রপ লাক্তুনা ফনা নকশিল্লক্লে। মখোয়না পুম্রী মপান অদু হেক য়ৌবদা সনাতোম্বীগা ইবোতোম্বীগা মাঙদা লৈরিবা অশোংবা

নারক তম্মা চেল্লিবদো উরে। তম্ফাজাউ নোংমৈ থাঙ্গৎতুনা তম্‌গে তৌই। কম্না চেল্লবসু কাপকে হায়রবদি কাপ্পা য়ারিবা তাঞ্জানি। অদুবু করিনোমা খন্দুনা চপ লেপ্পুনা লৈথোকপ্রে। ইবোতোম্বীনা মাঙ্‌থানা চেল্লি, সনাতোম্বীনা মহাক্কী মতুংদা ইল্লরি। লাকমিন্নরিবা অনিদুনা তান্নগে তৌই, তম্ফাজাউনা খাম্নই, "তাম্নরুরনু কাম্নদ্রে য়ুমদা হল্লসি।"

(১৯৬৮ ইং)

## ইবোক চাটবী

চুপ্পি, য়েংবদা মহাক অদো অঙাওবী মাপ্লি। খোইরবা ঙাঙজুনবা তেল্লবা, নোংমতসু থাউ তৈত্রবা মশল্লা মকোক অদু ইফা ফাই। মোংলবা লেল্লা থাগৎলবা শেৎলিবা ফি অদো মশীং লাকঙমদনা ফোৎলবা অদুগী মথক্তা অতিয়াগী থবাম্নিচাক-মুক য়াম্না শেগাইবগী শেগাইবা ঙাক্তা। মশানা কুচু মুজবা অদুগী মথক্তা নোংজু-নুংশা খাক্তনা পংচত্তা চৎপা অমসুং অহন ওইরকপগী কংশিল্লকপা অদুদা অমুক হেন্না মুরে। থাইনা চহী নৌরিঙৈদো মশক মতৌ করম তৌরমগদগে হায়বদুদি ঐগী ভাবনা শাগৎপা ঙমদ্রে। অদুবু খুইরবা মউন, চপশিল্লবা মায়থোং অমদি শক্ল ঙাক্তা ঙায়শিল্লক্লবা হকচাং ময়াম অসিদগী ফনা খুৎশা হৈবা মী অমনা য়াম্না কন্না লাল্লদুনসু য়াম্না ফজবী নুপী অমা শাগৎপা ঙমগনি হায়বদি থাজদে।

মচা-মশু অমত্তা লৈতে। মব্রা মপূরোইবা লৈরম্বরা হায়বদুসু খঙদে। ঐখোয়না হেক খঙলকপদগী লৈরক্লিবা ফিজম অসিদা অসুম লৈরম্মী। ইপূ-থম্বৌখোয়গী শৃম্বাং মতোন্দা মল্লবা য়ূম মচা অমদা মহাক মতোমতা লৈরম্মী। য়ূম মচামকসু হায়বা য়াদে, য়ূম হায়বা ব্রাহৈসিবু করেম্নবা ওইনা থোক্কনি। খাংপোকশঙ হায়রা ফাওদা য়াম্না হেঞ্জিম্না হায়বা থোক্কনি। মরমদি হায়রিবা শঙ অসিগী ময়ূং অসি মহাক্লা নীংথিনা তিংথোক্তুনা হীগ্নদা নোংপোক নোংচুপকী ফক্লাং অনিমক্তা থেংই। ঐখোয় অঙাংশিংনা চাকথোংবী শাম্নবগী য়ূমনা খরদুম হেন্না চাউই। য়ূমগী ফক্লাং অদুসু মহূৎ মহূৎ, অহোবগী অহোবা ঙাক্তা, থোঙনাউ য়াওদে হায়বগী লমন খুম্বগুমই। য়ূমথক অদুসু

চরুখোক্লা চহী করাগী মমাংদা কুপখিবনো খঙদে, মতং-মতং তংখিদুনা নুমিংথাগী মঙালদা করিগুম্বা অপনবা অমত্তা পীদ্রে। অদুবু শিবু শিগনু হায়রবদি অসিগুম্বা শঙ মচা অসিদসু চহী করা শজীবুগী নোং-নুংশিং, কালেনগী য়াক্লবা নুংশা, নিংথমথাগী তরং তরং লাউরবা উন মরক্তসু চাবোই-চাদবোই তৌদুনা মহাক অদুম খাঙ্ঙকই। ইমুং অদুদা শেগাইরবা রাকক অমগী মথক্তা য়োংলবা কদি করাগী মরক্তা চহী চুপ্পা অদুম খাঙই।

লৈকাই অদুদা মহাক্লা য়াবসি ঐখোয়গী ইমাতনি। ইমানা মহাকপু য়াম্না নুনা তৌই। মী অতৈগা খংনরবসু ইমানা মহাক্কী মীচং চঙবি। মহাক্কী অবা-অনাসু ইমানা মতম খুদিংমক্তা য়েংবি।

লৈকাইগী অঙাং ময়াম্না মহাকপু 'নুক্রাম চাউবী অঙাওবী' হায়না লৌরে। মদুদা মহাক্লা মখোই খিংনা শাউদুনা অরেবা অকাম্পোং পুম্নমক থাদুনা চৈরগা অঙাং ময়াম্না রা-রা তৌদুনা হরাওজে। অদুবু ঐদি খঙদে মহাকপু লক্লনিংবগী রাখল অমত্তা পোক্লদে। মসি মহাক্লা ঐবু নুনা তৌবনা ওইরম্বসু য়াই। মহাক্লা ঐবু নুনা তৌবগী মরমদি ঐনা মহাকপু 'ইবোক' হায়বা মিংগৌ নাইনা কৌবগীনি। লৈকাই অসিদা অঙাং অমত্তনা মহাকপু মিংগৌ নাইনা কৌবিদে। ঐনা 'ইবোক' হায়না কৌরগা মহাক য়াম্না হরাওজে। "ইশূতনি নুংশিবা," হায়রগা, খঙহৌদনা মমিত্তগী মপি শিম্বরকই। মপি অসি করিগী শিম্বরক্লিবনো হায়বদো ঐ হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। অদুবু মহাক্লা মপি শিম্বদো উরগা ঐনা য়াম্না নুংঙাইতনা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈবদো ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি।

ঐনা খরা চাউরগা নোংমা স্কুল কাব্দা মাম-হেরাবু হৌবা চংলি। মাম-হেরা অসি ঐগা থোইনা চহী খেন্নদে। লেংমান্নবা অঙাংগী হৌনশা ঐসু মহাকপু মিংগৌ নাইবা তৌদনা চুম্নগী 'হেরা' হায়না অদুম কৌরম্মী। নুমিং অদো ইবোক চাউবীসু মহাক্কী ইমুংদা লৈরম্মী। ঐনা মাম-হেরাবু চুম্নগী 'হেরা হেরা' হায়না কৌবদো অব্দা মহাক্লা থোরক্লুনা হায়রে—"ইবুঙো হেরাদা 'মামা' হায়না কৌগদবনি। মিংগৌ নাইদবা তৌগনু। মিংগৌ নাইদ্রবদি শানা ঙানা তাথীবনি। মরম ওকপনি ইশূসিদি।"

নুমিৎ অদুদগী হেন্নাবু ঐনা মামা হায়না কৌবা হৌখি। করিগীনো খণ্ডদে, ইবোক চাউবীনা হায়বদো ঐ হেক্তা ইল্লম্মী। চন্নবা ঐগী ব্রাখলনা মিংগৌ নাইদ্রবদি শানা গুনা তাথীবনি হায়বসি কিরম্মী। থাজবা অমসু পোক্লম্মী, মহাক্লা অসুক কুইনা পুন্সিরক্লিবসি মিংগৌ নাইবনা ওইরম্বা তাই। মহাক্কী মথক্কী কনাগুম্বা অমত্তদা মমিং ফাদুনা কৌদে, তাদ, খুড়া, মামা, ইনম্মা, ইন্দোন, ইনে গুক্তা। মখাগী অঙাংদসু মহাক্লা নমদুনা কোই। ঐখোয়গী ইচেখোয়গী লেংগানি থৌচোম মালতী অদো, মতম অদুদা লৈশাবীনি। কদোমদগী থীরুদুনা ফংগুকপা মরীনো খণ্ডদে, লৈশাবী অদুদা ‘ইনেমচা’ হায়দুনা কৌই। লৈশাবী অদুনা ইকাইদুনা কৌহল্লোইদগী লাক্লে, অদুবু মহাক্লা সুকয়ামক য়ারমদে। মী অতৈনা থাজদ্রবসু ঐদি য়াম্না কন্না থাজরম্মী, মিংগৌ নাইবা অসিনা ওইরম্বা তাই মহাকপু শানা কৈনা শোকপা গুমদ্রিবসি। থাপ্লবা চীংদা শোংলবা উমংদা মতোমতা নুমিৎ খুদিংগী থাও মচা অমা পায়দুনা শীং চনবা নত্তুগা হা তানবা চংলি। নোংমতসু হল্লক্তবা য়াওদে। মহাক্লা চঙলিবা চীংনুং-মানুং অদুদা শা-কৈ লৈতবসু নত্তে। মন্নাউতা নত্তনা ষনবী ফাওবা শানা শোকপা অসি য়াম্না তোয়না থোক্লিবনি। মহাক্লসু মরক মরক্তা চাউর-চাউরবা কৈ থেংনৈ হায়না তম্লিবনি, “অদুবু ঐদি করিমতা কিরবা তৌদে। মহাকসু মহাক্লা থোকপা অদুম চংখি। ঐসু ঐনা থোকপা অদুম লাকই।”

মহাক্লা নুমিদাং ব্রাইরম চীংদগী হল্লকপা মতম অসিদা লমজাউ অসি কুম্মে অমনি। মহাক হল্লকপা ঙাইবসি অঙাং ময়ামগী মথৌ অমনি। মরক মরক্তা অহন মথোং চাদবা অমনিসু অঙাংশিংদা ইনশিনবা ওইনা য়াওই।

মহাক লাকপা হেক উবগা অঙাং অমনা হেক্তা হোই, “ইবোক ব্রাররিনি, শীংবুন অদো ঐ পুবিগে।” হায়দুনা মনাক্তা চঙশিল্লি।

ব্রারবা কৌবনিনা মহাকসু মকোক্তগী শীংবুন অদু থাদে, “ইশূতনি নুংশিবা, পুন্সিযু।” হায়না মকোক্তা নানবি। অঙাং অদুনা শীংবুন অদু

থাঙ্গৎখিবগা ভুংলোমদগী অমনা লাপতক লৈরগা লাউরকই, "লুক্রামচাউবী অঙাওবী— অঙাওবী, অঙাওবী।"

খঙহৌদনা মৈ ফ্রং হেক্তা হৌরকই। মচীন্দা অকাম্পেৎ কবোক পোকপা হৌরকই— "হাই, নমানা ব্বারক্তবা নপানা ব্বারক্তবা।" অঙাংশিংসু হেঙ্গৎলকই। মহাকসু শাউবনা প্রোক প্রোক চাকখৎলকই "কগুবী মচা, বেশাই মচা। নখোয় অসি পোকপদগীনিনে লৈবাক অসি ব্বারিবা, চাবা ফংনরক্তিবসে। হাই, হূইগী মচাশা।" অকামপেৎশিং অদো তারগা মথোই কাবা অঙাংশিং অদুসু হনদে। উপায় লৈশিন্নক্তবদা মহাক্কী নুংশিৎ অদু লাক্তুনা মী শিগনি শিরোই খঙদনা মখুত্তা পায়রিবা থাঙ অদো কোয়লং-কোয়লং লংদুনা অঙাংশিংবু কোয়তান কোয়তান তান্নবা হৌরকই। তাঙ্গা অদুদা মকোক্তা শীং থোঙ্গৎখিবা অঙাং অদুদি শীংবুন অদু পুদুনা কদোমদনো মাঙ্‌খ্রে। অদুদগী উপায় লৈরক্তবী অঙাওবী অদু তৌফম খঙঙক্রে। মচীন্দা অকামপেৎ থোকপমখৈ চৈরম্নগা তেংথাদুনা কপ্পা হৌরকই, "ও, ঐবু তৌবিরিসিবু করিনোনে। ও, খোমদোন নচানা ঐগী শীং পুদুনা চেনখ্রেনে। লৈকাই লৈকাইশা ঐবু, ঐবু অমুক্তা কল্লো লাউনে।"

করিগুম্বা নুমিত্তা অঙাংশিংনা অতোপ্পা মওংদসু মহাকপু লাক্লবি, ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি। নোংমা নিংথমথাগী নুমিদাংব্বাইরমনি। নুমিৎ অদো ঈংবসু য়াম্না হেনবগুম তৌখি। ইবোক চাউবী কনাগা করি তৌনরূরবনো খঙদে, কনানো মী অমগী মপা-মপৃ পুরোন-পারোন পুন্নমক লৈজবা অশাউবী পুন্নমক্কা লোয়ননা অকামপেৎ থাংদুনা চৈর-চৈরদুনা লাকই। ঐখোয় ময়াম শান্নরিবা অদুব্বাই য়ৌরকপদা ঐনা হংই— "ইবোক করি তৌরে? কনাবুনো চৈরিবদুবু।"

করিগীনো খঙহৌদে অদুক শারম্বা মৈ অদো খংইং ঈংথখি, "এ কৈসু তৌদেদা। তিনদু-লাইমু খরনা ঐবু উশিৎত্রিবা।"

মতম অদুদা ঐগী থাজগনবা ব্বাখল অসিনা মহাক্লা হায়রিবদো থাজদবা ওন্নমদে। তিনমু লাইমুগা থেংত-থেংনরমগদবোই খল্লম্মী। খুলগী অহন-লমন

অমসুং অঙাং-নুবী পূন্নমল্লা মহাক লাই লোয়নে হায়বসি য়াম্না থাজবগা লোয়ননা ঙাঙনে। লাই লোয়নবা অদুননি মহাক্লা মথোং মরম হুত্ত্রিবসি হায়না ময়াম থাজনে। অসিগুম্বা অসি থাজবগী মরমসু নৈ। থাপ্ল-থপ্লবা চীংনুং-মানুংদা মতোমতা পংচম্ভা চংলবসু শা-কৈনা শোত্ত্রিবসি লাই লোয়নবননি। অদুতসু নত্তনা খুল্লক্তা কনাগুম্বা মাইবা মাইবী অমত্তনা য়েংবা ঙম্মক্ত্রবা অনাবা মহাক্লা য়েংবদা কনখিবসু য়াম্না য়াওত্রে। ঐ ইশামকসু মসিগী চপ চাবী প্রমান কংখি। ঐ অসি কনা চাউরবা কাওবা কোক অসি শমজাবীনা চাদুনা ইতাং তাঙদুনা মতম পূন্নমক্তা কি য়েংশিন্দুনা লৈরম্মী। ঐখোয়গী অহল-লমন্না ডাক্তর মাইবগী হিদাক কনা য়াম্না তৌদুনা হোংনৈ। অদুবু সুককং কংলমদে। কাইনথংদা নোংমা ইমানা ইবোক চাউবীদা নীংশিংলুবদা "হোয়নে হোয়নে, ঐদি নীংশিংবু নীংশিংলুদে" হায়দুনা মহাক্লা নুমিৎ অদুদগী য়েংবিবা হৌখি। চীংদগী উরা বারা খরা পুরক্ত্রগা মদু শুগাইদুনা মহী লৌরগা কোক্তা তৈবি, মরেনসু ঐগী অতাঙবা কোক্তা লেকপি, মত্ত্রকাসু করি করিনো শোল্লি। কুইহৌদে থা-মুক্তা ঐগী কোক তাঙবদো কখি।

মহাক্লা ঈংথখিবদো উবদা য়াইমনা প্রপ প্রপ চঙশিনখিদুনা "ইবোক, ক্কা চাগেরা?" হায়রুই।

ইবোক চাউবী অসি ক্কা য়াম্না পামই। অদুনা মঙোন্দা ক্কা লাল্লগা লক্লবসিসু ময়ামগী মখেল অমনি।

"হোয়, য়াওরদি চাগেনে।" খুম্মকই।

"সে সে" হায়দুনা শেংলিবা খুদেমচা অদুগী কীজিদগী লৌথোক্তুনা মখুৎ য়েং অদু তিংথোক্তুনা চঙশিল্লি। তৌইগুম্বসুং ইবোক চাউবীনা মখুৎ তিংথোক্তুনা লৌগে হেক তৌবা মতমদা য়াইমনা শং তৌদুনা মখুৎ য়েংকী ক্কা মতপ অদো মখুৎ ওয়না শীশিল্লম্মগা চেম্মোরকই। ইবোক চাউবীসু হেক্তা তাম্নরকই, "হাই নপা থাংচকৈ মচা, য়েংনা শীরম্মুনে, য়েংনা শীরম্মুনে-হে।"

ক্না মতপ অদো লংথোকপসু তৌদা য়েংনা পীরম্মু হায়না কোইত্তান তায়বদা কুম্মে অমনি।

কাইনথংদা য়ারদুনা চেনবা গুম্মজ্রবা মতমদা য়াইমনা চগুশিন্দুনা য়েংনা অমুক পীবি।

"হোয়নে অদুনিদনা ইশূসিদি মীগোন্দা পোৎ পীবদা ওয়না পীহেদে, ওয়না লৌবসু লৌহেদেকো।"

ক্না অদো চাজগে হায়দুনা ময়াদা হুকপগা অমনা হেক্তো লাউরকই, "ইবোক নঙ্ মাংগেদো। য়াইমদি মথী কায়রুবগী মফী তুমদ্রিবনি।"

মদু হেক তাবদা মহাক্কী মিহুন অদো অমুক হেক্তো কাগুকই, "হাই কশুবীগী মচা বেশ্যাই মচা. ঐবু জাত তাহল্লগে তৌরিবরা? নপা নপূ নোরোক তাজনি।" হায়রগা ক্না অদু ওথোকপতা নত্তনা ঈংগ্রবা পুন্ত্রীগী ঈশিংদা ফন চোংথদুনা মফী মরোল পূন্নমক তুমথোক্তুনা ঈরুজথোকই। ময়ুমদা হল্লগা হোংদোক্লবা ফি অকংবা লৈতদুনা চোংলি চোংলি তৌবা ফি শেত্তুনা ৱাকচিংগী ঈংলবা অহিঙ অদো কয়াতা য়ানা লেনখিবা হায়বদো ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি। লৈকাইগী নূপীশিংনা ফি অকংবা পীবসু লৌদে। "নথোয়গী অমাংবা ফি অদুবু ঐনা শেংকদ্রা?" হায়দুনা মরম পীরকই।

অসিগুম্বা হনুবী অসিবু অঙাওবীনি হায়গদ্রা? চোগুলম চাদ্রবা ময়াম্না চোগুলম চাদবদগী মহাকপু অঙাওবী ওলহনবনি। মীনা লরুবিদ্রবদি মহাক খোঙ্গুল য়াম্না তাই। অৱাবা নুংঙাইবা, নুংশিবা অশাওবা, অচুম্বা অরানবা হায়বা মীওইবগী থম্মোয়দা ফাওবা ঈথিল পূন্নমক মঙোন্দসু ফাওরম্মী।

থাবল ফরবা থেঙলবা নুমিদাংদা লৈকাইগী অঙাং ময়াম্না শান্নবা তোক্লগা ইবোক চাউবীবু অমুক লরুবসি থাবল চোংবীগী মিঙ্গোন থাগোনবগুম্বনি। শেগায়রবা ফক্লাং অদু অমুক্না হেন্না হোগায়দুনা চৈতেক লৈতুম লংশিনবিবা, কল্লা খাবা থোঙ অদুদা দঙ দঙ মূন্দুনা তূম্বা থুগাইবা অঙাং ময়ামগী শান্নবগী খাইদগী নুংঙাইবা মথেলনি। অহানবদা পংলাউত্তা লাউদুনা পংচৈত্তা চৈরম্মী, "হাই চণ্ডালগী মচা, হাই কশুবীগী মচা, বেশ্যাই মচা। নপা

তৌরৰরনে হে! খোংখান মুকপানদগী লাক্তুনা কদায়দা পোক্লরিবনোনে হে।"

অঙাংশিংনা অসুম হেঞ্জিল্লকপা কৌবনিনা কাইনথংদা উপায় লৈবক্তুদুনা অহিঙ নোংয়াই অদুদা তেংথা-নাওইনা কপ্পা কপ্পা হৌরকই, "ও ঐবু তৌবিরিবসিবু করিনি হায়বগেনে, লৈকাই লৈকাইশা, নখোয়বু ননা ননা অদো পঙলবরনে, নমিৎ অদো তাঙলবরনে। ঐবু তৌবিরিবসিবু করিনি হায়গেনে।"

মতাং অদু য়ৌরকপদা ইপূ থম্বৌগী চিনকেন ফবী ইবোক অদো থোক্লকই, "ও অঙাওবী নঙসে লৈঙেদগী তৃম্বা হীগ্না ফংদ্রেনে। নঙ্তা শিজদ্রো হায়সু শিদেনে। ইংখোল অসিদা লৈরনু হায়বসু য়াদেনে। চীংদ-মান্দা চত্তুনা উখোংদরা য়াখোংদরা লৈবিরুরো। ঐখোয়গী অসিদা লৈবিরনুও।"

"হাই নঙগী অসিদা লৈত্রগা ঐগী লৈকম লৈত্রবরা? নঙনা ঐবু করি ওইনা খনগেনে-হে", হায়রম্লগা মুরুম মুরুম শোন্দুনা মহাক্কী লৈজবা সম্পত্তি পূম্নমক পুদুনা অহিঙ অদুদা কদায়দনো চংখি।

অদুবু নোংঙানবগা লৈকাই তাহম্নবা ইমুংদগী য়া য়া লাউনা থোরকই, "হাই লৈনি। নঙনা হায়রগা ঐনা হেক্তা চংকদ্রা? মৌ নঙগী নথৌ করি লৈ? ঐনা লৈরিবসি ইপামনিনে-হে, ইপাগী ইংখোলনিনে, ইপ্পাগী ময়ূমনিনে।"

অসিনি ইবোক চাউবী। অদুবু ঐনা কাউদবদি কুম্মৈ ময়াম অসিগী নত্তে, ঐগী পুক্লিদা কৈদৌঙেদা কাউবা য়াররোইদবা থৌদোক অমগীনি।

নুমিদাং অদো কুম্মৈ অমা য়েংঙুবদগী ঐখোয়গী ইমুং পূম্নমক থেঙনা তৃম্মি। ঐসু ঙাইহাক্তি ফনা নীংথিনা তৃম্মুরে। খঙহৌদনা ময়াম য়া-য়া লাউনরকপদা ঐ মিংকপ খংথোক থোক্লকই। অদুবু কোক অসি ঙাউফিং ঙাউফিং তৌবনরা করিননো হায়বা অদুদি জ্ঞান নীংথিনা তাদ্রে। ঐগী তৃফম কা অদুদা য়েংবদা মী অমত্তা লৈরমদ্রে। মপানলোমদা মৈনা ইকোয় কোয়না চাক্তুনা পূমঙান ঙাক্লি। মী ময়ামসু কোয়লাং লাঙদুনা কোয়চেন

চেন্নরি। অদুবু ঐগী কা অদুদি মৈখুনা পুন্নম মমথ্রে। যুম মৈ চাক্রমাল্লে হায়বা ঝাখল হেক তৌরবদা ঐ আন মাণ্ডুগ্রে। মপানলোমদা চেহোল্লবা অমরোমদমুক চেন অমরোমদমুক চেন কল্লা লাক্লরে। অদুবু ফক্লাংদতা ঝাইশিন্দুনা তোক্লে। থোঙ লৈরিবা অদোমদদি মৈনা ভুং ভুং চাকশিল্লক্লে। ঐ আন তাশিল্লক্লে। মপানলোমদগী ঐগী মিং কাদুনা মী খন্না লাউনরকপা তাবগুম তৌখি। ইবোক চাউবীসু মশম মনা ইকা কাদুনা 'ইশূদুবু কদায়দনোনে' হায়দুনা মৈনা কল্লা চাকলিবা অদোমদা চেনশিল্লকপগুম তৌখি। অদুদগী করি করম তৌগ্রবা ঐ খঙদ্রে।

আন তারকপা মতমদা ঐ হোসপিতালদা নর্সশিংনা লাইকয়দুনা লৈরল্লে। ঐনা ঙকপদু উবদা নর্সশিংনা ঝারী পুন্নমক লীবিরে। কিনীংঙাই করিমতা লৈত্রে হায়না ডাক্তরনা হায়বদুদা ঐখোয়গী অহনলমনসু নুংঙাইরে।.

থা মখায়মুক মতুংদা ঐবু হোসপিতালদগী থাদোরকই। নুমিদাংঝাইরম রিক্সাদা তোংদুনা ঐখোয়গী বাজীনা ঐবু যুমদা পুরকই। যুমদা হল্লকপা অদুদা ঐগী ঝাখলদা নুংঙাইবা অমা ফাওরকপা অদুদি করিনা ফোঙদোক্লনি। যুম য়ৌগদৌরে। যুমগী ঝাখল তৌবদা ঐ ঙসাইমখে লম্বীদা করি তৌরিবা কনা চংলিবা থোইনা য়েংশিল্লুদে।

পুং মাঙ্গং য়েবগী মখোল অমদা মিংকপ খংথোক থোকপগুম তৌখি। অদুদগী লুক্রামগী থোঙ্গান্দগী ফিঙৌনা কুপ্পা কাই অমা পুদুনা মী ময়াম অমা মরী মরী থোরকই, তৌইগুম্বসুং মং কুম্বগী হৌনবী কপ্প-লাউনবদি য়াওদে। ঐনা হংভুদনা বাজীনা মতোমতা হায়রকই, "লুক্রাম চাউবী অঙাওবীসে শিরমাল্লে।"

খঙহৌদনা ঐগী থম্মোয়দা থুক লাউনা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকখি, হংখি— "কৈদৌদুনা শিরিবনো?"

"নঙদি খঙলম্মোই।" বাজীনা খুম্মকই, "ঐখোয়গী যুম মৈ চাকপা নুমিৎ অদুদা নঙনা ইমুংদা থোকপা ঙমদদুনা লৈবা মতমদা ময়াম্না নঙবু লৌথোক্লবা লাক্লবদা লুক্রাম চাউবীসু কদোমদগীনো নঙবু কৌরদুনা মৈরক্তো চোংশিনখি। নঙোন্দগী মহাক্ল য়াম্না খীনা হেল্লা শোকখি।"

ঐগী মিংলু অনিদা খণ্ডহৌদনা পিরাংনা থুম্বাংলকপগুম তৌখি।

বাজীগী বারী অদো লেপথরবা ঙাইহাক মতুংদা ঐনা বাজীরোমদা য়েংখৎলুবদা বাজীনা ঐবু মুয়া য়েংদুনা লৈরম্মী। বাজীবু ইকায়বগী বাখল অমা খণ্ডকাও কাওরকই। মিংলুগী পিরাং অদো তৈথোকপা তৌদনা মায় অসি নাকল অমরোমদা লৈথোক্লে।

(১৯৭১ ইং)

## মণিপুরগী খোংচৎ

মণিপুরগী হৌজিক ওইরিবা ফিভম— রাজনৈতিক অর্থনৈতিক অমদি সামাজিক অবস্থাদা কাং-খোং চাইরিবা, মখোং মরম নাইদ্রিবা, পেন্দবা কয়ামুক্কী নুংশাসোর মপীনা থল্লবা মতৌ অসি খন্তক্লবদগী ফনা কুইনা তূম্বা য়াদদুনা থরো মারো ওন্দুনা ফনা থেঙলবা ফাওবা লৈরম্মী। লম্বী মপান্দা লৈবা য়ূম ওইবনা খরা হেক উইথরুবগা গাড়ী চৎপগী মখোলনা হেক্তা তূম্বা থুগায়রম্মী। হায়না হায়না ফক্লাংগী ঘড়ীদা পূং অনি য়ৈখরে। তূম্বা য়াদ্রগা খোয়দৌ হেন্না হেন্না শাউগৎলকপা হায়বসি মী খুদিংমক্তা খোকলিবনিনা ঐঙোন্দসু মদুমক খোক্লম্মী। ঙসিদি গাড়ী অচৌবসু খরা হেন্না চৎখ্রে। কোলাস থাবা সোরাক্তা বুটকী মখোল ময়াম অমসু নাকোং অসিদ্দা য়ৈররি। তাঞ্জা অদুমক্তদা তূমথখ্রমাল্লে। বুটকী খোঙথাং ময়াম অদো ভাবনা শাদুনা তৌরিব্রা নত্ত্রগা অওইবমক্কীরা খঙবা ঙমহৌদ্রে।

ঐগা পিশক পিক্লিভৈদগী লাইরিক্ তম্মিন্নরকপা মরূপ লক্ষ্মীকান্ত মফি-মরোল নান্না শেত্তুনা প্রপ প্রপ লাকই। মফি মরোল নান্না শেৎপা হায়বসি মহাক্কী হৌনশানি। সত্যনি, ঙসি ফাওবা মহাক্তা মফি মোৎনা শেৎপসি ইমিৎ অসিনা উখিদ্রি। তৌবগীদি মখোয়গী ইমুং অসি ইনাক-কৈরাক খুনবা নুংঙাইবা ইমুংদি নত্তে! কুমসি নোংজুপাস্থাদা মখোয়গী য়ূম কুপলিবা মল্লবা ইনা নোং য়ুহন্দুনা য়াম্না থীনা মখোয়বু লাক্লবিগ্রবনি। মখোয়না তারগদি শাউবসু য়াই, আটাগী তঙনা মখোয়গী লৈরং মুনখিবসি চহী মরি-মঙারোম শুরবনি।

লক্ষ্মীকান্তনা লাক্লিবসিগী মরম ঐ খঙই। মহাক্লা নহান ইন্টারভিউ য়াওরুবদুগী ব্রা হংবা লাক্লিবনি। বি, এ, পাস তৌবা চহী অহুম শুরে। তৌবগীবুদি চহী তরুক মমাংদনা পাস তৌফম থোকপনি। করিনা, ঐগা চহী অমত্তদা মেট্রিক পাস তৌমিন্নবনি। অদুবু মহাক্লা শোয়বনরা ইউনিভার্সিটিনা শোয়বনরা চহী অহুম শোখহৌরে। বি, এ, পাস তৌবা চহী অহুম শুরবসু মহাক হৌজিক ফাওবা থবক ফংদ্রি। দরখাস্ত থাখিবদি মশীং লাকঙমদ্রে। ইন্টারভিউ কৌরক্তুনা য়াওরুবত্তনসু তরানিথোইরক শুরে। অদুবু এপোইন্টমেন্ট লেটরদি মঙোন্দা অমত্তা থুংলদ্রি। হন্দক ঐখোয়গী ওফিসকী লোৱার ডিভিজন ক্লার্ক অনিথক লৌনবা তৌবসিদা মহাকসু ইন্টারভিউ য়াওবনি। হন্দক্তি মহাক আশা য়াম্না তৌজবনি। করিনা হায়বদা মহাক্কী প্রাণভাই ঐসু ওফিস অসিদা ওফিসার মচা অমা ওইজরি। অদুনা মহাক্লা হন্দক্তি শোয়দ্রে হায়না য়াম্না থৌরাংনা ঙাইজরিবা এপোইন্টমেন্ট লেটর অদু পুবিরক্লবরা হংবা লাকলিবনি। ঐসু তশেংনমক কন্নদি লাক্লবা জাংনি। অদুবু মহাক্কী মরাইবক্লা ফত্তবনরা ঐগী পৱার ব্রাংপনরা হন্দকসু মহাক্কী মরাইবক্তা এপোইন্টমেন্ট লেটর ফংউ হায়বদু থোক্লে। অমনা মন্ত্রীগী কেণ্ডিডেট অদুগা অমনা ওফিসার অদুনা ফৈ হায়না খনবা লৈশাবী অমা হাপশ্রে। মন্ত্রীগী বর ফংবা পাখং অদুদি লুপা লিশিং অহুম প্রণামী কংলুই হায়। অদুগা লৈশাবী অদুগী ব্রাদি খঙদে। মহাক্লা শেল ওইনা করিমত্তা পীরম্লোই হায়বসিদি ঐ থাজে। করিনা মখোয়গী ইমুংগী অবস্থা ঐ খঙই। অদুবু করিনো য়াম্না লুবা পোংশক অমদি পীখি হায়না ময়াম্না হায়নৈ।

ঐগী প্রাণতত্ত্ব ওইরিবা মরূপকী মফমদা ঐনা করি হায়না খুমগদবা ঐ ভাব তারমদে। মহাকপু নীংথিনা ফাওবা য়েংবা ঙম্রমদে। মহাক্লা মহাক্কী এপোইন্টমেন্ট লেটরগী মরমদা হংঙক্কদৌরে খল্লুবদা হকচাং অসে হমাং অনম্নী কারম্মী।

"ভাই করি তৌরিবগে? নঙসিমা মতম খুদিংমক্তা চিন্তাতা পুদুনা লৈরদুনা।"

মিহুন অসি ত্তিং ত্তিং লাউরম্মী।

"নঙ্কি নরোল প্রপ প্রপ শেৎচিল্লো কোয়রুসি। নয়ূমদা ইকক ফকচিন্দুনা লৈদুনা কান্নবা পোৎ নত্তে।" মহাক্লা মখা শমথরকই।

ঐ নুংশাসোর মপী অমা হোন্দোকখিবা খঙহৌদে। অদুমকপু হংই, "কদায়দনো?"

"ঐগী ইতুংতা ইল্লকউবা।"

ঐনা য়ায়া কিন্দুনা লৈরম্বা ব্রাকম অদুতবু নীংশিংবিরক্রবদি মহাক্লা যেসা তৌসি হায়বদো ঐ য়ারোইদবা লৈত্রে।

অদুনা ফি-রোল থুনা শেৎচিন্দুনা য়ূমদগী থোরক্লে। ব্রা অমত্তা ঙাংদনা ভূতনা চেনবগুম মহাক্কী মতুংদা ইল্লে।

খরা চৎলগা এরোড্রোম ওই করি ওই মফম অমদা থুংলম্মী। মফম অদুদা এপোলো-৬৯ থাগদবগী শেম শাদুনা লৈরম্মী। প্রপ প্রপ চঙদুনা এপোলো-৬৯ অদুদা ঐখোয় অনিমক কাখৎলে। ঐখোয়না কাখৎপগা এপোলো-৬৯ অদুসু শুক্রংদা পাইখৎলে। ওস্তুক্লে য়াঙনা পাইখ্রে। তোংদ্রিবা মীদি থাজবা ঙস্লোই। মিৎকুপ্তা কিলোমিটর কোটি কোটি লান্দুনা খঙহৌদনা লৈবাক অমদা থুংলে। মাঙদা চাউরবা সাইনবোর্ড অমদা ইদুনা লৈরম্মী— বেলকম টু মণিপুর। খঙলে লৈবাক অসি মণিপুরনি হায়বা।

ঐখোয়বু তরায়া ওকপা ওইনা মণিপুরগী কোনুংদা জগোয় উৎলম্মী। মণিপুরগী মুখ্যমন্ত্রীগা ঐগা থংননা ফম্মিন্নরকই। জগোয়গী আইটেম অমদগী অমদা হোংবগী ঙাইহাক্তং কান্নরিঙে অদুদা মুখ্যমন্ত্রীনা ব্রারী মরক মরক্তা তৌরকই, "ঐখোয়গী লৈবাক অসিদি হৃরাও কুম্মেগী লৈবাক্তি হায়দুনা মালেম ফাওরিবনি। তশেংনমকসু ঐখোয়গী জগোয় অসি লৈজবা মরম্না ঐখোয়বু ময়ায়া শকখঙনরিবনি।" ঙাইহাক লৈরগা অমুকসু হৌরকই, "ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা মপান্দগী মীবু লাক্লবদি জগোয় উৎপা হায়বসি ঐখোয়গী চৎনবীনি।" জগোয়গী থৌরম লোইবদা নুমিদাং বারো তারে। ফনা খেঙলবা অদু ফাওবদা মুখ্যমন্ত্রী অদুসু ঐখোয়গা কুম্মৈ য়েংমিন্নরম্মী।

থবক চিনগ্রবা মুখ্যমন্ত্রীনা জগোয় য়েংবগীদমক মতম অসুক য়াম্না কাইবা ওম্নসিদা ঐ ওক্রমই। জগোয় অসি ঐখোয়দা নৌনা থোক্লবসু মঙোন্দদি নৌনা থোক্তুবনি। হয়াও কুম্মে পান্দা লৈবাক্তি হায়বসি মুখ্যমন্ত্রী মশামক্তা ঐখোয়দা প্রমান ওইরে।

নোংঙাল্লগা ঐখোয়গী প্রোগ্রামদি মুখ্যমন্ত্রীগা লোয়ননা করিনো মকম অমদা কোয়বনি। হায়নবা মতম অদুদগী খরা থেংথনা মুখ্যমন্ত্রীনা গাড়ী থারক্লুনা ঐখোয়বু লৌররে। মহাক্কী বাংলাদা অমুক্কী চা রেডিদা লৈরম্লে। ড্রোইংরুমদা চঙখিবদা মুখ্যমন্ত্রীগা লোয়ননা নুপী অমসু লৈরমই। মুখ্যমন্ত্রীগী তালোয় ওইরমল্লে খন্দুনা মঙোন্দা হায়া নমস্তে কংলুরে! তৌবগীদি নুপী অসি কদায়দনো উব্রবগুমদি তৌই। মুখ্যমন্ত্রীনা ইন্ট্রোডিউস তোরকই, "শ্রীমতি থরো অশংবী দেবী, শণিপুরগী অফাওবা জগোয়গী আর্টিষ্টনি। ওরাং শোয়দনা উবিরমগনি অদুগা....।"

চুমই নীংশিংলকলে— ওরাং মুখ্যমন্ত্রীনা য়াম্না থাগৎখিবা জগোয় অদো থরো অশংবী অসিনা শাবা জগোয় অদুনি। তশেংনমক আর্টিষ্ট হায়রদুনি। মশক মতৌ য়াম্না ফজবমক নত্রবসু মকে শেম্বা হৈবনরা করিননো উবগা "ইস!" হায়রোইদবা লৈতে, কুচু কুমেন শাওং-শাদা কল্লকনিংঙাইনি। ব্রাঙাং-ব্রাতা মিৎয়েং-নায়েং, বুদ্ধি-লৌশিং মাঙনিংঙাইনি। তশেংনমক ঐদি কা অদুদা মুখ্যমন্ত্রী ফম্লি হায়বা কাওবা কাউরুরে।

ঐখোয়না চা থকপা হেক লোইবগা সুট টাই তৌবা নুপা অমা চঙলকই। মুখ্যমন্ত্রীনা ঐখোয়গা শক খঙনহল্লি, "শ্রীপ্রেমকুমার সিংহ, একজিক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার। ঐখোয়গা লেঙ্মিন্নগদৌরিবনি।"

মুখ্যমন্ত্রীনা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবতা হংঙি, "পায়বিরক্লবরা?"

"হোয় পায়জরক্লে।"

"ট্রান্সফার ওরডর অদো ওরাং থোক্লমগদবা খজিক্তা ঙায়রম্মী, ঐ থেংনরমগ্রবদি.........করে, অদুদি অসোমদা ইমুংলোমদা অমুক্তা লেঙশিন্নুসি।"

মখোয়না চৎখিবগা মপানলোমদগী নুপা অমা চংঙকই। নুপা অদো খঙ্গরগী ফৈজোম শেংলি খঙ্গরগী পুময়াং লিংলি মরেংবানদা খঙ্গরগী লেংয়ান অমসু য়াম্লি। য়েংবদা নেতা মাম্লি, মীয়াই চল্লে।

ঐখোয়বু উবদা, নমস্কার তৌদুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী মণিপুর য়েংবা লাকপিরিবা অতিথিশিং অদো ওইবিরব্রা?"

"হোয়, মানি।" হায়দুনা ঐখোয়সু হন্না নমস্কার তোই। মহাক্না মশাবু শেলফ-ইনট্রোডিউস তৌরকই, "ঐ মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা কনট্রাক্টরনি, ইমিংনা ধনঞ্জয় কৌজে। ঙসি মণিপুরদগী লেংঙবিরক্লিবা অতিথি অনিবু ইকায়-খুম্নবা উৎপা ওইনা লুপা লিশিং তরা চঙনা তৌগদৌরিবা পার্টি অসিগী ঠিকাসু ঐনা লৌজরি।"

তাঙ্গা অদুদা মুখ্যমন্ত্রীগা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকসু মনুংগী কাদগী থোরক্লে। ঠিকাদার ধনঞ্জয়না মুখ্যমন্ত্রীদা হায়রকই, "অদুদি ঐ খরা হান্না চংচরল্লগে। ঐনা খরা য়েংথোক য়েংশিন তৌদ্রবদি আদা তৌরিবদো মথোং চাররোই।

"হোয়, ফনি!"

ঠিকাদার ধনঞ্জয় চংখ্রে।

পুংমুক মতুংদা ঐখোয়সু মুখ্যমন্ত্রীনা পুদুনা থোরক্লে। সহরগী ঙমখৈ লাম্লোক্তুনা লৌবাইগী লমদম য়ৌরক্লে। ঙসাইমখৈ মফি-মরোল শিং-শিং নানবা মী ঙাক্তা উরম্বদো হৌজিক্তি উশিল্লক্লে। লম্বীদা নুপী ময়াম লুথোং পুদুনা চংলি, লৌবুক্তা ফি-রোল য়াম্না মোংনা লৌ খাওরি, লৌ য়ৌরি। নুপাদি থোইনা উদে।

ঐনা মখোয়বু মুন্না য়েংলিবদো উবদা মুখ্যমন্ত্রীনা হায়রকই, "ঐখোয়গী মণিপুরগী নুপীশিং অসিদি ওম্ভোল্লা থাগৎনিংঙাইনি। তৌরিবসি য়েংবিয়ু। লৌ খাওরিবা লৌ য়ৌরিবসি নুপাবু ইয়াও-য়াওদবনি। লুথোং পুদুনা চংলিবসি মখোঙতনা মাইল তরুক তরেৎ চংকদৌরিবনি কৈথেল তান্না। ঐখোয়গী ইকোনোমি অসি নুপীনা পুরিবা জাৎনি।"

খরা চৎলগা লন্নী মপান্দা লম্পাক অমদা অঙাংমচাময়াম অমা লৈরম্মী। অদুক ঈংগ্রবা অমূক অদুদসু অঙাং মচাশিং অদো মফি-মরোল নীংথিনা য়াওদে। ফুরিৎ শেগাইবা খোংগ্রাউ অতৎপা খরগা থক থক নিতুনা খাঙলি। অঙাং অমত্তগী মখোঙদা খোঙউপ উদে। নাপী মথক্তা উন চবাক চবাক্তি ঙৌরি।

মুখ্যমন্ত্রীনা হায়রকই "অঙাংশিংগী স্কুলনি। লান মতুংদগী ঐখোয়গী লৈবাক অসি লাইরিক লাইশু তম্বদা অঙকপা ফংনা চাওখৎলে।"

ঐ ভাব তারক্লে। লম্পাক অদুগী মনাক্তা থোঙ থোঙনাও য়াওদবা, ফক্লাং ইশে-শেগাইরবা, ই-না কৃপ্পা যুম অমা তেক্লি তেক্লি লৈরিবসে স্কুল শঙ ওইরম্বা তারে। অদুগা খরা অহল ওইরবা মী অনি-অহুমখক পূনশিন্দুনা শত্রংলা করিনো শান্নরিবশিং অসিনা ওঝা ওইরম্বা তারে।

খরা চৎলগা তুরেল মচা অমা লৈরম্মী। তুরেল অদুগী মথক্তা থোং অমা শারি। শাবা লোইখ্বা কুইদ্রিবা জাৎনি। অদুবু নাকন অয়রোমদা ইচেপ চেপথগ্রে। ঐখোয়গী গাড়ী অদো চৎপদা য়াম্না চেকশিন্না চৎপা তারম্মী।

লক্ষীকান্তনা হংঙকই "থোং অসিবু করি তৌরবা জাৎনো। শাবা লোইখবু কুইদ্রিমাম্লে। করম্বা ইঞ্জিনিয়ারনা করম্ব কনট্রাক্টরনা শারিবনো?"

মুখ্যমন্ত্রীনা খুম্মকই "হোয় কুইদ্রি, শাবগা ইনোগুরেট তৌবা থা অহুমতা ওয়রি। শাববুদি ঐখোয়গী মরূপ মপাংনা শাবা জাৎনি। ইঞ্জিনিয়ার প্রেমকুমারনা প্লান তৌবনি, অদুগা ধনঞ্জয় ঠিকাদারনা শাবনি। কদায়দনো খরা শোয়গ্রমাম্লে। ইনোগুরেসন লোইরগা চেপথরকপা কৈ, নৎলমদ্রবদি মরূপ-মপাং কম্নবদা ফনা ব্বারমগনি। ওফিসার অচৌবা, ঠিকাদার অচৌবশিং অসিসু খুত্তা থমদবা য়াদে। মখোয়সু ঐখোয় লৈবগী খরা মকান্নজরিবনি। ঐখোয়সু মখোয়গী মতেংনা চিফ মিনিষ্টর ওইবা ওমলিবনি। হৌজিকমকসু এম, এল, এ অনি লৈদবা য়াদ্রি। লুপা লিশিং কুষ্মা কুষ্মা পীমু হায়রি। পীদবসু য়াদে, ডিফেন্সন হায়দুনা লাইনা অমা কয়া শন্দোরক্লিবসি

তাবিরমলগনি। অদুনা এম, এল, এ লৈবগী শেল অসি ওফিসার, ঠিকাদার, কারবারবালাদগী নত্তুনা ঐনা কদায়দগী কোৎলুনি ?”

মুখ্যমন্ত্রীগী বারী অদো য়াম্না নুংঙাইনা তারম্মী। অতৈসু তারমগদবনি অদুদা প্রেমকুমার ইঞ্জিনিয়ারগী কার অদু কম্না হাইগৎলতুনা মাঙদা থৎলবদুদা বারী অদো খাংতগ্রা তৎগ্রে।

গাড়ী খামলগা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনা হায়রকই, “ঐ ঙাইহাক্তং চঙজহৌখিবা তারি।”

মুখ্যমন্ত্রীনা ফাগি তৌরকই, “মসিবু তরানিথোইশুবী ওইবিরব্রা ?”

“এ নৎচদে, লাম্লে, লাম্লে, তরাহুমদোইশুবীনি।”

মখোয়গী কোড লেংগুয়েজ অদো ঐ ভাব তাদে। গাড়ী খরা খরা থৌগৎলক্লবা মতুংদা মুখ্যমন্ত্রীনা হায়রকই, “নুপী তরামরি লোম্লিবনি। থম্বাগী মী নত্তে।”

ঐ তাবদা খংপ্রেক খংবগুম তোই। লক্ষীকান্তনা কদায়দগী খঙলুরিবনো হংঙকই, “সরকারগী থবক তৌবা মীদি নুপী লোনবা য়াদে হায়না আইন লৈ হায়বদায়নে ?”

মুখ্যমন্ত্রীনা খুম্মকই, “লৈ। অদুদা কনানা অদুক য়াম্না থিরন্দগেনে ? মদু থিরুরবদি শণিপুর অসিদা ওফিসার অমত্তা লৈররোই।”

বারী শানা শানা ঐখোয়গী থুংফম অদো য়ৌথিবা খঙহৌদ্রে। য়ৌবগা ডাক বাংলাগুম্বা অমদা ঐখোয় ঙাইহাক পোখ্মারে। মফম অদুদা অচৌ-অশাং ওইরমাম্লে মী খরগসু লৈরম্মী। মখোয়গা বারী ঙহাক শান্নরে।

অদুদগী চাক তাক্লতুনা ঐখোয় চাক চারে। ফনা নীংথিনা তৌরম্মী পার্টি অদো। ধনঞ্জয় ঠিকাদারবু থাগত্তবা ঙমদে, মথেল ওখাক অমা শুনা য়াওরম্মী। তৌবগীদি মথেল পুন্নমক অদো ঐখোয় লোইনা চারমদে। অয়াম্বদি খর খরতং তংলগা লংশেক্লম্মী। লুপা লিশিং তরানা শীন্বা পাটিনিনা লংশেক্লবসু য়াওনা খরা হেন্না লাঙবা জাৎনি।

চাবা থকপা লোইরগা মুখ্যমন্ত্রীনা পাৎ মপান্দা শেমগৎলিবা হৈকোল-

লৈকোল অদু য়েংলুসি অমসুং মদুদা লৈরিবা টৌরিষ্ট হোম অদুদা পোখারুসিং হায়দুনা চংলে। ফনা ফজে হৈকোল-লৈকোল অদো। হৈরাংবুদি পানগ্রি লৈরাংসু শাংত্রি। অদুবু পাং মপান্দনিনা ফনা পূঙ্লিং হূনিংঙাই ওইরি।

মুখ্যমন্ত্রীনা হায়রকই, "মসি শেমগংপদা ময়াম্না ঐবু অঙাওবনি হায়নগ্রবনি। অদুবু হৌজিক্তি ময়ামসু খঙনরক্রমাম্লে। লুপা লাখ তরানি মসিদা হৈজিনখিবা।"

ঙসাই মহীরেন থকপা খরা হেঞ্জিনগ্রমাম্লে। মুখ্যমন্ত্রী য়া ঙাংবদা মওং অমা তৌরক্লে।

ঠিকাদার ধনঞ্জয়না হায়রকই, "কোম্নমুক ৱারী শারসি।"

জগোয়গী অফাওবী আটিষ্ট শ্রীমতি থরো অশংবী দেবীসু হায়রকই, "হোয় পোখারুরসি। চাক চারগা ঙাইহাক পোখাদ্রবদি ঐ হৈনজদে।"

ঐখোয় পূম্নমক পাং মপাল অদুদা শারিবা টৌরিষ্ট হোম অদুদা চঙলে। ধনঞ্জয় ঠিকাদারনা ঐগা ঐগী মরূপ লক্ষীকান্তগা পোখানবা কা অমদা থাজিল্লম্লে। মুখ্যমন্ত্রীগা শ্রীমতি থরো অশংবী দেবীগা অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে।

পুং অনিরোম টৌরিষ্ট হোম অদুদা পোখারগা ঐখোয় অমুক শনি-পুরগী কোনুং পাংখৎলক্লে। সহরগী ময়ায় ওইরপ্পা লম্বী ময়াদা লৈবা লম্পাক অমদা মীয়াম অমা মিটিং তৌরম্মী। মাইকতা শাউনা ঙাঙলিবদো করিনো হায়বদি শেংনা খঙবা ঙমলমদে। অদুবু ৱাহে খরতংদি নীংথিনা তাহৌই, "মুখ্যমন্ত্রী হৌজিক হৌজিকমক ফম থাদোক্লদবনি। হৌজিক মহাক্কী পার্টিনা মশীং য়াম্বা পার্টি ওইদ্রে। ঙসি ঐখোয় মুখ্যমন্ত্রীগী পার্টি থাদোক্লুনা লৈবাক প্রজাগী সেবাগীদমক চোংথোরক্লবনি।"

ঐখোয়গী কার অদুনা মীয়ামগী মনাক হেক য়ৌবগা পোষ্টার পায়বা পাখং মচা খরনা "চিফ মিনিষ্টার য়াওরকই" হায়দুনা খুদোম্বী থিল্লকই। অদুদগী থিন্দনা কদোমদগীনো খঙহৌদে নূংদুম মরোল মরোল লেন্ তাবগুম তারক্লে। গাড়ী অদো পূমতোই তোইরে। মুখ্যমন্ত্রীসু শাথীনা শোক্লে। খঙহৌদনা ঐগীসু লৱাইদা নূংদুম পাল্লরে।

মীকপ থংখোক থোক্লকই। খাই লাউদুনা লবাইদা মাদুনা য়েংবদা নুপামচা য়াইমা অদুনা লুখুমদা থন্না টৌর্চ অদু পায়দুনা ঐগী লবাইদা কন্না শুদুনা লৈরম্মী। হৌগত্তুনা মপান থোরক্লগা কোম্হোংলোমদা য়েংখিবদা সিফাই ময়াম অমা দম্বুর খন্দুনা লৈরম্লে। খল্লি, করিনো তৌরিবসিবু মিলিটরী শাসন লাকলবা জাংলা! ট্রান্সিষ্টরনা ঐগী চিংনবদো কোকহন্নবা লাউরকই, "আকাশবানী ইম্ফাল। বিমলা দেবীনা পাউ পাজরি। ঙসিদগী হৌদুনা মণিপুরদা রাষ্ট্রপতিগী শাসন চালাইবা হৌরে।"

রাষ্ট্রপতিগী শাসন! কোম্হোংদা সিফাইগী দম্বুর! তৌরিবসিবু মগুলা তাইবংলা!

(১৯৬৯ ইং)

## ঙসি অমসুং ঙরাং

নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম্না ঙসিসু নীচে অদো পায়রদুনা প্রতাপ হবা চাবা থোরকই। চহী মরি মঙাসি অয়ুক ঙন্না হৌগত্তুনা হবা চাবা চৎপা হায়বসি তৎলকত্রবনি। থোইদোক্লা হাকুম থবক্তগী পোথাবদগীদি য়াম্না ফজনা চাং নাইরক্রবনি।

থোঙ্গাল অহুমগুবা অদো হেক য়ৌরকপগা প্রতাপনা কৌই, "চাউবা, ও চাউবা! থোরকলো ঙাইরে।"

ঙসিদি মখোয়গী ইমুং অসি করিবু তৌরবনো খঙদে। নুমিৎ খুদিংগীদি চাউবনা ঙাইদুনা লৈরম্বনি। ঙসিদি থোঙ ফাওবা হাংদোক্ত্রি।

ময়ুমদা চঙদুনা হৌদোক্লগদবসু হূই লাবা অমা লৈবদুনা গৌ গৌ তৌরকনি। চিকপুদি চিক্রোই হায়ববু মদু য়াম্না হৈনদে। অদুনা থোঙ্গাল মপা অদুদা লেপ্তুনা অমুক্কা কৌই, "চাউবা, ও চাউবা। কৈদৌরগে নখোয় ইমুংসিবু? অহিঙ হূরানব-কা চঙদুনা শুম্নাংলম্মবা জাৎলনে?"

চাউবগী মমৌ-নুপী অদো থোঙ গে লাউনা হাংদোক্তুনা থোরকই খুম্মকই,— "মাইবুংঙো, ঙসিদি ঐখোয়গী পাবুং লেঙ্ঙরোই হায়রে, হকচাং খরা নুংঙাইত্রে।"

"ও ও ফরে ফরে।" হায়রম্লগা নুমিৎ খুদিংগী চৎপা লম্বী অদোমদা মখোঙ অদো থাংলকই। চৎনা চৎনা খঙহৌদনা খল্লকই, অঙকপনি পুন্সি অসি, পুন্সিগী অসুক শাংলবা লম্বী অসি করম হায়না লান্দুনা লাক্লিবা খঙবু খঙহৌদে। অঙাং ওইরিঙৈদা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা

শায়বলা খঙহৌদনা মতম হৌখিবদো, অদুমঙাই পুন্সি অসিসু। চহী হুমফুগা মরি অসি হৌখিবা খঙ্বু খঙহৌদে। লৈকাই অসিদা হৌমিন-কামিন্নরকপা মমান্নবা ময়াম অদুসু কদায় কদায়দা মাঙ্নখ্রবা! অঙকপনি! লৈকাই অসিদা পিক্লিঙৈদগী তিন্নরকপা মমান্নবা হায়ববু চাউবা অসিতা মঙায়রে। খঙ্দে, মখোয় অনিসু কয়া কুইনা লৈমিন্নখিদৌবা!

লম্বী মপান্দা হৌরিবা লাইওইরবা খোংনাংপান্বী অদুগী মনা মরক্তগী উচেক অমা মশা কদ্রৎ লাউনা কন্দুনা পাইথোকখি। খোংনাংপান্বী মথকলোমদা য়েংখৎলি প্রতাপ। কুইরে খোংনাং পান্বী অসিনা হৌরিবসি। মখোয়না পিক্লিঙৈদগী অসুম হায়না অদুম লৈরম্লবনি। মনাক অসিদা উপাল অতৈসু হৌরম্মী। অদুবু মখোয় ময়াম অদুদি মথং মথং তৌদুনা লোইনা মাঙখ্রে। অহন ওইরবা খোংনাংপান্বী অসিতা ঙায়হৌরে। মতোমতা লম্বী মপান অসিদা তরক তরক হৌরি। নহানমখৈদি নীংবু নীংশিংলুদে। ঙসিদি অয়ুক অসিদা খোংনাং পান্বী অসি মতোমতা য়াম্না চিক্লা উখ্রে। খোংনাং পান্বীগী ব্রাখল তৌরুবগা কদোমদগীনো খঙহৌদনা ব্রাখল অমমুক তৌরকই। মহাকসু মতোমতা ঙায়রেনা। নহানমখৈদি চাউবগা চৎমিন্নরম্বনি। ঙসিদি মহাকসু য়াওদ্রে। কনানা খঙ্বা ঙসিগী অসিনা পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা অচুম্বা ওইগদৌরিব্রা? নহানমখৈ খনবু খল্লমদে, তশেংবমক মহাকসু মতোমতা ঙায়রে। মহাক্কী পুন্সিসু য়াম্না চিক্লবনি খোংনাং পান্বী অসিগুম্না। তশেংবদি মহাক্কী পুন্সিদা মতোমতনি হায়বসি ফাওবা হৌরকপসি রণেন মমানা লৈখিদবা নুমিৎ অদুদগী হৌরক্লবনি।

রণেনগী মমা লৈখিদবসি ঙসি থা-তরুকলোমদি ফারে। মানি, থা তরুক খরদুম হেল্লে, মে থাদনি মহাক্না লৈখিদবা। খল্লকই, রণেনগী মমা লৈরম্লবদি মহাক্কী পুন্সি অসি অসুম হায়না তয়াং তশোইনা ফাওগদ্রা, হৌজিক অচিকপা অমা ফাওরিবসি ফাওগদ্রা! চহী নিফুচুম্না অম্বা-নুংঙাই কয়া খাঙমিন্নখিবী মহাক্লি। নোংমতা খল্লুদে, মহাক্না নোংমদি কায়নগনি হায়বসি।

অদুবু খল্লুম্রবসু মহৌশাগী খোঙচৎ অদুদি কায়বা য়াদে। মশামকসু নোংমা নত্তুগা নোংমদি খোংনাংমনানা কেল্লিবা অসিগুম্না কেনগদৌরিবনি।

করম্বা মতমদা কোনুংলোমদা চঙখিবা লম্বী অদুগী মপা য়ৌখিবনো খঙহৌদে! শ্রীগোবিন্দগী শৃঙ্গার য়াওবা চৎপী অহুম অদু মাঙলোমদা লাকপা উবদা প্রতাপ মিৎকপ থোকপগুম তৌই। নহানমখেদি হনুবী অনিসিতা চৎলম্বীনি, হন্দক-মরক থা-মুক অসিতনি খরা নহা ওইরপ তৌবী অমা য়াওরক্লিবসি। অয়াম্বা মতমদা থেংনদে। হনুবী অনিসিবুদি প্রতাপনা মশক ফজনা খঙই। অতোপ্পা অনৌবী অসিদি শৃঙ্গার চৎপা কুইদ্রি, অদুগী মথক্তা তোয়নসু থেংনদবনিনা মশক খঙদে। নোংমা ফাদোক থেংনরবসু মশক খঙনবা তৌরুদে। মশক খঙননবা ব্রাখলসু তৌরুদে। চাউবগা মখোয় অনিগী ব্রারীদা মী অনৌবা শক খঙনবগী মতম শঙদে।

অদুবু ঙসিদি চাউবা য়াউদ্রে। ব্রারীদা লুপ্তুনা চৎলিঙৈদা লম্বীদা চৎপা মী উদবা হায়বদো ঙসিদি থোক্ত্রে।

নুপী অহুম অদো মনাক হেক য়ৌরকপদা খরা অহন ওইবী অদুদা খঙন-খঙনা হঙ্ঙি, “ইতৈমা শৃঙ্গার লেঙ্ঙিবরা?”

“হোয়নে, ইবুংঙো।”

অদুবু হনুবী অদুগী পাউখুম অদু তাহৌবরা তাহৌদবরা খঙদে। নহা ওইরিবী নুপী অদোমদা য়েংথোক্লুবদা প্রতাপ তু খ্যাউ চুংবগুম চঙক মায়ঙক্লম্রে। তাঙ্গা চারুরমালে মিৎকা মিৎকা চায়রুবে, অদুবু নুপী অদুদি খুদক অদুদা মমিৎ লুকথদুনা মমায় লৈথোকম্রে।

চহী হুমফু শুরবা প্রতাপ খঙনীং নীংশিংলকই চহী কায়মুক কাউরুরবা মিৎয়েং অমা। নুপীশিং অদুদি কোনুংগী লম্বেল অদোমদা চৎম্রে। প্রতাপসু মখোঙ থাংবা তোক্তে। অদুবু ব্রাখলদি করিনো অমা তৌম্রে। তাঙ্গা অদুদা তুংলোমদগী গাড়ী-ককা লাক্লুবসু মহাক ভাব তারোই। মানি, মিৎয়েং অসিমক্লি। তপ্পা তপ্পা মায়থোং অদো শাগৎলি। খঙহৌদনা প্রতাপকী ব্রাখল চহী কুম্হ্রামঙারোম মমাংগী মতম অদুদা য়ৌখি। মমিত্তা শংশং উরকই

চহী তরামরি-মঙারোম শুরবী মথোৎ কারকপী তনৌ অনৌবী মায়থোং অমা, বিঃ এঃ তম্লিবা প্রতাপকী পুন্সিদা অহানবা ওইন্না ঈথক-ঈপোম হৌহনখিবী। মিৎয়েং অদু থেংনরুবদগী প্রতাপ পূমণ্ডাও ঙাওখি। অদুবু নোংমতা মখোয় অনি উন্নদুনা মচীনগী ব্রাহেনা থম্মোয় থম্মোয় ফোঙদোক্লুবদি ঙমখিদে। ব্রাহেনা ফোঙদোক্লখিদ্রবসু থম্মোয় থম্মোয়নদি থম্মোয় থম্মোয়বু খঙনবা ঙমখি, খঙনখি।

কাংদা ঝুলোন্দা মমানা পুদুনা খুবাক ঈশৈ শকপা চৎলি তম্ফাম্না। প্রতাপসু মহাক্কী মরূপ চাউবগা লাগুক তৌনা তুংদা ইঙ্গে। তম্ফাম্নানা মরক মরক্তা হাইফেৎ লাকফেৎ য়েংথোরকপদা প্রতাপকী হকচাংদা নোংথাং কৃপ্লি। মাঙোপ ময়াইদা ঈশৈ শক্ল শক্ল তম্ফাম্নানা য়েংলিবদো মঙোন্দতা ওইরবোই নীংই। তম্ফাম্না নত্তনা প্রতাপ লৈশাবী অতে য়েংনিংদে, মহাক্কী থম্মোয়দা অতৈগী ব্রাখল চঙদে।

তৌইগুম্বসুং মীওইবনা থম্মোয়নুংদা খঙ্গবা পূম্নমক তাইবংদা তাইওন্নবনা অয়াম্বনি। বিঃ এঃ থারবা মতুংদা পরীক্ষা অম-মুক থাবা তাখি প্রতাপ।

নোংমা নুমিদাং তম্ফাম্নাখোয়গী লৈকায়দা লৈবা অহন অমা লাকই ইথা থাজদনা। প্রতাপতা হায়রে য়াম্না লুরবা ব্রা অমা। প্রতাপসু হান্নবা তাববুদি তারবনি, তম্ফাম্নাগী মমা তোম্বীশিজ মশা ঙমদে হায়বসি। অদুবু অসিগুম্বা শাথীরবা ব্রাফম অমা মহাক্না মশা ঙমদবসিদগী থোরক্কনি হায়বসি প্রতাপ মঙদা ফাওবা মঙলুদে। তোম্বীশিজ হৌজিক পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ ঙাইদুনা লৈরে, অদুনা পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপকী মমাংদা উজনিংই মচানুপীগী মপূরোইবনি হায়বা নুপা অমতং। মপারী মমোম অনি শুজদবী লুপ্রাবীগী পুন্সিগী অরোইবা আশা অসি থুংহনসি হায়বা লাক্লিবনি অহন অসি নুমিদাং অসিদা। মচানুপীগী মচীন হংলগা লাকপনি, মমাসু আশা তৌহৌই প্রতাপনা শোয়দনা য়াবিরক্কনি। মচা নুপীগী খোইহী চুপ্পনবা পাইরিবা খোইমুবু মমানা খঙদবা হৌনদে।

প্রতাপ খনফম থোক্তে, জ্ঞান মাঙই। করিগীনো খঙদে। অসুক কুইবা

অসি মহাক্না ৱাকম অসিতবু ঙাইজরক্লিবনি। অদুবু তাঙ্গা অদো ঙসিদি লাক্লগা মহাক্না খনকম থোক্লিব্বা করিগীনো? প্রতাপ হায়কম খণ্ডদে।

অহন অদুনা য়াম্না কন্না তকশিল্লক্লবা মতুংদা প্রতাপ খুমদবা ঙমদ্রে, "ঐহাক্কীদি করিসু হায়নিংঙাই লৈজদে। ইমাগা তাদগনা য়ারগা লোইরে।"

তৌইগুম্নসুং পাউখুম অমখক্না মী ময়ামগী অসুক য়াম্বা আশা অসি কায়হনবা ঙমগনি হায়বা কনাসু খল্লুদে। পাউখুম অমনা মী অমগী পুন্সি অমা মাঙহনবা য়াই হায়বসি কনাসু খল্লক্লদে।

মমাগা ময়াম্বগনা শুকয়ামক য়ারক্রে, "কদায়দগীনো, অহিঙ অসিদা ইচাবু ইনাওবু হিংলাক হিংজিন ওইনা। অদুগী মথক্তা.......................।"

মখা অদো লোইশিন্দ্রবসু অহন অদো ভাব তাই মখোয়না হায়নিং-লিবদো। অদুগী মথক্তা মখোয়গী মচা মনাও অসি বিঃ এঃ নি। বিঃ এঃ অমগী নুপী থিববু অসুক য়াম্না তরাইনা থিবা হৌনবরা? অসিনি মখোয়না হায়নিংলিবদো।

নোংঙাল্লগা অদুম তারে তোম্বীশিজ নোংঙাল্লমদাই অদুমক্তদা লৈখিদ্রে হায়বা। অদুবু মহাক্না নীংজবা অদুদি পাঙথোক্লম্মী। অহিঙ অদুদা কোইথি থিদুনা লৈকাই অদুদা লৈবা চহী য়াঙ্খে হেল্লবা নুপা অমদা মচানুপীবু কন্যা কংলম্মী।

চহী কুন্থামঙারোম অসিদা পুন্সি অসি কনা য়াম্না হোংখ্রে। প্রতাপসু নুপী থিদুনা মহাকপু কনা নীংথিনা কাউরক্লবনি। অদুবু তম্ফাম্নাগী পাউ শুক্রৌ লৌদবদি নত্তে। মহাক মথক্লাই পংনুং নুংঙাইনা লৈবা উদে হায়না ময়াম্না ঙাঙনবা মহাক তাখি, চহী খরা মতুংদা মহাক লুপ্তাশিংদা চনখিবগী পাউসু মঙোন্দা য়ৌরকখি। মরক-মরক্তা মহাক্কা প্রতাপকা উন্নরম্বা ফাওবা য়াওখি, অদুবু প্রতাপনা থোইনা থঙইনা য়েংবদি য়াওখিদে। ঙসিদি খঙনীং নীংশিংলক্লে, মহাক্কী ওল্লিবা মায়থোং অমদি শাওং-শাদা অদো। অদুবু মিৎয়েং অদুমতংদি হোংদ্রিব্রা খল্লি।

মথংগী অয়ুক অদুসু চাউব্বা হাৱা চাবা চংপা য়াওদ্রে। অহন ওইরবা

প্রতাপ মতোমতা মপূক্লিংদা মওল মওল খন্দুনা কোনুংগী লম্বী অদোমদা চৎখৎলি। ওয়াং শৃঙ্গার চৎপী নুপীশিং অদু হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রি। করি মরমগীনো মখোয়না ওসি থেঙলিবসি, প্রতাপ মতোমতা খট্টে। মহাক্না য়াম্না ওন্দুনা তৌরিবরা, ঘড়ীয়োমদা য়েংই। চুম্মে, মহাক্না খরা ওনবা ওইরম্রে। অদুবু লম্বী অমরোমদা অমুক হাইদোক্লে। মখোয়না লাকদৌরিবা লম্বী অদুদা হঙ্গৎ-হন্দা মতোমতা চত্তুনা ওইরে। নীংশিংলকই, পাখং ওইরিঙৈদা তম্ফাম্নাখোয়গী থোঙাল মনাক্তা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা মখোয়না খুবাক ঈশে শকপা চৎপগী থোরকপা ওাইবদো। নোক্লিংওকই, অমুক নহা ওইরক্লবরা খম্নুকবদা। ঘড়ী অমুক য়েংই। য়ৌরক্লে মতম। লাকপু লাক্লমাল্লে। আদা লাক্লিবসে ওইরমাল্লে। প্রতাপকী মশাদা হয়াও-তুজুংবা অমা খংফাও ফাওরকই। করিগীনো খঙদে। অসুক অহন ওইরবা ফাওবদা করি মরমগীনো! অদুবু মিংকুপ অমগী মতুংদা অমুক মশা অদো ইচোক-চোকথরকই। কদায়, মখোয় অহম শুদে, অনিতনি। অদু ওইরবদি তম্ফাম্না য়াওরক্লবরা ?

মখোয় অনি অদো নকশিল্লক্লে। চুম্মে, তম্ফাম্না য়াওরক্লে। করিগী য়াওরক্লিবনো, করি তৌরবা জাৎনো ? পাউখুম ফংদবা ব্রাহং ময়াম অমনা মহাক্কী ব্রাখলদা মাইকৈ মরিদগী ফৃজিল্লকই। লাক্লিবা অনিদুদা হংনিংলবসু করিগীনো খঙদে হংবা ওমদে।

লম্বী থৈনরমদাই অদুদা খরা অহন ওইবী অদুনা হংওকই, "ইবুংঙো ওসিসু নতোমতা ওায়রবরা ?"

হংঙিবদো করিনো হায়বা নীংথিনা তাহৌবোই-তাহৌদবোই তৌদুনা প্রতাপনা খুম্মকই, "হোয় খরদি থেঙগ্রমাল্লে।"

মখোয় অনি অদু কোনুংলোমদা হাইজিনখ্রে। প্রতাপসু মখোঙ কল্না থাংদুনা লাক্লে। অদুবু মহাক্কী ব্রাখলদদি করিনো অমনা য়াম্না চিলহনবা অমা তৌরি।

নুংথিল অদো নোং থিৎলি থিৎলি তারবসু প্রতাপ ময়ুমদা লৈবা ওমদ্রে।

ছাটিন অমা পায়রগা থোরক্লে। ওসিদি শোয়দনা চঙলুরগে মখোয়গীদা। করিবু তৌরবা, মশা ওমদরবরা, হংলুখিগে।

তস্ফাম্নাখোয়গী থোঙ্গাল অদুব্নাই য়ৌরকপদা নোং অদো খরা কন-খংলকপগুম তৌই। মাঙলোমদগী নুপীমচা অমগা নুপামচা অমগা ছাটিন অমত্তদা তৃপমিন্নদুনা লাকই। অনিমক চহী কুনগী অদুব্নাইনি। লাগুল্লা প্রতাপ উই, অনি অদো তস্ফাম্নাখোয়গী থোঙ্গাল অদুদা ঙাইহাক লেপ্লি। করি তৌরিবনো খঙদে। অদুদগী নুপীমচা অদো মখোয়গী থোঙ্গালদা ছাটিন অদু তৃপ্তুনা চঙত্রে। নুপামচা অদুনা নোং মরক অদুদা চোংনা চোংনা মহাকপু নাথেদুনা চেনবোই লাকপোই তৌদুনা চংত্রে। খাই লাউই প্রতাপ নুপামচা অদু উবদা । মহাক্কী মচানুপা অতোনবা অদুনি! অদুগা, খল্লকই, প্রতাপ নুপীমচা অদুনা কনানো? তস্ফাম্নাগী মশূ ওইরমগদ্রা?

তস্ফাম্নাখোয়গী থোঙ্গল মপা য়ৌরক্লে। অদুবু প্রতাপ চঙগে তৌদুনসু চঙবা ওমদ্রে। মচানুপাগা নুপীমচা অদুগা ঙাইহাক ছাটিন অমত্তদা তৃপ্তুনা লেপমিন্নরম্বা অদু মমিত্তা শংশংনা উদুনা লৈরে। খঙহৌদনা তস্ফাম্নাখোয়গী থোঙ্গালসু লাম্বোক্তুনা তুংলোমদা লৈহৌরে।

(১৯৭১ ইং)

## নোং অসিবু চুররোইদ্রা

কোহ্নোং হেক লাহ্নোকপগা তোম্পোক্কা থেংনৈ। তোম্পোক —তোইজম তোমালগী তোমথিন ওইনা মতোমতা পোকচবা তোম্পোক্নি, মথক্তা অমা শাত্তবা মথাদা অমা পোমদ্রবা। অদুবু নোংদম্বা মাগী করি কুম্মেনো খঙ্দে, করম্বা বারৌবা লৈরদুনা, মীগী মচা অমত্তা পোকচবা অসিবু তাইবং-মীরোল থুংহন্দনা থম্বিরক্লিবা অসি ফনা কুইরক্লে। হাকুম ফাওবদি খরা ফরম্মী, বা থোইনা পংঙাং ঙাংঙমদে। কুমশিদি য়াম্না হেঙ্গিনদ্রে। মতোমতা বারী শার-শারদুনা চংপদগী হেন্দোক্তুনা মরক মরক্তা কোইলাউ লাউদুনা চংপসু য়াওরক্লে। হান্নদি তোম্পোক্তা হায়না কৌনরম্বনি, হৌজিক্তি তোম্পোক অঙাওবা হায়দ্রবদি খঙ্নদ্রে।

মণিনা বা হংগে তৌরিদেঙা তোম্পোক্লা হান্নকই, "তা-মণি, ও তা মণি, নোংসিবু চুররোইদ্রা? লাই অসি মফম লৌথোক্লসিদো।"

মণি খুম্ফম খঙ্দে। বাহং অসিমক্তি হৌজিক মাইকৈ অসোমগী মী খুদিংমক্লা হংনরিবা। অদুবু পাউখুমদি ফনানসু পীবা ঙমদে, পাউখুম পীবিনবা ফনাসু লৈতে। অঙাওবনি, অঙাওবনা খুম্মকপদি শেম শাদুনা খুম্মক্লোই হায়দুনা নহানবাইদি তোম্পোক অঙাওবদা অউবা মী খুদিংমক্লা বাহং অসিমক হংনরম্মী, "তোম্পোক, ও তোম্পোক নোংসিবু চুররোইদ্রা?"

অঙাওবা ওইরসু নোং তাদবদগী লৈবাক্কী মীয়াম্না মথবাই বানরিবসি খঙবদি খঙমাম্লে, অদুতসু নত্তনা ময়ামগী মথবাইসু খরা হরাওহাম্নরোম্লে, হংবা খুদিংগী খুম্নম্মী, "চুনিদা, করিগী চুরোইদগেনে!"

অদুবু মতম কুইনা নোং চুরক্লবা অসিদদি তোম্পোক অঙাওবা খুম্বা তন্‌শিল্লক্লমাল্লে, মহাকসু য়াহং হংবশিংগী মরক্তা য়াওশিনখ্রে। মী হেক উবগা মহাক্না হান্না হেক্তা হংঙি, "নোংসিবু চুররোইদ্রা?" মতম খরগী মতুংদদি মশাগী মতেক অমগসু অমুক হাপচিনখ্রে, "লাই অসি মফম লৌথোক্লসিদো!"

মণিনা হংঙি, "নঙনা লাই অসি মফম লৌথোক্লসি হায়রিসিবু লাইদুবু কদায়দা লৈগেনে, কদায়দা থিরুদৌরিনোনে?"

তোম্পোক-অঙাওবনা য়ান্না অান তাবা মান্না খুম্নকই, "উম।" য়ান্না শাংলবা নুংশাসোর মপী অমা হোম্বরগা মখা তাথরকই, "মদুসু খন্ননিংঙাইনি।"

অদুদগী ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা মখা অমুক শমথকরই, "কুমশিসে নোং চুপ্রেকো! লৌ করম হায়না উবা। লৌ উদ্রবা, উবা য়াদ্রবা। মী ময়াম অসি করি চাদৌরিবা, করি চাদুনা হিংদৌরিবা, নোংমৈদি করি চাদুনা হিংদৌরিবা!"

অদুদগী মণিরোমদা অমুক ওনশিল্লকই, "তা-মণি, ও তা-মণি, নোংসিবু চুররোইদ্রা? লাই অসি মফম লৌথোক্লসিদো!"

মণি খুদ্ফম খঙদে। অদুবু লাইচম্না চেনবদৌনা তোম্পোক অঙাওবগী মতুং অদুম ইল্লি। তোম্পোক-অঙাওবসু মতোমতা পংঙাংতা ঙাংদুনা অদুম চৎলি।

সোরোক-লমজাউদগী মহাক্কী লৌফমলোমদা হাইথবা লৌরী অচৌবা মপা অদু য়ৌরকই, তোম্পোক্তা হায়, "তোম্পোক, নঙ্ চৎলোকো, ঐ লৈহৌরগে।"

তোম্পোক অঙাওবদো করিমতা তাদনা অদুম চৎখি।

মণি লৌরীদা কুমথে। চহী খুদিংগীদি লৌরী অসি খুজেং কাওবা লৈখোম হোল্লিবনি। কুমশিদি থ্রং থ্রং লাউদুনা লৈরে। পাক্লবা লৌবুক-লোমদা য়েংই, উফুল্না ফ্রং ফ্রং হৌদুনা লৈরিবদো উই। চহী খুদিংগীদি লৌবুক

অসি মতম অসিদা কৈনানা লেঙ্ লেঙ্ লাউনা ঈরং লংলিবনি, মৌখোংদা ঈশিংনা নিক্ নিক্ লাউনা লৈবা মতম্রি। অদুবু কুমশিদি ঈশিং মরীক অমত্তা লৌবুক অসিদা উখিদ্রে। মহাক্কী চহী নিফুগী মপুন্সি অসিদা অসুক শাথীনা কুম-কাংবা অসি অমুক্তা থোকখিদ্রি। থৌবাল মাইকৈ অসিবু লাইগী করম্বা শাপ লৈদুনা তৌরিবনো কুমশি অসি! নোং লাক্তবমক্তি নত্তে! অতিয়া অসি পূম্নম-মম্বা গুরুং গুরুং ঙংদুনা নুমিৎ খুদিংগী নোং লাকই। অদুবু চুবদি খক্ চুদে! ঙসিসু ঙসাইরাই লাকপা নোং অদুদি শোয়দনা তারদবোই নীংবনি। অদুবু লোইনা হুমদোক্লুনা চংগ্রে।

য়াখল খয়া খয়া মহাক্কী লৌকম য়ৌরে মণি। মহাক্কা লাইবক চাং য়েংগে হায়না পাম্মেল খরা হনখিবদো উবদা মমিগুগী মণি তাখিবা খঙ্হৌদে। মৈনা চাকথোকখিবদৌনা হিংবসু ঙম্দা শিবসু য়াদা তৌদুনা ঙাংজেংনদুনা লৈরিবদো উই। খল্লকই, করিনো তৌরিবসিবু! নীংশিংলকই, ঙসাই তোম্পোক-অঙাওবনা মতোমতা ঙাঙ্দুনা চংখিবদো— মী ময়াম অসি করি চাদৌরিবা, করি চাদুনা হিংদৌরিবা, নোংমৈদি করি চাদুনা হিংদৌরিবা!

খনকম থোক্তে মণি। হাকুম হাকুম অমা মচানুপী থাজবদা পোৎ-শংবম ব্রজবিধুদগী লুপা লিশিং অমা পূরক্বদুগী মৌদম কৌ-পোৎ তরামঙা পীগ্রগা লেমহৌবা খরদুনা শীনবদা চাবা কোয়দদুনা মীঙোন্দগী পূশিল্লিবনি কৌ নীংথিনা লোক্লকাওবদা। কুমশিদি লৌসু অমত্তা ওইদ্রবনিনা নোংমৈদি করিনো তৌদৌরিবা? খল্লকই, ঙসাই যুগেথোয় মোহনথোয়না কাছাড় লম্বীদা চীং কক্পা চংলুসি হায়ব'দুদুম য়াওরুসিরা? অদুবু হাকুম চংনরুবা কাঙ্বু অদু থা তরুকলোম মমূম-মকৈ থাদোক্লদা চংলুরগা হল্লকপদা পৈশা অমত্তা পুনরক্তনা হমরকখি। ঠিকাদারনা বিল কংগ্রি হায়দুনা হৌজিক ফাওবসু পৈশা পীবিদ্রি। অদুম হায়না তৌগদবা লৈরবদি চংলুবগী করি কান্নরিবা! অদুগী মথক্তা মহাক্কা চংগ্রিঙৈদো মমূম-মকৈনা কনানা য়েংবিহৌদৌরিবা, মহাক্কা চংগ্রিঙৈদো মভু-মচানা করি চাদুনা হিংহৌদোরিবা? খনকম থোক্তে মণি।

মমাংমক্তদা যণ শঙ্কু অমনা মহাক্কী লৌফমদা হৌরিবা ফৌ ওইররোইদবা ঙাংজেংনরবা লৌ অদো মপৃগী মমাংদা চারগে হায়বগী মতাগুম চারিবদো উই। যণশিং অদো তাম্ভোক্কে খল্লুদে মণি। ফৌ ওইররোইদবসিবু, চাজঞ্ৰসনু খন্দোরকই। যল্লুপ অদুগী মরক্তা মহাক্কী যণ লাবা মঙ্গেবা অদুসু য়াওরি। যণ লাবা অদুবু মুন্না য়েংই মণি, ময়াং খরা কংবগুম উই। সম্পোৎ খোইদবগী হায়রবদি নোয়কম থোকপনি, অদুবু মচিঞ্জাক ব্রাৎপনা ওইরমাল্লে ময়াং কংলিবসি।

যণশিং অদো অসুম চামিন্নরম্বদগী মহাক্কী মঙ্গেবদুগা থাংজমগী অমুরাবা অদুগা ব্রাইনরক্লে। অব্রাবা ব্রাখল পুন্নমক ঙাইহাক কাউথোক্তনা মণি যণ ব্রাইনবা অদু য়েংদুনা ঙাইহাক নুংঙাইথোক্লবা লাক্লে। মথোয় অনি অদো ফনা কুইনা কন্না ব্রাইনরক্লে। ওন্নররোইদবা মানশিল্লক্লে অনি অদো। অদুবু ইখঙ্-খঙ্হৌদনা থাংজমগী অমুরাবা অদুনা কুক কুক অমুক্তং তকশিল্লকপবু, মঙ্গেবা অদো খাঙ্বা য়াদ্রমাল্লে, মমায় লৈথোক্তনা চেল্লে। মণি মথব্রাই নুংঙাইতবগী মথক্তা শাউনিংবনা ফি ফি কামই। চহী খুদিংগী মহাক্কী মঙ্গেবা অসিনা মমান্নবা পুন্নমকপু ঙল্লিবনি। কুমশিদি করিগীনো? হোরেন য়ুমদা হনম্রগা ব্রাকোক অমা তুন্ননবা ফুররগে খল্লকই। অদুবু ঙাইহাক শাউরুবগা খংখন অমুক খন্থরকই, মহাক মশামকসু পুক্নি লানফমদা মায়থীরবা নুপা অমনিনা! নোংম-নোংমগী অসুম লংথরক্লি, নোংম-নোংমগী তৌকম খঙশিল্লক্লি। যণ লাবা অসিনা মায়থীদুনা চেনবদা মহাক্কী শাউনবা অধিকার লৈতে।

মহাক্লা য়ুমদা হজিল্লকপা মতমদা নুমিদাং ফনা নীংথিনা মমশিল্লে। শুমাং মতোন য়ৌরকপদা উই, মাঙ্গোন্দা মুশি মুশি পোদোন মচা অমা চাক্লিবদো। পোদোন মনাক অদুদা মী অমসু ফম্বগুম উই। চুরূপ মনম নুংশিবা থকপগী মনম অমা মনাতোনদা ফুং ফাউরে।

মাঙ্গোল ময়া য়ৌরকপদা ফম্লম্নিবা নুপা অদুনা কৌরকই, "মণি, লাক্লবরা?"

"এ্যা, তাইবুংঙো লেংঙক্লম্মিবোইরে?" মণিনা খুমই।

"হোয়নে নঙ ঙাইরম্লিবনিনে।"

"তাইবুংঙো খুদোংকা ফাল্লবরা?"

"এ্যা চুরুপ থকই। লাউ ফমিন্নসি। লাউনে ফকসিদা ইচিন্নাউ। ঐবু লমলানবা কনানি হায়দুনা?"

"তাইবুংঙো লেঙশিল্লু। ঐ অসিদা অসুম ফমজগে।" হায়দুনা মণি উখোকতেন ময়াদা লৈবাক মথক্তা ফমথে।

"সে চুরুপ চুরুপ অসি থকউসে।" হায়দুনা মণিদা চুরুপ অমা লাল্লকই। খুল অসিগী খ্বাইদগী ইনাকখুনবা লাইশ্রম ইন্দ্রকুমারনি। মহাক্না ইথাখাজদনা লাক্লিবা অমদি মাঙোন্দা কোইদনবা লাক্লরিবা মতৌ অসি উবদা মণি মপূক্লিংদা করিনো অমদি চিংনরকই। মহাক্কী করিগুম্বা ওইজ ওইথক অমা থিবা লাক্লিবা শোয়দনা ওইরমগনি। মহাক্না চুরুপ লাল্লক্লিবা অদুগী অর্থ অমা শোয়দনা য়াওরমগনি। অদুবু মীনা লাল্লকপনি করয়া লৌরোই; অদুগী মথক্তা ইন্দ্রকুমারগুম্বা মী অমনা লাল্লকপনি, অদুগীসু মথক্তা চুরুপ অহাওবনি, মনম নুংশিবা অসিগুম্বা চুরুপ অসি থক্তবা যুগ অমা ফারবনি। অদুনা মণি লৌদবা ঙমদে, য়াম্না হরাওনা লৌই।

ইনাক খুনবা ইন্দ্রকুমারনা ব্রা অদো হৌদোরকই, "ঐনা লাক্লিবসি নঙোন্দা ব্রা অমত্তং হায়গে লাক্লিবনি।"

"করি ব্রা ওইবিরবনো? ঐনা ঙমজবা ওইরগা তাইবুংঙোগী নত্তেং শোয়দনা পাংজগনি।"

"এ্যা য়াম্না লাইশ্রবা ব্রানিদা। নঙনা তৌবিগে হায়রবদি করিসু লৈবা পোৎ নত্তে।"

"করিনো ঐনা ঙম্বা পোৎ ওইরদি হেক্তা চিংনবা লৈবিদনা হায়বিয়ু। শোয়দনা তৌজগে।" য়াম্না মপূক্লিং তিংনা মণিনা হায়।

"এ্যা অদুবুরা। হন্দক রাইস মিল— হায়রদি ফৌ তরুবা কোলদো — অদুগী পার্মিট অমা ঐগী মিংদা ফাওরক্লে হায়বা। অদুদা মিল অসিগী মফম যুগোৎ চাবা অমত্তা ফংখিদ্রে। ঐনা অসুম য়েংঙকপদা নঙ্গী সোরোক

ময়াদা লৈরিবা লম অসি, শংগুম্বুক ওইরিসম্র, মসিমদি মকম য়াম্লা চানা উই। অদুনা মসিমতংদি ইয়াম্বদা পীথোক্লো হায়গে লাক্লিবনি। মমলসু ঐনা মতীক চানা পীগনি।"

ম্না অদো তাবদা মণি শাউসিন্না কপসিন্না তৌকম খংদে। মহাক্না লাইরবা মরমদগী ইনাকখুনবা ইন্দ্রকুমারনা অসুক লায়না ম্না অসি মঙোন্দা হায়রিবনিকো খল্লুবদা মতোমতা মপূক্লিং নুংশিজে, খুমই, "ঐসু তাইবুংঙো, সোরোক ময়াগী লম অসি মকম চায় দুকান মচা অমত্তুং কমসিন্না খঙ্গরিবসি কুইরবনি। অদুনা লাইরবনিনা হৌদোককম শেল.লৈতদুনা অদুম পাওথোকপা ওমদদুনা লৈরবনি।"

ইনাকখুনবা ইন্দ্রকুমারনা ম্না অদো য়াম্লা শাংথদনা হায়রকই, "ইবো, নওবু রৈথংপদি নত্তেকো, লাইরবনা দুকান কব্বসিদি কান্নদবনি, চাথোকপনা হেনদুনা নোংমা নোংমগী দুকানগী পোৎ ম্নাংশিল্লকপনা হেঙ্গিল্লকপনি। নওবু ইয়াম্বনা লাইরে হায়বদি নত্তেকো। অদুনা ইয়াম্বনা নওগী অবম্বা খঙদুনা হায়বনি। অদুগা হায়বা, নওগী লম অসি নঙননে পীনিংঙ্গবসু কৈ, ঐ নমদুনা লৌগে হায়বা নত্তে। অদুবু য়েংঙুদো, কুমসি অসি লৌ ওইব্রবনিনা হায়বা লৈবাক অসি য়াম্লা ম্নায়গদৌরি। নঙনা হয়েং তাইবুংঙো ঐবুনে হায়বা মতমদা............।"

ম্না অদো লোইকাংথ্রিঙেদা মাঙোল্লোমদা নুংশিং অমা খংশিং শিংচিল্লকুনা মুশি মুশি চাক্লিম্বা পোদোনগী মৈ অদো খংমুং মুখংখি।

ইনাকখুনবা ইন্দ্রকুমারনা "খল্লু খল্লু, মুম্না খল্লগা ইয়াম্বদা পাউ খঙহল্লকউ। ঐ চংলগে। ঐ অমম্বদা লৈবা হৈনদে।" হায়রল্লগা টোর্চ কাপ্তুনা থোকখ্রে।

মণিথোয়সী মাঙোল অদো শুকমুক মমদুনা লৈহৌরে।

তাঙ্গা অদুমক্তদা লমজাওদা তোম্পোক-অঙাওবনা লাউরকই, "ও, লোংসিবু চুয়রোইদ্রা? লাই অসি মকম লৌথোক্লসিদো।"

(১৯৭২ ইং)

## ইচুং তানবা

ঙাক্রা অনি অদো য়াম্লা শাথীনা ফজরে। মপূং ফানসু চাউরে। মপূং ফানা চাউবতা নত্তনা মশা-মউসু নোয়-নোয় লাউরদুনা য়েংবদা ওহ্লোক্লা পেল্লে। ঙা তোয়না চাবা ঙমদবা ঐখোয়দদি হেক্তা তিন ফুং ফুং য়োংহললবা জাংনি। কুমশিগী ঙা মতাঙ অসিদদি অদুগুম্বা ঙাক্রাকা কৈথেলদা পংউ উবা পোৎ নত্ত্রে। ঙায়োনবী ইমা-ইবেনশিংনা অমদা লুপা মঙা-কা শোনবদা পংচোপ চোপত্রবা জাংনি। অদুগা তশেংনমকসু লুপা অহুম-কাদি শোয়দনা য়ৌরনি।

থা লোইশিল্লকপা তাঙ্গানি। তোলোব মচা চাবা ঐখোয়দদি অর্থ য়াম্লা লৈত্রবা মতাংনি। অসিগুম্বা শেঙ্গাও চিশিল্লকপা তাঙ্গা অসিদা ঙা লৈদুনা চাব-কা হায়য়ে.........। অদুনা কোকচাউবী কারদুনা ঐনা হংঙি, "করিনো তৌরক্লিবদুবু? পৈশা লৈ-লৈতে-কা অমত্তা খঙদ্রব্রা? নঙবু চেঙ ব্রামবা পৈশা শুদ্রে, যামিনীখোয়দগী খরা পূরুথিগে হায়দুনা চংথিবা নত্ত্রা? অদুগা ঙক্রা লৈশিন্দুনা লাক্লিবসিনা করি হায়রিবা জাংনো? নঙবু ঙাওরব্রা?"

ঐনা অদুক য়াম্লা শাথীনা থীং কায়না শাউদুনা ঙাঙলিবদো মহাক্তি থৌ-ব্রা ইশা শাদে। অদুনি অদানি হায়বা করিমত্তা খুল্লক্তে। মহাক্লা থৌ-ব্রা শাদবা অদুমক্লা ঐবু অমুক হেন্না শাউগংহল্লে। উশিংথৌওইদ্রিবা হায়বদুরা মহাক্কী মতৌ অসি! মদু য়াবা নুপা নত্তে ঐ। অদুনা কোল অমা তাননবা মথা তাথরে, "পাই নাতংপী অমা কাওবা তাঁনশিন্দবা নঙনা অসুক অহাওবা চানীংলিবসিবু করিগীনো? নখীবোং অদো অহাওবা চানীংলবদি.............।"

ঐগী ব্রাঙাং অসি খঙহৌদনা অঙকপা ফংনা কনখি।

মদুগী মহেৌনা হন্দক্তি মহাক তূমিন্না লৈবা য়াদ্রমাল্লে। কাপখিবা তেন অদো মপা চুন্না মফম চানা শাথীনা পান্নুরমাল্লে, হায়রকই, "করিনো অ্যান ইতা অদনা লব্রাই লুতোন্দা তাপ হেক্তা লাকুনা হাইরিবসিবু। ব্রা ঙাঙনবা অসি খরা খরা অ্যান তানরগা ঙাঙনসিদা।"

মণি-মমাসু চান্ননা শাউবগী মতানি।

অদুবু ঐসু নুপীনা হাইহৎপা য়াবা নুপাদি নত্তে। নুপীনা শাউগৎলক্লে হায়দুনা ঐনা হেক্তা ঈংথগদবা-কাদি নত্তে। অদুনা হান্নদগী খোনসে অমুক হেন্না য়াক্লা খুমই, "করি, অ্যান তাদবকা হায়রিয়ে। কনানো অ্যান তাদ্রিবসিবু? অ্যান তারেদা! অ্যান তাবী! নরল লৈতনা যঙ্গোম চানীংবী! অ্যান য়ান্না তারেহে।"

ঐ চান্ননা শাউরে। অদুনা মরী লৈনবা লৈনদবা থিদ্রে, ঙাঙগনি ঙাঙলোই খঙজিন্নক্লে, ইচীন্দা অরাকপমখে অথিংবা লৈতনা থোকখ্রে, "ওমজদ্রে লাইরবা ঐনা শামু অঙৌবী য়োকপা। ইনাকখুনবা নপান্না করি তৌরকই হায়দুনা?"

ঐ মৈ হৌনা শাউরে হায়বসি মহাক ভাব তারমাল্লে। শকফম খংহন হঞ্জিন্দুনা মখোল অদো খংতপ তপথরগা হায়রকই, "ঙাইখোবা শাউগৎখিনু। ঐগী ব্রা অসি তারগা শাউগে হায়রসু শাউ-ও।"

"করিনো শাউগৎখিনু-কা হায়-শারিদুবু। অ্যান ইতা তাদ্রদুনা। খুদুম অসিনা ........।" ঐ হন্থবা লৈতে।

অদুবু মহাক্তি য়ান্না তাপথখ্রে, হায়রকই "ঙা অসি লৈরকপা নত্তেয়ে। মীনা পীজরকপনিয়ে।"

"ঐঙোন্দা কনানা করিগীদমক ঙা পীজরক্লদৌরিবা?" ঐগী য়াক্লবা খোনকম অমদি মৈ হৌরবা শকফম অদো হঞ্জিন্দে।

তশেংবমকসু ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা ঙা পীজরক্লনি হায়বসি ঐগী মঙ ফাওবদা থাজবা য়াদবা ব্রাকল্লি। করিনা, ঐনা ওইরিবসি স্কুলগী ইচম

চম্বা ওজানি। ওজা মকোক্কাসু নত্তে। ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা মরম অমগী দমক কনা অমত্তনসু ঐঙোন্দা ঙা থিল্লকখিদ্রি।

ম্রাক্ষম অদো শেংদোক্লনবা মণি-মমা না মখা তাথরকই, "ঐনা যামিনী খোয়দা চৎলুবদা মখোয়গীদা ম্রানোম্বা লাকপা ময়াম অদু থেংনক্লরে। লৌবাই নুপা অমনা পুরক্লিবনিনে, অসিগুম্বা ঙক্রা ঙাক্তা কুনমুক্লি। ঐনা চৎলগে তৌবদা পুখো চারুচো হায়দুনা যামিনীনা অনিখকসে পীরক্লিবা। পুরোই লাক্রোইকা য়াদে।"

ঐ নুংশাসোর মপী হোৎস্থে। মাগীসে তশেংনা শেল তিংদুনা লৈরকপমক্তি নত্তুমাল্লে। অদুমকপু চিংনবা অমদি ঐগী ম্রাখলদা পোক্লকই। করিগুম্বা মরম অম-কা লৈরম্লবদি! অঙাংশিং লাইরিক তাকপিয়ু-কা হায়গদবগী ওইরম্লবদি! মদুনা মহেনপ্রে ঐনা তনবা। ঐগী ইচাশিং ফাওবদা তাকপিদবা ঐঙোন্দা। অদুবু মদু নত্তনদি ঐঙোন্দা ঙা পীজরকপগী মরম সুক্লে লৈতে। অদুগা মরম ইরে লৈতনা যামিনীখোয়গী ইমুংনা ঐঙোন্দা ঙা পীজরক্লনি হায়বসিসু ঐ থাজদে। মরমদি যামিনীগী মপূরোইবা অসি সেটেলমেন্ট ওফিসতা থবক তৌবা নুপানি। সেটেলমেন্ট ওফিসকী চৎনবী মহাক্কী লু তোংদা চঙপ্রবনি। তৌবগীদি মহাক্কী চপচাবী ফম অদো করিনো হায়বা ঐ খঙদে, খঙগেসু খল্লুদে। অদুবু মহাক হাইফেৎ থবক তৌবা ঙম্বা মীদি ওইরম্বা তাই। মরমদি নোং হেক ঙানবগা মখোয়গী ইমুং অসি ম্রানোম্বা লাকপা মীনা পীক থল্লি। ময়াম অদো অরেম্বদা লাকপা মী অমত্তা য়াওদে। তৌবগীদি যামিনীগী মপূরোইবনা নোংমতা কনামতদা অদু পুরক্তবদি অদা পুরক্তবদি হায়বা অমত্তা য়াওখিদে। ম্রানোম্বা লাকপা ময়াম অদুনা মশা মশানা খঙনা পুজরকপা ঙাক্তনি, শেলবু ওইরবসু থুমবু ওইরবসু। মতাং অসিদনি ঐনা য়াম্না চিংনরিবসু। ঐঙোন্দা হয়েং হায়রুবদা হেক য়াবিরক্লবা হায়দুনা ঙক্রা অসি পীজরকপা ওইরম্লবদি!

অদুনা মাঙজৌননা খুকউ-খুরাই শেলহৌবা ওইনা ঐনা হায়, "মখোয়গীদুবু মরম অম্না শোয়দনা য়াওরমগনিকো। মরম ইয়াও য়াওদনা অদুক ফজপ্রবা ঙক্রা অদো হেক্তা পীজরকপা হৌনদে।"

"চুয়া অদুম পীজরকপনিয়ে হায়রিমকদা।" মণি-মমানা ঐগী চিংনবা অদো কোক্লনবা কন্না লাক্লজে।

চায়োলমুক মতুংগী য়ানি। জিরিবামদা থবক তৌবা ঐগী ইনাও নুপা অদো লাকই। মহাক্না লাকপদা যোরাক খজিং পোপচাউবী অদো তরামুক পুরকই। মজরে চঙখোয়ে, খুদুপমুক্তুম শাংলনি অম-মন্না। এরোপ্লেনগী থৌজালদগী কাছাড়দা হৌজিক কাবা ঙা হৌজিক অদুম মণিপুরদা থুংলয়ে। অদুনা খজিংশিং অদো লোইনা মশা তগৎ তগৎ তেক্লি। ধন্যানি এরোপ্লেন।

নুমিদাং অদো থোংদুনা চাবদা কয়াদি হাউরে। ঙা চামন্দদুনা তৌরবরা হায়বদুদি খঙদ্রে। চাক চানা চানা ঐনা মণি-মমাদা হংঙি, "থরা তৌথোক্তুনা থন্নিবরা হয়েংসু চাননবা?"

"কদায়দগীনোদা!" মণি-মমানা খুমকই। অদুগী নোকমি নোকমি তৌরদুনা মথা অমুক শমথরকই, "তরামুক পুরকপা অদুদা মরিথক যামিনীখোয়দা পীজদ্রে। মখোয়সু ঙাক্রা-কা পীজরক্লিবদুদি।"

ঐ মথাবুদি তাদ্রে। অদুবু পূক্লিংদদি পাউথুম অদুনা য়াম্না শাথীনা নুংঙাইহদ্রে। অসুক হাউব্রবা পোৎ অসিবু মীঙোন্দা পীজথোকখিবা!

নোংঙাল্লগা ঐগী কা-মচা অদুদা অঙাংশিংগী পরীক্ষাগী চে য়েংদুনা লৈরি ঐ। মাঙোল্লোমদগী মণি-মমানা য়াম্না হরাওনা কৌবা তায়, "যামিনী....! অমুক অঙনবা অসিদা নশক মজবদো উংলরিবসিবু করি থবক্কী ওইরবনো?"

তশেংনমক অসুক মকারাম্না অসুক হরাও-তরাম্না মণি-মমানা যামিনীবু কৌবসি মসিগী মমাংদা ঐ তাখিদ্রি।

"য়া অমা হায়গে লাক্লিবনিনে।" যামিনীনা খুমকই।

ঐগী চিংনগল্লবা য়াথলনা ঐবু তান মাঙহল্লি। হকচাং পুম্না শাই লাউথিবা খঙহৌদে। নহান ঙক্রা পীজরকপা অদুগী মতুং ইন্নরকপা য়া শোয়দনা ওইরবা তারে। শোয়দনা অঙাংশিং লাইরিক তাকপিবু হায়বা লাক্লিবনি!

থংনরিবা কা অদুনা মখোয় অনিমক চংঙকই। ঐ নাকোং থাজংলি।

মণি মমানা হংঙি, "করি য়ানোনে? য়াম্না লুবা য়া জাংলা?"

ঐগী মিহুন তীং তীং লাউরকই।

"নঙনা ঙরাং পীজরকপা খজিং অদো," যামিনীনা খুম্মকই, "ওষ্ঠোক্লা হাউখ্রে। মদুবু কদায়দগীনো? কদায়দগী লৈরুরিবনো? ঐখোয়গী সাহেবনা মদুতা হায়দুনা লৈখ্রে। ঐবু হংঙুচো হায়দুনা থারক্লিবসিনি লৈরুনবা। মদুবু খাইরম্বন কৈথেলদা য়োল্লবরনে?"

"ইহে অদুগী ওইরে!" মণি-মমানা মথৱাই তানা ফাক ফাক নোক্লকই, "বোরাক খজিং পোপচাউবী অদুবু খাইরম্বন কৈথেলদা কদায়দগী লৈবা ফংগদগে? মণিপুরদা ফংবা ঙাসু নত্তনা। নঙসে ওষ্ঠোক্লা পঙখ্রেমা। ঐখোয়সু মীনা পীজরকপনিয়ে। পরীক্ষা মতমসিদি ঙা জাৎ জাংনি। পুরকনু থম্লমগনু-কা য়াবা পোৎ নত্তে।"

ঐ হন্দক্তি শাথীনা জ্ঞান মাঙলে। চে য়েংবগী য়াখল-কা য়াই চাইখ্রে। মণি মমাগীসিবু ইজ্জৎ তান্নিবা হায়বদুরা!

(১৯৭৩ ইং)

## ইবোহলগী ইমুং

ইবোহলখোয়গী ইংখোল অসি পূংওন ওল্লম্মে। চহী কুনমুক অসিদা চুম্মি খরদি ওনফম থোকই, পৃথিবী পুম্বসু ওল্লি। অদুবু অসুক শাথীনা ওল্লমগনি হায়বসি ঐ মঙদসু মঙলমদে। হেক চংঙকপদা ঐদি শাথীনা চম্মল্লরুরে। ঐনা চংঙক্লিবা ইংখোল অসিবু লাল্লবরা খল্লুরে। ইংখোলগী অকোয়বদা উপাল-ৱাপাল ময়াম অমা পরেং শানা লৈরম্মী, ইংখোলগী মনুংদা হৈপাল-লৈপাল কয়াসু হৌরম্মী। ইংখোলগী ময়াই অদুদা য়ুমজাও অচৌবা অমগী মমাংদা পাকপ্রবা শূমাং অমা লৈরম্মী, মদুগীসু মথক্তা লমলেম ওইনা লম্পাক অমগসু তাদুনা লৈরম্মী। ঐখোয়না পিক্লিঙৈদা নুংতিগী শাল্লফম্লি ইংখোল অসি।

অদুগুম্বা ইংখোল অদুনা অসুক শাথীনা ওনগনি হায়বসি কনানা থাজগনি!

ইবোহলখোয়গী ইমুং অসি মতম অদুদা য়াম্না নুংঙাইবমক নত্ত্রবসু চাব-থকপগীদি লেম-পানা লৈরম্মী। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা উহৌবা মখোয়গী ফৌকোং অদো ফনা নীংথিনা চাউই, লৈকাই অসিদা অদুগুম্বা অমত্তা লৈরমদে। মদু মপূবোক্কী হাক্তত্তনি। মতম অদুদা মখোয় লৌ পরী তরামুক চারম্মী। লৌ পরী তরামুক অদুগী ফৌ অদুনা মখোয়গী ইমুংগী চাব-থকপগী ফিজেৎ-চাকশেংকী লাইরিক লাইশু তম্বগী পোৎলুম পূম্নমক ইরায় লায়না লোইনা পুরম্মী। অদুনা মখোয়গী ইমুং অসি লৈকাই অসিদা খ্বাইদগী নুংঙাইবা ইমুং অমা ওইরম্মী।

অদুক নুংঙাইবা ইমুং অদুনা চহী কুল্লোম অসিদা অসুক শাথীবা ফিভম অমদা ওল্লম্বা উবদা ঐ য়াম্না শাথীনা ঙক্রম্মী।

ঐ ইবোহলখোয়গী মাঙোন্দা ফমদুনা লৈরম্মী। ইবোহলগা মখোয়গী ইমুংগী অরা নুংঙাইগী ৱারী শাম্মিন্নরম্মী।

ইবোহলনা ৱারী অদো শীথরম্মী "ঐখোয়গী বাজীখোয়গী মচিনমনাও নুপা মঙানি অদুগা নুপী তরেৎনি। অদুনা বাজীখোয়না তোঙান চান্নবা মতমদা লৌ পরী অনি-অনি থুংনৈ। বাজীনা ঐখোয় তরা পোকই, নুপা তরুক্কা নুপী মরিগা। নুপা অনিমদি নুপী থিত্রিঙৈদা লৈখিদ্রে। ঐখোয় নুপা মরি হৌজিকসু লৈরি। বাজীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐখোয় তোঙান চান্নে। তোঙান চান্নবা মতমদা লৌরাক অম-মম থুংনৈ।"

সিদ্ধার্থনা চহী তরানিথোই তপস্যা তৌরবা মতুংদা নোংমা জ্ঞানগী মঙাল মঙোন্দা ফাওরকখিবগুম্না ঐঙোন্দসু ঙসি চম্মন্নবসি কোকহন্নবা মঙাল অমা ফাওরকই। খঙলে ইবোহলখোয়গী য়ূম্বান-কৈবান অসুক শাথীনা হাইথরকপগী মরম।

মপূবোক্কী মতমদা অদুক চাউনা মরাং-কায়না লৈরম্বা ইংখোল অদো হৌজিক্তি য়ূমগী য়ূম ঙাক্তা ঙায়খ্রে। য়ূম অমগা য়ূম অমগা শাইজিনগা শাইজিনগা লোম্নদুনা য়েনশাং-নাপী মনা-মশীং খজিক্তং থানিংঙাই লম মচেৎ অমত্তা ফাওবা লৈখিদ্রে। থাইনগী উপাল-ৱাপাল হৈপাল-লৈপাল পূম্নমক অমত্তা মশক উখিদ্রে। ইংখোলগী ময়াইদা মতম অমদা লৈকাই অসিদা 'ঐ মঙায়রে' হায়না লৈরম্বা য়ূমজাউ অদো কদায়দা চৎপ্রবা, লৈরমদ্রে!

অদুনা ঐ হংদদুনা লৈবা ঙমদ্রে, "কদায়দা চৎপ্রবা নখোয়গী থাইনগী য়ূমজাউ অদো? কনা কনাগীনো য়ূম মচা মচা ময়াম অমা শারিবা অসিনা?

ইবোহলনা খুম্নকই, "থাইনগী য়ূমজাউ অদো মতমগী নোংলৈদা খাঙবা ঙমদদুনা চৎখ্রে। ইংখোল অসি ঐখোয় ময়াম য়েন্নবদা য়ূমজাউ অদো মতৎ মতৎ থদৎনখ্রে। য়ূম মচা ময়াম অসি থীদুনা য়েংঙু তরাগা তরুক্কি। মসিদগীসু মশীং হেল্লকখিগনি। ইংখোল অসি মিংশেল অকায়বদৌনা মচেৎ মচেৎ তাখ্রে, অতৈসু তাখিগদৌরি।"

ঐগী থাইনগী অভাং ওইরিঙেগী মরূপ ইবোহলদো খংনীং নীংশিংলকই। য়াঙাং শাঙাংদা রস য়াম্না চেনবনি। হৌজিকসু মরেং পংতা তারমগ্রি। মুখান কৈবায়া কিভম অসি য়ৌরবা কাওকদা মহাক্কী মপোক্কী য়াওরক্লবা রস অদুমদি মাংওমগ্রি। লাইরিক-লাইশু থরগা তন্নমদুনা কবিতা উপন্যাসকা ইরম্নবদি মণিপুরগী মশক নাইবা কবি-লেখক, হায়বদি সাহিত্যকার অমা ওইরম্বা য়াবনি। সাহিত্যগী রস চেন্দবা শৈরেং মতেক অমা কাওবা ইবা হৈতবা ঐখোয়গুম্বা মরূপ-মপাংশিংনা মহাকপু কবি অমা ওইননবা কয়া ইনশিনখি। মহাকসু য়াম্না কয়া লাক্লখি। ক্লাস সিম্ন সেভেন তম্বগী অদুম্নাইদা শৈরেং অহমখকসু ইখি। ঐখোয়দা পাদুনা তাহনখি। ঐখোয়সু শুম্নাংখি। ইবোহল অসি নোংমদি শোয়দনা অকাওবা কবি অমা ওইরগনি হায়বসি ঐখোয় পূম্নমক য়াম্না চেংনা থাজনখি।

তৌইশুব্রসুং মহাক্কী সাহিত্যগী রস চেনবা অমদি কবি ওইনবা লাক্লবা অদুনা মহাক্কী পুন্সিগী হিগায় ওইখি। লৈকাইগী লৈরাং খোইমুশিংনা নুংশি শৈরোল শৈশক্লবা মতমদা কবি ওইগে লাক্লরিবা ইবোহলগী মতেং মতম খুদিংদা লৌখি। ইবোহলগী খোর্জে নত্তনা মখোয়গী শৈশক শৈরোল শুদবোই খনখি। ইবোহলসু হরাওবা অমগা লোয়ননা লৈরাং-খোইমুশিংগী মতেং পাংখি। ঐগীসু মহাক্লা থম্মোয়-লকানুংগী কোলোয় মপাও মরি মঙাখক ইবিখি! মীগী ইবিবদা অদুক হরাওজবা অদুক থব্রাই তাজবা অদুক শাথীনা কোঙদোকপা ওম্বা মহাক্লা মশাগী ইজবা মতমদদি লৈরাং অদো পলেম-পম্বোগী ইংখোল চাউকোয়নুংদা কুইনকা শাংপ-লাকপা য়াখিগ্রে! শাথী মাঙ্গা পান্মবা হায়দুনা ইবোহলগী মনাক তায়া চেন্নকখি। ইবোহলদি মতম অদুদা চহী তরাঙরেং তমক কারি, নুপী অদুনা তরামঙা।

ইবোহলগী লাইরিক-লাইশু তম্বগী অখ্যায়সু মতাং অদুদা অদুম থুপচিনগ্রে। ওসিলগী চহী কুম্নাখোই-নিখোইরোম মম্নাংগী য়ানি।

ইবোহলনা মথা শমখৎরকই, "খঙদে খঙহৌদে, করম হায়না তৌদুনা ঐখোরগী ইংখোলগী মীশীং অসি ঈশিং ঈচাউদৌনা হেজংখিবনো। ইংখোলনদি পাকপা হেজংলত্তবসিদা করি ওইরক্লবনো খঙগ্রে।"

মতম অমদা কবি ওইংগে লাক্লম্বা ইবোহল অতৈসু শাংথবিগদবনি, অদুদা অঙাং অনিনা নোং খাকপগুম্না কখুনা চেনশিল্লকপদুদা য়াখিন্রে। অঙাং অনিদো মওং-মতৌ চাউ-শাংবা চপ মান্নে। ময়াং ইকং কংলদুনা মথুল্লা তহি তহি, মনপ্নে মতিন্নে, নোংঙালবদগী মমায় মমিংসু ভাথোক-পিন্রিমান্নে, মকি-মরোলসু অমত্তা য়াওদে। মনপ-মতিন অদো প্রুং প্রুং খরা চিংখৎ খুদাংদা খরা তৈশিন মপাদা ব্রাকথলে, নোং খোংবদৌনা কপ্পদি তোক্কে। অঙাং অনি অদুগী বিকায় অদুনা ইবোহলগী ইমুংগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা অবস্থা ময়েক লানা ফোঙদোক্লি। অঙাংশিং অসি নীংথিনা চাব-থকপা মংদ্রে হায়বদো মখোয়গী মূর্ত্তি অসিনা উৎলি।

ঐনা হংঙি, "ইবোহল, অঙাং অনিসিবু কাইবোকলা?"

"নত্তেদা, নাউরোন খুমনথিদুনা তৌবনি। ঐখোয়গী নুপী অসি হায় কশ্রবা জাৎনি, চহী খুদিংগী মৈনীং কুল্লি।"

কপ্পা লোইশিনবা হৈত্রবা অঙাং অনিদুগী নোংখোং অদুদা খাওবা য়াদ্রমান্নে নুপামচা খরা খরা চাউবা অনিমসু ইমুংদগী থোরক্লে। ওসাইমখৈ তুমদুনা লৈরল্লিমান্নে। মখোয় অনিদুসু চিরি-য়াজংলদুনা মশক মচু অমত্তা থোক্লে, মথবাক্কী শরু মশীং থীবা য়াগদৌরে।

ঐনা অমুক্কা হংঙি, "ইবোহল, নঙবু অঙাং কয়া শুরে?"

"পোকপগীবুদি অঙাং তরানিথোই শুরে। হৌজিক নিপান লৈরি, মরি অমদি মখোয়না লাকপা মকম অদুদা অমুক হনশ্রে।" ইবোহলগী পাউখুম অপনবা লৈতবা ঈশিং-ঈচেলনি।

"করিগীনো অঙাং অসুক য়াম্না পোক্লিবদি?" খঙহৌদনা ঐগী চীনদগী ব্রাহং অদো থোকখি।

ঐগী ব্রাহং অদু তাবদা ইবোহল য়াম্না নোক্লিংলুরমান্নে। নোক্লা নোক্লা খুল্লকই, "অসিবু ঐনা পোক্কে হায়দুনা পোক্লিবরা? লাইনা পীরকপনি, লাইনা পোকহনবা ওাক্তনি। ঐনা পোক্কে হায়বসু য়াদে, পোক্লোই হায়বসু য়াদে। পোক্কে হায়দুনা হেক্তা পোকপা য়ারবদি মুত্তুমগী মেঞ্জোর মতৈ-মনাওনা

অঙাং অমত্তা পোক্লিব্বসি করিগীনো? পোক্লিংবগী য়াদি হায়দুনা কাম্নদ্রে, লোইরবনি। অসিবু লাইনা নত্তে হায়গেরা?"

ঐ ব্রা হায়ফম খণ্ডদে। করি হায়না মঙোন্দা ভাব তাহনগনি, থবক পূম্নমক অসি লাইগী খুজিল ওাক্তা নত্তে হায়বা।

অদুনা ব্রাফম অদো খরা থৈদোক্লে, "অঙাংদি কয়া য়াম্না চাউবা য়াওরে? লাইরিক-লাইশু কদায় ফাওবা তম্বা য়াওরে?"

"কদায়দগী লাইরিক-লাইশু তম্মাম্নগবনো, নোংমগী চাক মবুক থম্না ফাওবা পীজবা ওমদ্রবসিদা! অঙাং নুপামচা অহন অদুনা মরম খরা ওক্লগদি ঐগী ইত্তেং খরা ওইগদবা, অদুবু রোড-মোহোরী ওইদুনা তোক্লে।"

মহাক্কী ফিভম অসিদা অঙাংশিং লাইরিক-লাইশু তম্মনবা হায়বদো ওইথোক্তে হায়বা ঐসু খণ্ডই। অদুমকপু মচানুপা অহন অদু রোড-মোহোরী ওইরি তাবদা নুংঙাইবা অমদি পোক্কই, অদুবু মঙোন্দা মতেং অমত্তা পাংদে তাবদুদা নুংঙাইতদুনা হংগি, "করিগীনো নচানুপা অদুনা রোড-মোহোরী ওইরগা নঙোন্দা মতেং অমত্তা পাংঙক্তে হায়রিবদুদি। থবক মচা ওইরবসু তোলোব ফংলিবনি, অদুগীসু মথক্তা শেন অচোইবা ফরসু ফংলমগনি।"

ঐগী ব্রা অদো তাবদা ইবোহল ফাক ফাক নোকখংলকই, "রোড-মোহোরী হাম্নরিবসি পি-ডব্লিউ-ডিগী নত্তেয়ে। হৌজিক্কালগী খোঙগ্রাউ মচীন-ফাকপী শেংপা ফুরিংনা লাগাউগী লাইমুম মানবী নীংপা নুপীদৌনা মশম শাংনা থাকপা কাঙবু অমা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লম্বীদা কোরচৎ চংলিবদাইনে, মখোয় অদুনিনে রোড-মোহোরী হায়বদি। মখোয় অদুগী মরক্তা য়াওরিয়ে মহাকসু।"

ঐ অব তারে।

মচানুপা য়াইমদুগীসু মরমদা খঙনীংবা অমা পোক্লকপা হায়বসি মশানা তারবনি। অদুনা হংবা ওমদ্রে, "নুপামচা য়াইমদুদি কয়াম চাউরে? করি তৌরি?"

"মদুসু চাউরে। মহাক্না কৈথেলগী ষণ ওইরি। অমগী পোৎ খরা মুল্লু, অমগী শেঙ্গাও খরা লাকউ, অমগী ফুরিৎ খাউ চল্লু তৌদুনা লৈরি। যুমদা ইহন-হাঞ্জিলকখিদ্রে। জেলদকাসু য়াম্না তোয়না চঙলবা জাৎনিদা, হায়দোকপদা ইকায়খ্রবা পোৎনি।"

তাঙ্গা অদুদা ইবোহলগী নুপী অদো ঈরুজরুবদগী ঈশিং সনাবুন অমা পুদুনা কাখৎলকই। ঐ মশক অদো হেক লাকপা ঙম্মুদ্রে। মশক অদো শাথীনা থীজনবতা নত্তনা য়াম্নসু অহন ওইরে। অদুগীসু মথক্তা অমুক্কসু কুম-থা শুজিল্লক্রমাল্লে, মশা অদো য়াম্না লুম্না উরে। ইবোহলগী নুপী অদুগী মতুংমক্তদা ময়াং শাথীনা কংলবী মতু-মরাং নীংথিনা হৌদ্রবী মচা মাপল-তরারোম চেল্লিবী হুই মপী অমখকসু ইন্নরকই।

ঐ ইবোহলগী নুপীরোমদমুক য়েংঙি, হুই মপীদমুক য়েংঙি; হুই মপীরোমদমুক য়েংঙি, ইবোহলগী নুপীদমুক য়েংঙি।

(১৯৭৩ ইং)

